প্রজাগন বলে শুন রাজার লক্ষন ॥
কিকালে অনেক নষ্ট শুনহ কারন ॥
ভজনে ভজন বাড়ে রতি সঙ্গে কাম ।
অধর্ম্মে অধর্ম বাড়ে ধর্ম্মে ধর্ম্ম কাম ॥২৯॥
সাধুসঙ্গে সাধুবাড়ে পাপসঙ্গে পাপ ।
অধর্ম্ম জানিবা সত্য কালরূপি শাপ ॥
শুনি অনন্তের হিয়া জ্বলিল তৎক্ষনে ।
কহিলেন প্রজাগন শুনহ বচনে ॥৩০॥
সর্প দুষ্ট খলদুষ্ট দুষ্ট দুই জন ।
সর্প হতে খল দেখি অধিক দুর্জ্জন ॥
ঔষধ মন্ত্রেতে বস হয় ভুজঙ্গম ।
খলকে কারতে সব নাহি কোন ক্রম ॥৩১॥
জিতস্বাহা ভরথ দুই কুলের কণ্টক ।
দুই কেও কুলমধ্য অধিক কলঙ্ক ॥
আর বিমাতার চক্রি অধিক হইল !
পিতৃদেব রাজ্য কালে কুচক্রি করিল ॥৩২॥
জৈষ্ট পুত্র শ্যাম খাবা রাজ্যদিতে মন ।
তাহার কুচক্রিদিয়াভাজি পিতৃমন ॥
তার হেতু জিত স্বাহা হইল রাজন ।
তৎপরে ভরথ স্বাহা রাজ্য শাসিলেন ॥৩৩॥
মাতৃ দোষে দুইজন পরম দুর্ম্মতি ।
গুরুজন পিতৃ মাতৃনাহিক ভকতি ॥
তার ভাই জিত স্বাহা পাপি দুষ্টমন ।
পিতৃবধ করিলেক রাজ্যের কারন ॥৩৪॥
শাস্ত্রের প্রমান এক শুন প্রজাগন ।
শুকদেব পরীক্ষিতে কহে পিতৃগুণ ॥
পিতৃমাতৃ আদি গুরু কহে সর্ব্ববেদে ।
সর্ব্ব কর্ম্ম নষ্ট তাহা এই অপরাধে ॥৩৫॥

কোকনি গুরুকরূপা পিয়ু: নিংথৌ খুরুম কংজগে, মনাওগী রাজাং তারগা নিংথৌ মনাওবু সংতিক য়েংলগ নোক্ল নোক্লদুনা মথুংনা ছোড় খাং লৌরগা, মগুক ককচরগা মনাওদ পিখি। ২৩ ॥ ময়াম্বু কোক্ কংলবদা, মপুক কৎতরবা মনাওন হরাওন সিংগাসন্দ কাহুনা নিংথৌ ওইরে। গোবিন্দনা হে উদ্ধব কত্তবা হাইবা অসিনা ওয়াদ অসিনিদে। । অহুনা কত্তবা মীবু করম থাজগবনো। গোবিন্দনা, রারি অসি তাকৃখি। ২৪ ॥ হে মহারাজ ইবুংঙো, মাগী মাগী মওং মতৌনা, তাকপনি, মপাল্ল বৈষ্ণব সাসিন্নবনা য়াবা নত্তে। অহুনা অশিংবা বুদ্ধি মান সিংনা, মচা কাওবদ থাজনদে অতোপ্পদদি কার ওইগদগে। ২৫ ॥ শ্রীগোবিন্দগী তাকখিবা অসিনা মরম ওইদুনা নচা ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রবু থাজকম থোক্লে। মনাইগী রা অস তাবদা ভরথ নিংথৌনা, কত্তবা সর্ব্বী দোবনা পুকচেন ওন্দুনা। ২৬ ॥ নিংথৌ মনাই কত্তবা অহুবু য়াম্না থাগৎলে, ঐগী ঈমাইবক করনা নর্থোইবু কংজবনি তাকপিরে। মতুংদা অমুক তানবদ ভাগ্যচন্দ্রবু হাৎলসি হাইনা লৈরবে: লোয়া লোয়া ওানেরকপনা, মনিপুর প্রজাপুম্বা তানরক্লে। ২৭ ॥ পাও তাবা মীপুম খুদিংনা অরাবা মর হোন্দুনা করিনো কারনো, হাইদুনা রানবদগী তহিং পুংখিল, চাবা তুম্বা চংনদরে। প্রজা কয়ানা ভাগ্যচন্দ্রগী জীব করবগীদমক অনন্তসাই মন্ত্রদা পাও তমলে। ২৮ ॥ পাও অসি মী কয়ানা মথং মথং তমলরবদা, অনন্তসাই মুলুকতুনা থনবদা

পিতৃমাতৃ অপরাধ উষর কেদার ।
ধর্ম্ম কর্ম্ম বীজ রোপি কাহা ফল তার ॥
পিতৃমাতৃ ভক্তি যেই সজল কেদার ।
ধর্ম্ম কর্ম্ম বীজ তাতে হয় ফল তার ॥৩৬॥
পিতৃমাতৃ যে অবজ্ঞা শুধার কুঠার ।
দুখার্জ্জিত পুন্য বৃক্ষ ছেদে একবার ॥
যার হেও পিতৃমাতৃ আক্ষিজল পরে ।
যতভাগে তত রম্ভু নরকেতে পড়ে ॥৩৭॥
দেবের অলাভ জন্ম মনুষ্য শরীর ।
পিতৃমাতৃ অপরাধে ব্যর্থ জন্ম তার ॥
পিতৃমাতৃ পাদদোক জানে গঙ্গাজল ।
নৈবিদ্য অধরামৃতে অতি শ্রদ্ধা হৈল ॥৩৮॥
চাপল্য বর্জ্জিত আগে বর্জ্জিতাভিমান ।
আজ্ঞা অনুশারি করে আশক্ত প্রার্থনা ॥
পুজাকরি স্তুতি করে ক্ষেমা অপরাধ ।
নৌওনবস্ত যে পায়ে আগে নানাবিধ ॥৩৯॥
এইদশ ভক্তি অঙ্গ পিতৃমাতৃ স্থানে ।
তারবলি হারি যাউ এ তিন ভুবনে ॥
পিতৃঅবজ্ঞাতে জন্ম পায়ে দৈত্য কুলে ।
আগে নরকেতে ডুবি রহি কত কালে ॥৪০॥

মীৎতগী পিবু কংবা য়াখিদ্রে। খল্ল, খনলূবগা অসাওবনা হেনজনলকতুনা হাইরকই। হে মনিপূরগী প্রজা বৈখিক নখোই খনলো করি খোকই। ২৯॥ প্রজানা বড়মান্ত্র, থংনবা, লান তৌব', হাইবসি য়াম্না মাংনবগী মশক্ক। ঈশ্বরবু নিংলগা নোংম নোংমগী, নিংবা চেনলকই। ওক্কবা চৎপগু অতুমতাই নোংম নোংমগী হেনগদবনি। ধর্ম্ম কাইবা হৌরবস্থ হেন্না কাইগনি। ধর্ম্ম তাল্লবস্থ, অতুমতাই। ৩০। সধু সঙ্গা তৌরগা ফজবা হেনগৎকনি। পাপী সঙ্গ তৌরগা ফত্তবা হেনগৎকনি। ধর্ম্ম কইরবা জীবনা, ফরকপা হৌনদে। খোইনা খেইনা ফররে ই-দবান। প্রজাগী রা তাবদা অনস্তসাই, মশানিকনা শাওগনা হাইরকই হে প্রজাসা। ৩১॥ লীন হাহবসীমা ফত্তবনি। মী ফত্তবা হাইবসীমা ফৎতবনি। লীন্দগী মী ফৎতবনা হেন্না ফৎতে। লীন্দ, মন্ত্রনা, হিদাকন, উপাই তৌনভাই লৈ। মী ফত্তবগীদি ক'র উপাই তৌনভাই লৈতে। ৩২॥ জিৎসাইনে, ভরথসাইনে অনিসে, সাগৈগী ফত্তবা তিংখংনি। অতুনা সাগৈ অসিদা রাখোক লৈবনি। পোক্কবী গোমতী ইমাগী চক্রিদগী ইপা নিংখৌ তাদে কই। ৩৩॥ পাবুং নিংখৌনা মচা ইবুংঙো অহন শ্যামসাইবু নিংখৌ, ওইহনগে নিংঙি। পোক্কবী ইমাগী চাক্রনা ভমথনা, জিৎসাইবু নিংখৌ হাপখি। ধর্ম্ম কাইবদগী কূইনা পানবা ভমখিদে। মতুংদা মনাও ভরথসাইনা, নিংখৌ ওইররে। ৩৪॥ মমা ফৎতবগী দোষনা মচা ২ স্থ মপুক ফত্তবান। ইমাবু 'ইপাবু' শুরুনি মশক খংদবান। মরাস্থা জিৎসাইনা সিংহাসন পাম্বদগী ইপাবুং হাৎখি। ৩৫॥ হে প্রজাসা, সাস্ত্রগী প্রমান ১ হাইগে। শ্রীশুক দেবনা মনাই পরি-ক্ষিৎতা হায়খি। হে পরিক্ষিৎ ইমা ইপা হাইবসে, ইহান হানবা আদি শুরুনি। ইমাদা ইপাদা লাল্লবাদি, তৌক্কবা থবক পুম্নমক মঙ্গল ওইদে। ৩৬॥ ইমা, ইপাদি, দোষ, লৈবগী প্রমানদি, লৈহাও য়াওদবা লৈপাক লৈকংলানি। থাক্কবা ধর্ম্মগী, কর্ম্মগী, মহৈ গানদে। ইমা-

এইমত পরীক্ষিতে শুকদেব বানী।
এইমত শাস্ত্র কথাশুনিয়াছি বানী॥
দুর্জ্জনের কহা ক্ষেমা খেমা কহাসাধু।
স্বর্য্যের শীতল কহা কহা জালা বিধু॥৪১॥
শুনপ্রজাগন এই আমার বচন।
সর্ব্ব জেষ্ট শ্যাম স্বাহা পিতৃর শন্তান॥
রাজ্যে স্পদনাপাইল দৈবের কারন।
গৌরশ্যম ভাগ্যচন্দ্র তাহার শন্তান॥৪২॥
দুইজন রাজা হেলে ঈশ্বর হয়মানি।
এ কর্ম্ম করলে তবে সত্য ধর্ম্ম মানি॥

একএকবর্ষ দুই হইবে রাজন।
তবেত সকল কার্য্য হইবে শোভন॥
কালি কৃষ্ণা পঞ্চমীতে মাহেন্দ্র হইবে।
কালিদিনে গৌরশ্যাম সত্য রাজ্য দিবে॥
পরম প্রপিতামহ যবিষ্ট দেবতা।
মোর বাঞ্ছাহউ পূর্ন তোমর কৃপাতে॥৪৪॥
নিজনিজ অস্ত্র সজে করহ শাজহ।
পিতৃঘ্ন চণ্ডাল ভই সত্বর মারহ॥
হুঙ্কার গর্জ্জন করি অধর দংশিল।
ধিক ধকবাল তবে অনেক কান্দিল॥৪৫॥

হপাবু, লুনা তোবা, ধর্ম্ম কাইদবগী প্রধানাদ লৈতাও য়াওবা লৈপাকান। থারুবদা ধর্ম্ম কর্ম্ম। মহে য়ানগদবান। ৩৭॥ ইমা ইপাদা লানথিবা দোষহুন, লেম্না মাংবা য়াদহুনা শত্রু ওইরগ, য়ানা তানজরক্রব পুন্য॥ পাম্বিদে। হলাই লাইনা ককথৎলি। মচা অহুগী মারদা মচানা লানবন, মমা মপা অহুন নিংতগী পিতারবা, অহুদা কাথবা উকুল মাশং ১ গা চাহ ১ গা পাহুন, মচ অদো নোংমোক তাহ। ৩৮॥ মীওইবা মপেক্ হাইবসে লাইগী মপোক্কুগী হেনবান, লাইনা মীগা মপোক পামলে। অম্বুক তাবা মপোক্ম, ইমা ইপাবু লুনা তোজবাদ অদেধন। ইমাগা ইপাগী পাদ দোকত এগী মরিনদ গঙ্গা জলগী হেল্লি। চরনা মৃতনা আহং ১ সুথেল ১দগী হেল্লবাদ, সামন্য জল ওয়ে। গঙ্গাজলনা চহ ১দা হেল্লবদি অংথা ঈশং ওয়ে। ইমা ইপাগী পাদদোঙ্গী কংজ্রব মথে মগুন মাদে। প্রাসাদ অধরামৃত লুনা তোগদবনি। ৩৯॥ ইমা ইপাদা তোহৈদবা মথল ১০ নি। অয়ং তশোইবা (খেংপা) তোকদে। অথোইবা [উশংতবা) তোকদে। য়াথং হঙ্গগদবান। পুকনং চংগদবান। হাইজগান (নোঙ্গগনা) ঈশ্বরগুম পুজা তোগন। খুকনজগান। দোষ লৌবগনু হাইজগান। অনৌবা পোৎ অমস্তং হজবা পোৎশক কৎকনি। খোং পাইহুনা সেবা তোগান। ৪০। অসি নত্তবা বোওই-হায়ারবা ভাক্ত মথন ৩০ াসন কাওদনা কৎলবাদ নিংথিবনা াতল্লে। ৪১। রারি অসি
অবাদ, মপোক ১ দা হিংচাবা ওইনা পোকই। সিরগা নোংমোক তই। শুক মুনিনা, মনাই পারক্ষৎত তাকাথ। ভাগবত পুরান শস্ত্রগী বানি। ফওবা মী কদোঙ্গুংদা কবা হোনদে। সাধু বৈষ্ণবনা মীবু মাংনবা তোবা হোনদে। সু মংকী মডাল, সু সানা, খ্রিংবা হোনদে। থাগী মডাল, থাবমা সাবা হোনদে। ৪২॥ প্রজা ম্নেংহুনা অনন্তসাইনা রাহৈ

হেন কালেদিন গেলে যজনী হইল।
যবিষ্ট দেবতাতবে উপায় সৃজিল॥
এথাতে পুরের মাঝেযেন হৈল কথা।
দুর্জনেরদুষ্ট দশা হইলেক তথা॥৪৬॥
স্বপ্নাকারে উচ্চ হৈতে যাজোপরে পড়ে।
ত্রাশিত ভরথ রাজা ভূমিতলে পড়ে॥
অকস্মাত সেই স্বপ্ন হৈল অন্তর্দ্ধান।
ভরথ ত্রাশিত হৈয়া উঠিল তৎক্ষণ॥৪৭॥
মৃত্যু ভয়েগণ সঙ্গে যুগতি করিল।
অনন্তস্বাহার সঙ্গে প্রজা না মানিল॥
এইসব যুক্তি করিভয় উপ্রজিল।
সেই রাত্রি গনশঙ্গে ব্রহ্মা পালাইল॥৪৮॥

ব্রহ্মাদেশ প্রদেশেতে গুপতে রহিল।
রাত্রিনা জানিল কথা প্রভাতে জানিল॥
রাজা নাহি পরস্পর প্রজা বোলহৈল।
অনন্ত স্বাহার মনে আনন্দ হইল॥৪৯॥
প্রজালয়া গৌরশ্যাম অভিষেক কৈল।
ভাগ্যচন্দ্র যুবরাজ স্পদ করাইল॥
শরঋষি ঋতচন্দ্র শকের প্রমানে।
বৃশ্চিক কৃষ্ণপক্ষমী সেই সোমদিনে॥৫০॥
সেইদিনে গৌরশ্যাম অভিষেক কৈল।
তাহাদেখি প্রজাগন সানন্দ হইল॥
কালপায়া ভরথের হইল পতণ।
কালপায়া গৌরশ্যাম হইল রাজন॥৫১॥

আস হাইরগা, অমুক প্রজা য়েংহুনা হাইরকই। পোকাম্মিরবা ইয়াম্বা শ্যামসাই, হপামক কুম্থনি। ঐখোই পুমমকা অহন নিংথো, ওইকম খোকপা মহাক্না নিংথৌ ওইবিদে, নোংদম থিবনা। হৌজিক মচা হবুংডো, গৌরশ্যাম, ভাগ্যচন্দ্র ২ লৈ। ৪৩॥ মচিন মনাওনা নিংথৌ ওইরবাদ, ঈশ্বরনা য়াগানি। ধর্ম্মসু খোকই, অহুনা চাং অমমুমম্ ওয়া ওয়া নিংথো ওইহনগে। অসি তৌরবাদ য়ায়া করগনি। ৪৪॥ হয়েং আস হিয়াংগৈ থাগী ২০নি পানবান। মাহেন্দ্র মঙলনি। অহুনা হয়েংমক গৌরশ্যামদা মনিপুরগী নিংথো হাপকে সত্য কোবা লাহনা খংসনু। হবুধো পাখংবনা চানবিহুনা এনা নিংবা খুংহনবা পইসনু। ৪৫॥ হে প্রজা পুমমক নংগী নংগী খুৎলাই সেম শাবো, হপাবুং মশক খংদবা চণ্ডাল মাবু হাৎসি। আস হায়রগা ভংতি, থা চিকই, ঐসু তোনথেদা হায়রগা কপাই। ৪৬॥ প্রজা পুমমকসু করে হাইদুনা লেপ্পথরে, মতম অহুদা পুমৎ তাপ্রে আহং ওইরে। ধর্ম্ম কাইদবদা পাখংবা তৌংহুনা কন্তবা মিবু থাহনবা ভাৎয়ু শ্রুতা খৈবক। কোপুংদা ধর্ম্ম লেতববু মাংনবা যোৎহৈনা শিল্লকই। ৪৭॥ ভরথ নিংথোনা ৩৫, ৯ থমমাংদা কমফৈদে, কোকংদা জীন ১ তাবৈ, থংহুনা লৈপাক্তা চোংথৈ লন অহু লৈপাক্তা ভরগা মাংথ্রে। ভরথ কিহুন নিংথো সজাই মাংলাদা চেনখোয়রে। ৪৮॥ ঐ শীবা তারে খন্দুনা, মনাই মশন কোশন্দুনা তাপ্রে। অদুম তৌরভেদা অনন্ত সাইগী লানগী পাও মনিপুর প্রজানা অমত্ত ওইখিবা তারে। থমবদ মাগী মীচং লায়া লৈএহুনা অহং অহুদা কনা উংন্দনা কবো লৈপাক্তা চেনখ্রে।

ইহাতে কপিলবাণী কালের বিচার।
স্থিরচর হৃদয়ের বদ্ধি দৈব আর ॥
গুস্কস্ফুরণ প্রফুল্ল ভূমি আদি কর্ম্ম।
মহত্ত্ব তমত্ব আদি কালানুগত কর্ম্ম ॥৫২॥
কালসম বলনাহি কপিল বচন।
কালযেযে কর্ম্ম তারে বাখিবে কেমণ ॥
আর শ্রীভাগবতে ষষ্টেত কহয়।
জয় কালে পুরুষের কীর্ত্তি আদি হয় ॥৫৩॥
ক্ষয় কালে শম্পত্ত্যাদি সব হয় হীন।
জয় পরাজয় আরমৃত্যুক জীবণ ॥

এই সবকাল ক্রমে শংসারেত হন।
অতএব সমওল্য মানে বৃদ্ধি মাণ ॥৫৪॥
এইমতে ষষ্ট স্কন্ধ দ্বাদশ অধ্যায়ে।
এয়োদশ শ্লোকেশুক রাজাতে কহয়ে ॥
হেনমতে গৌরশ্যাম রাজ্য পালেশুখ।
অনন্তরে হৈলাযেন কথা শুন শুখে ॥৫৫॥
খেলসিংহ নাম এক রাজার মাতুল।
চম্পক মালিকা এক ভগিনী আছিল ॥
তাহার গর্ভেত জন্ম নাম গৌরশ্যাম।
আর ভাগ্যচন্দ্র নাম জন শুখধাম ॥৫৬॥

৪৯ ॥ মনিন নাইদনা ভরথ নিংথৌ অরাদ লৈরে। অহিং অহুদি কনামত্তা খংনদে নোংভাল্লবদা পাউ তানরে, নিংথৌ চেনরে, প্রজা খংলে, অনন্তসাই নুংঙাইরে। ৫০ ॥ অনন্তসাইনা অকবা পুংকম য়েংদুনা লৈপাক প্রজা ভিন্দুনা, গৌরশ্যাম্বু নিংথৌ ওইহল্লে মানা বড়মন্ত্রি ওইরে। শেক ১৬৭৫ (বৃশ্চিক) হিয়াংগেগী ২০ নি পানবা নিংথৌ কাবদা, অভিসেক তৌই, ভাগ্য-চন্দ্রনা যুবরাজ ওইরে। ৫১ ॥ ময়াম্বা গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওয়রবা মনাও ভাগ্যচন্দ্রনা, যুবরাজ ওইরবা অনন্তসাইনা মন্ত্র ওইরবদা প্রজা পুম্বা নুংঙাইনরে। গ্রন্থকার্ত্ত লাইরক লেংবনা হাইজে হে শ্রুতা খিবিক কাল হাইবা লাইগী পাঙম্মা, ভরথ চেনখিদুনা গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওই। ৫২॥ কালনাবল্লবাম্ম হাইবসি কপিল ভগবাম্মা হায়খি। অচৎপা, চৎতবা বৃদ্ধ লৌশিং, অকবা কংতবা, অকাইবা, থবক তৌবনচিংবা, মগুন লৈবা লৈতবা (কালা নুগত) মতমগী মতুং ইনবনি। ৫৩ ॥ পুম্নমক্তগী (কাল) মতমনা মহেল্লে, মতমগী মতুং ইন্দুনা লাকপা থবক কারগুম্বদা থীংবা ঙমদে, শ্রীমদ্ভাগবতকী ৬ শুবা স্কন্ধদা লাওরি, মীওইবগী জয় ওইয়ু হাইবা মতম লাক্লবদা মাগী অকবা মীংচৎপু, খিংবীনিঙাই লৈতে। ৫৪॥ মাংজু হাইবা মতম লাক্লবদা, তুম্মা মাংও থীংবা ঙমদে। ময়ম অসনা, য়জ ওইবা মাইথীবা পোকপা, শিবানচিংবা, মাগী মাগী, মতম ওইয়ক্লবদা থীংবা ঙমদে, ময়ম অদুনা অসিংবা বৃদ্ধি লৈবা মীনা মতম য়েংদুনা থবক পুম্নমক তৌনৈ। ৫৫ ॥ হাইরবা অসি ভাগবতকী ৬ শুবা স্কন্ধগী ১২ শুবা অধ্যায়গী ১৩ শুবা শ্লোকতা হাইরি, নিংথৌ ওইজৌ হায়বা মতম লাকুনা গৌরশ্যাম্মা নিংথৌ ওইরে, মাথাগী তাবিয়ো। ৫৬ ॥ মোইরাংঙা, খেৱৈরুনাং তেনহৈবশিং, মাগী, মচে, চম্পক মালীকা কৌবীনা শ্রীশ্যামলাইগী

শৃঙ্গমধ্যে এক হস্ত খড়্গ দেখিবেক।
সেই খড়্গ তোমাপিতা জলে লইবেক॥
খড়্গ হৈতে খাদ্য বস্তুসব পাইবেক।
হেন কালে সেইপিতা আছি দেখিলেক ॥৭০॥
ত্ত্রা শুনি শুর আছি এস এস বলে।
তারে দেখিসেই দেবী পালাইয়া গেলে॥
প্রভাতেত নৌকা দেখি খড়্গ লইলেক।
খড়্গ পায়াপিতা পুত্র বাঞ্ছা পুরিলেক ॥৭১॥
শুনি ত্রিপুরার রাজ তাহারে ডাকিল।
তোমাঠাই গুণ খড়্গ আছেন শুনিল॥
তোমাত্বই খাদ্য বস্তু আমি পুরিবেক।
তাহা শুনি ভাল শুর খড়্গ আনিলেক॥ ২॥
খড়্গ গুণ শভামাঝে রাজা দেখিলেন।
যত ইচ্ছা সব বস্তু তাহাই দিলেণ॥
তাহা দেখি হর্ষে রাজা রাখিল যতনে।
তারসম এক খড়্গ করিল গঠনে ॥৭৩॥
আরদিনে মনিপুরে উড়িয়া আইল।
বহুগিরি লঙ্ঘি আছি পড়ে লক্ষ্মিবিল॥
ফিরা ফিরি জলমাঝে খড়্গ চলিলেন।
চতুর্দিগে পঞ্চাশ হস্তকেন উঠিলেন ॥৭৪॥
খাজের মচ্ছের যন্ত্র ভিতরে চরিল।
যন্ত্র মাথে সেখড়্গ ছেদন করিল॥
আদ্যাপি সেযন্ত্র মাথে ছেদিয়া রহিল।
তথা হৈতে ভাসগিরি উপরে উঠিল ॥৭৫।

অহ্ মুল্লগা মচি অমদা লোৎতুনা থমগ্রে। ৬৮॥ মকি রাওদনা চৎপা য়াদবা ওইবংগী অতম লৈমিয়রে, খরগী তুংদা মচা মুপা অমা পেক্লে। মচা অহ্ লেপ্রা কোইনা চেলে. অতুদা নোংমদি শুরন য়েংতুনা হাই ঐসে চেনলরোই ঐগী কি পিরে তকই। মচাসু লৈরে চেনলরোইদগুম খন্দুনা কি অতু পিরে, সুমিং অতুগী সুমিদাংদা চেনগ্রে। ৬৯॥ শুরন লাইববা পতি লৈত্তবনা অতুম লৈরে। খরগী তুংদা নোংমদি মানা চৎখোকথ্রিঙৈদা লাকতুনা মচাবু অমৃত পিথকই, অতুগা মচাদা রারি তাকই, মতম অসি শুরন মমা মচা ঙাংনবসি মপান্দা তাই, ইবুঙো নংগী পাবুংদা তম্মু চয়েংদগী ইমাদি লাক্লরোই। নপাবু অয়ুক অঙনবদা মাংদা চেল্লিবা তুরেন্দা লাকউ হায়য়ু, ইমানা চিরোং লাইনা পানবা হি ওইহুনা : ৭০॥ তুরেন্দা তাওরমগনি, চিরোং মরাইদা খুড়প অমা শাংবা থাং অমা য়ানগনি থাং অত্র নপাবুংবু লো হায়য়ু. লোরগা পুজা তৌ, অচা অথক পিগনি য়াইনী নিংবা পুমনমক পিবনি হায়য়ু. হায়রিবা রা অসি শুরন লাইরবনা মপান্দা লৈহনা তাই। ৭১॥ শুরন লাইরবনা ইবেম্মা নং চৎপ্রগু হায়হনা চংঙ্বদা মাবু উবদা মাংগ্রে চেনগ্রে। মথরাই সুংঙাইতনা অহিং লৈরে নোং ঙানবদা চৎলুবদা লৈবমতুনা চিরকপ থাং লোয়ে। হি মাংগ্রে থাংত পুত্না লাক্লে, মানা পুজা তৌহনা নীবদা নিম্নিবা মখৈ খোকই। ৭২॥ ইনাক খুমলে মঙ্গিং চৎলে নিংথৌ অহনা মাবু কৌথংলে, ময়ম হংবদা তায়া লোইনা তম্মি, নিংথৌনা নংগী থাং অহ্ লৈ [illegible] তারনা কৌয়ু, [illegible] পুজি [illegible] ঐনা থাকনি থাং পিয়ু. নিংথৌ [illegible] হায়রনা [illegible] কংলে। ৭৩॥ তুরেন

সেই হৈতে ভংস গিরি ভাবিয়া রহিল।
খড়্গা উঠেসেই হেতু খড়্গোথ নাম হৈল॥
আর শুণ মহিপতি পুর্ব্ব কথা হৈল।
মধুগল্যখয়াণ নাম একজন ছিল ॥৭৬॥
দারিদ্রের হেতু পরাণ দারিদ্র নাম।
তারপিতা ধনরূপে গিরি আছিলাম॥
দৈবযোগে তারপিতা মৃত্যু হইলেন।
পিতামৃত্যে এই গিরি করে বিক্রয়ণ ॥৭৭॥
কাবানাম মহিরঙ্গ নৃপতি আছিল।
মুল্যদিয়া সেই গিরি তাহাতে কিনিল॥
একই তিমেন খড়্গা ধান্য এক ভুল।
আর গাভী শুস্ক মাংস দাম এই মুল্য ॥৭৮॥

এইসব বস্তু দিয়া কাবা রাজা নিল।
সেই হেতু এই গিরি মহিরঙ্গ হৈল।
কাবা রাজ রঙ্গ হেতু কারঙ্গ আখ্যাণ।
কাশব্দ প্রথমাক্ষরে এনাম আখ্যাণ ॥৭৯॥
শুণ গৌরশ্যাম রাজা বিচার করিবে।
মধুগল্য গিরিসীমা আমার হইবে॥
তাহাশুনি গৌরশ্যাম কোপি তারে বলে।
দেবনর সন্ধিকালে এ সব হইলে ॥৮০॥
পুর্ব্ব কথা ইহকালে নাচলিবে পুণ।
বৃথা কথা পুণঃ পুণঃ বলে মোরস্থাণ॥
চল মামা এ কথায় পুণঃ না বালয়।
পুনর্ব্বার আছ বলে সম্পত্তি খাটায় ॥৮১॥

নিংথৌনা সভা ময়াইদা থাং পুজা তৌগনা নিয়ে, অনিবা পোৎ পি সভা উক্লে। থাং থমগ্রে অহুগা মাগুম্বা থাং অমা শুরন্দা পিগ্রে। ৭৪॥ অহুগী নোংমা লৈরগা থাং অসি মনিপুর তম্না পাইবক্লে, চীংজাও কয়া লাম্লকতুনা (লক্ষ্মীবিল) লোক্তাক্তা তাররে, পাৎয়াই অসিদা উরু-রু লৈহুনা চৎলি থাংগী নাক খেৎ তুংদা খুহপ য়াংথৈগী লমাস কোঙ্গোলনা চীংগুম্বী। ৭৫॥ থাং আসনা মনিং তম্না সানরকপদা থাঙ্গরাকপগী সোয়ারুদা চংভে, লুদা চংলবদি ময়াই চম্বা তারহুনা লুচিনখে.কৌ লুয়ৈ হাইদৎতুনা লুখা কাক্না থনমলগা, থোয়ক্লে গ্রন্থকর্ত্তা লাইরিক লেংবনা হায়ঙ্গে হে শ্রুতা বৈবিক অহুদগী হোহুনা সোয়ারুনা লুখা কাকনারবা আসনি। অহুদগী পাৎয়াইদা লৈবা অতাওচৌংদা কাগ্রে। ৭৬॥ থাংনা কাহুনা লৌখবদগী অতাওবাচৌং অসি মকম লেংখিগ্রে ১সুং তাওহুনা কোইনা চৎলহা তোকগ্রে। মমিং (খড়্গোথ) থাক্কাচৌং কৌখি। হৌজিক লোয়া হৈতনরকতুনা থাজচৌং চায়না খংনায়। খেলেম্বনা হে গৌরশ্যাম ভাগ্যচন্দ্র, মথাগী রারি তায়ো। খুমনদগী, থয়ান কৌবা লাইরবা পুপা অমা লৈরম্মী। ৭৭॥ য়াম্না লাইরমনবগী মমিং চৎলে, মাবু থয়ান লাইরবা হাইনা খংনৈ, মাবু পোকপা মপানা (অতাওচৌং) থাজচৌংসে মাগী ইথেল ১সুং ময়লনাই চীং ওইনা থনম্মি। মীওইবগী মপোকসি অমম নত্তবনিনা, শিয়ে মপা শিরবদা উনাই লৈগ্রহুনা য়োগে। ৭৮। মতম অসি মোইরাং লৈবাক্তী নিংথৌদি কাবা কৌই কাবা নিংথৌদা চীং অসি য়োগ্লে। কাব নিংথৌনা,তা, অমগা থাং ১গা, কৌ শংবাই ১গা, যনথী ১গ, ভাকং পয়েং ১গ। ৭৯॥ হারবিবা পোৎসাক আসনা মমল ওইদুন, খুমনদগী, মোইরাংনা লৈয়ে। কাবা নিংথৌনা লৌ-

তাহাশুনি লজ্জা যুক্ত খেলাসিংহ গেল।
শক্তি খড়্গ বান আদি আগেত থইল॥
শুণ অস্ত্রগন এই সত্য কাহলাম।
তোমা সব দংশি দশ করিলাম ॥৮২॥
গৌরশ্যাম ভাগ্যচন্দ্র খোদ দেশান্তরে।
সামর্থ হইলে যদি মরিব দুহা কারে॥
নামারব তোরা মুখে নিশ্চয় মরিব।
যথা ধর্ম্ম তথায় জয় বলে শাস্ত্র সব। ॥৮৩॥
এতবলি অস্ত্র সবপ্রত্যেক দংসিল।
দুর্ব্বুদ্ধি খেলসিংহ কাল গ্রাস হৈল॥
ধর্ম্মা ধর্ম্ম বিবেচনা দুষ্টজন নয়।
লাভ হেতু পরনিন্দে মনে আহ্লাদয় ॥৮৪॥

আরেত শাস্ত্রেরবানী প্রমাননিশ্চয়।
শর্করা মধু তারনিম্ব বৃক্ষ উপার্জয়॥
তথাপি নিম্বের কভু মধুরনা হয়।
এইমত শাস্ত্র মধ্যে কারয়ে নিশ্চয় ॥৮৫॥
সেইমত খেলসিংহ দুর্জ্জন চরিত।
স্বভাবিক কটু কথা আমর্ষ চরিত॥
দুর্জ্জনের কটুবানি পৃথিবী বিদার।
অত এব বুদ্ধিমান মানিয়ে আসার ॥৮৬॥
আমার সম্পত্তি হেতু তাহার কারনে।
এইসব নাহি মানি আমর্ষ কারনে॥
মহৎ অপরাধ আয়ু যশ কার্ত্তি নাশ।
অতএব বুদ্ধিমান মানি সর্ব্ব নাশ ॥৮ ॥

বদগী, কা শব্দ লোড়্না করাংচৌং কোথি, হোজক মাবু থাজ কর চাং কোনরি। লমাদ খুবনগীনি চিংদি মোইরাংগীনি। ৮০॥ হে গৌরশ্যম ইমাক নিংথৌ থাজচাংগী মপা মথে, মামদঃ পিয়ু মাস্বগী মোইরাং ওইহনপ্রগে। রাহে অদু তাবদা গৌরশ্যাম নিংথৌ শাওাথবনা থাবং ওমদহুনা মাইতাংনা হাইখকই, হে মাম, রায় অদো মীগা লাইগা তোংনরিভেগী রানি। ৮১॥ হৌজিক অদু চৎপা য়াবা মতম নৎত্রে। ইথক্তা পানাথবা গুরুজন কয়ানা চৎনরক্তবা থবকপু ইহাকথক্তা কয়ম চৎকনি, অয়েম্বা রা অদুবু হয়া হয়া ওাংত্রা, লেংথৌরো মাম্মা, অমুক হয়া হায়রবদি, মামদা পিারবা মোইরাং নিংথৌ অদো লোথোকনি। ৮২॥ অদু তাবদা মোইরাং নিংথৌ হনখ্রে, ময়ুম সংগাই য়ে বদা, হকাই পুংশি য়ায়হুনা, থাং তানাচংবা খুলাই লোইনা পুথোক্‌না থম্রগা রাশকই, তাও হে খুৎলাই থৈবাক ঐনা নথোকবু চিকতুনা রাশক্রবনি। ৮৩॥ গৌরশ্যাম ভাগ্যচন্দ্র আনসে মনিপুরদা লৈহল্লোই ওয়্রগা, মথরাহ লোগে। ওমদবা খোক্লগা মখুৎতা থরাই মাংগে সত্যা কোবা লাইনা থংসপু সাস্ত্রনা লাওরি, ধর্ম্ম লৈবনা জয় ওই হাইনা। ৮৪॥ মোইরাং নিংথৌ খেলেম খুংগাই চিক্‌না রাশক্লে, রাখন কয়বদগী কাল কোবা লাইনা উমখ্রে। কৎতবা মী হায়রবসিদি, ধর্ম্ম য়েংব হৌনদে, মাগী ওইজবা পাম্বনা, পিত্রগা শাওাযদো ॥৮৫॥ মী কয়ববু বেদনা প্রমাণ তৌর। চিনি অতোংবনা লৈহাও সেমহুনা নিম পাম্বী অমা থারে চুহিনা ইশিং ওইনা চাইরে অদুবু নিম পাম্বী অহু থুম্‌ রাদে অদুগুমবনি ॥৮৬॥ নীবগুমা খেলেম্বনি মপুক য়ায়া কওবনি, মাগী ওইজবা পাম্বনা, ওাংব রাজনি য়াবা নত্তে য়েংদে, কৎতবা মীগী রাজংশিদি পৃথি কাইবনি, অদুবা পাণ্ডিতসিংনা তাবদা নাকোং মেটে মীথগী নাব শোটে ॥৮৭॥

এবেশুন খেলসিং যেহয় কথন।
নিজপ্রিয় পাত্র আছে সেলসিংহ খ্যান ॥
তাহার উপাধি শাল্য হয়ে নিজ নাম।
সেলশব্দে উকার ত সানুশার নাম ॥৮৮॥
তারপরে বাশব্দ বাঅন্ত শব্দে হয়।
সেইসেনিজের পাত্র ডাকিয়া কহয় ॥
শুন ওহে সেলসিংহ মন্ত্রিরাজ পাত্র।
আমার বিশ্বাস হেও আছে তোমি মাত্র ॥৮৯॥
রত্নপুর দেশ। তোমি ত্বরিতে চলহ।
আমার বচন রাজা বিশ্বাসিতে কহ ॥
তোমাঠাঞি পাঠাইল মন্ত্রিরাজ পতি।
তোমার আশ্রয় করিমোর বল গতি ॥৯০॥
দৈবগতি আমারেত হৈল অপমান।
মনিপুর গৌরশ্যাম কৈল অপমান ॥
জীবনেত্ত মৃত্যুপ্রায় হৈল মোর মন।
তোমার উপায় হৈতে এদুঃখ মোচন ॥৯১॥
মনিপুর রাজা এই বড় ঐরিমানি।
অত এব উপকার তোমা মাত্র মানি ॥
নিজ সঙ্গ সামন্তকে পাঠাও সত্ত্বর।
মনিপুর রাজা এই তোমি যুদ্ধ কর ॥৯২॥
তোমি এই কৃপা যদি নিশ্চয় করিবে।
তবেত আমার কন্যা তোরে সমর্পিবে ॥
এইসব কহতোমি রত্নপুর নাথে।
তোমাবল বুদ্ধি হৈতে মোর কার্য্য সাধে ॥৯৩॥

কন্নবা মীনা মীগী ওইজবা তানবদগী, ধর্ম্ম, কাই, কাইদে য়েংদে, ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব য়েংদে অতুগা (মহৎ অপরাধি) ধর্ম্ম কাইদবা, মশুন লৈব মীদা লাল্লবদি, থুনাসি, মখিং চৎতে পুনসি তেল্লি, মীংচৎ মাংঙি, পুন্নমক্কী অমা বনি পণ্ডিৎসিংনা লাউরি ॥৮৮॥ তাবিয়ো খেলেম্বনা তৌরকপা মথা লেংজরক্লগে। মোইরাং অতুদা মনাই অচাম্বা রাম্না লুনা তৌবা নুপা অমা লৈ, মখিং চেম্নাইবা কৌই (উপাধি) মকমনা শোল্যকমনি সেংলুংবা হাইবসি শব্দনা শেল সব্দনি, অতুদা ব্যাক রংগী, কৃৎপ্রেদ। (উম) প্রত্যয় চংজগা লদা উকার তপ্পগা মনা অনুং সার কারগা, সেলুং খোকলে ।৮৯ অচুগী তুংদা, বা, শব্দ, হাপ্লাগা সেলুংবা খোকলে, সেলুংবা হাইবা, কম অনি রাম্না চাওবা কমনি, অতুম্বা হে মনাইবা সেলুংবা মনাই কৌশিন্নে। হে সেলুংবা মোইরাং লৈপাক্কা এনা থাজবা ঐগী মীদি নংনা মরোইরে। ৯০ ॥ রাম্না থুনা অরা কোলুংদা চৎলো ঐগী থাজনবা রা তাংজু নং আস ঐনী হায়গদবনি। মোইরাং নিংথৌনা থারকপনি, মরমদি ঐগী অরাবা কোক্লবা হাইজবা চংজবা লাকপনি। ৯১॥ ঈশ্বরগী নোংদম থীংনা, মোইরাং নিংথৌ খেলেম্ব মৈতৈ নিংথৌ গৌরশ্যামগী মথুংতা মাইথিরে, হিংলি হায়বদু মত্তাইরে। শিবগুরে অরা নিংথৌনা থরাই কনবীয়ু। ৯২॥ মৈতৈ নিংথৌনা লানজদবা, অসোনবা ঐবু থীনা থীনা তৌবীরে, লৈবা ওমজ্রে ঐগী জীব কনবীয়ু, অরা নিংথৌ নহাক্কী অথৌবা তেজোল থারকুনা লাল পাংবিয়ু ॥ ৯৩। ঐনা হায়জবা অসি য়াবিররাদ, ঐগী ইচানুপী, রতন মঞ্জুরী কৌবী কন্যাসে অরা নিংথৌদা কৎচনি। ঐনা হায়রিবা অসি সেলুংবা নংনা হাইগদবনি নহাক্কী নপাম্বগী ঐনা নিংথৌ থংংহনু ॥

আরশুন সেলসিংহ আমার বচন।
রাজনিতি বিচারেত দূত কার্য্য হন॥
বুদ্ধিমান জনের হয় ত্রিবিধান দূত।
উত্তম মধ্যম কনিষ্ঠ কহয়ে পণ্ডিত॥৯৪॥
আপনার কার্য্য চলে স্বয়ংগম নাম।
তাহাকে উত্তম করি পণ্ডিতকে গান॥
পত্র লৈয়া যেই চলে নাম পত্র হার।
তাহাকে মধ্যম কহে শুন বাক্যসার॥৯৫॥
বাক্য লৈয়া যেই চলে কনিষ্ঠ আখ্যান।
আপন চলিতে কার্য্য নহে এই ঠান॥
অত এব তোমি চল পত্রের সংগতি।
সেলকহে কোন স্থলে দূতের যুগতি॥৯৬॥

রাজাকহে সেল শুন দূত প্রকরন।
রাজনীতি বিচারেত দূতের কথন॥
স্বপ্রিয়ার মান কালে শরনাগত স্থলে।
শুভবার জনে আর রহস্য কার্য্য কালে॥৯৭॥
দূত কার্য্য স্বয়ংগমে উত্তম বাখ্যান।
আপনার কনিষ্ঠেতে বাক্য হরনাম॥
এইউক্ত পঞ্চ স্থলে দৃঢ়তর কার্য্য।
শুনশাস্ত্রে পত্র হার দ্বারা কহে কার্য্য॥৯৮।
এত কহি পত্র লেখিসেল করে দিয়া।
সন্দেশাদি দিয় তরে দল পাঠাইয়া॥৯৯॥
।—॥—॥ দীর্ঘছন্দ ॥
পত্রলৈয়া রাজা স্থানে, চলিলেক সল নাম,

৯৪॥ অমগা হায়গে সেলুংবা, মমা লৈভেদগী চুৎ থাবা হায়বসি নিংথৌ পুম্নমক্না চৎনারবনি অদুগা দূত কার্য্য বায়বসে মখল অহুমান। অথোইবা, মরুাই, অতোনবা। ৯৫॥ মছাগী থবক্তা মছামক্না দূত ওইদুনা চৎলগা হায়রু চৎচ তৌরিবদে মমিং স্বয়ংগম কৌই (উত্তম) অথোয়বা চুৎ কৌই। অদুগা মখুৎনা লাইরিক ইদুন পিরগা লাইরিক পুদুনা চৎলিবদে মমিং পত্রহার কৌই (মধ্য) রাইমবা চুৎ কৌই ৯৬॥ অদুগা চৎলিবা দূত অদুদা অসি হায়রু হায়দুনা ওৎপদবা রা কানবা তঙ্গীরগা চৎহনখিবা অদুনা বাক্যহার হৌ কৌই (কনিষ্ঠ) অচম্বা অমস্তুং অতোনবা চুৎ কৌই। মরম অসি লৈবনা, মরুাই ওইবা পত্রহার কাবা দূত অসি নংনা ঐগী লাইরিক পুদুনা অরা কোংদা চৎলো, অদু তাবদা সেলুংবনা ইনাংথৌ দূতগী মরম তাকপিয়। ৯৭॥ মেৎৈরং নিংথৌনা সেলুংব, (দূত কার্য্য) দূত থাবা হায়বসি রাজ নিতিদা মখল ৫ নি। অমনা মাগী রমনিনা (মানকালে) খৎনদুনা, শাওনদুনা তোঙাল তোঙাল লৈরবদ চুৎ থাবা অসিমা অনিশুবা, ঐগী ওইজনবা ১ম্নুং কায়গদবা রেংদুনা লাইজবা চৎচবদা চুৎ থাবা আসম্বা অহুমশুবা, মরিশুবা, করিশুবা অরুবা রা খয়গদবা মরমদ, ঐতোন্দগী হেনবা ওইরবসু ইমারবা ওইরবসু অদুগা ভাংনবা অমস্তুং খয়গদবা অদুদা থাবা চুৎ আসম্বা। ৯৮॥ হায়রিবা মরি অসিদি স্বয়ংগম কৌবা চুংনা চৎকদবনি। অদুগা ৫ শুবা, মচাদা মনাওদা, মনাইদ, থাবনা বাক্যহার কৌবা চুৎ থাগদবনি। হায়রিবা ৫ অসিনি। থারিবা নিংথৌগী 'কংজিবা নিংথৌ, অনিমক্তী মশুন মাংজবা পত্রহায় কৌবা চুৎনি। ৯৯॥ অসি হাইরগ, চিঠি অমা ইদুনা পিরে লপী চানবা

কতদিনে পাইরত্নপুরে ।
লোকেরে জিজ্ঞাসাকরি আইলেকরাজপুরী,
অন্তঃপুরেপাই বহির্দ্বারে ॥
রাজস্থানে দ্বারিগিয়া, অপূর্ব্বেরজানাইয়া,
পাত্রনিয়াদ্বারি প্রবেশিলা ।
রত্নরাজা সিংহাসনে, পায়াসেলদরশনে,
জানুপড়ি চরন বন্দিলা ॥১॥
সভাতে আসনদিয়া, অতিথিরে সন্মানিয়া,
কহে রাজা সন্মান বচন ।
তোরেমানি বিদেশিক, হবকোন মন্ত্রিলোক,
কোন কার্য্যে করিলা গমন ॥
সে কার্য্য আইলে এথা, বুঝাইত তত্ত্বকথা,
কিনামতোমার কোনদেশ ।

তোমার দেখিতে মুখ, জানলোক করিলেখ,
তোমানা হবেন হেনদোষ ॥২॥
দেশ মোর মণিরঙ্গ, রাজধৈলসিংহ সঙ্গ,
তার পাত্র সেলু নামমোর ।
এতবলি নমস্কারি, পত্রলৈয়াদিল করি,
বলে ইহা আছে সবসার ॥
পড়াইয়া শুনে ভূপ, বুঝি রাজা তত্ত্বসব,
বাস স্থানে পাত্র বসাইল ।
পুছেরাজা বুদ্ধিমন্ত, সব কথা শুনিলন্ত'
মনে কার প্রকট কহিল ॥৩॥

পদ

রূপ কথা কন্যাদান সকল শুনিল ।
ভাল ভাল নৃপমণি সকল বলিল ॥

খোরোচ পিরে নং চৎলো হাইদুনা মনাই অচাম্বা হেমনাইবা সেলুংবু অরাদা থারক্লে ।

দীর্ঘ ছন্দ ।

১ ॥ গুণেন্দ্রনা হাইজে তাবয়ু শ্রুতা থৈবিক । চিঠি পুদুনা হেমনাইবা সেলুংব মুংমিৎ কর'নি লাকদুনা, ( রত্নপুর ) মান্দলে কোমুং য়োংরক্লে হংও হংওদুনা লাকপনা মংগোং য়োংরে খোং সংবা খেংনরে, খোং সংবনা, নিংথৌগী মা য়াথং লৌদুনা দরবারদা পুংশল্লে । হেমনাইবা কোমুং চংশিন্দুনা রাজ বেভার কাইদনা নিংথৌ খুরুমল্লে, । ২ ॥ অরা তোংদোই নিংথৌনা তরাম কৌশিন্দুনা, আসোন কমকম পিদুনা কমহল্লে, অতিথিগী তৌনবি সেবা তৌহল্লে । অত্র ত্বংদা র হংজি তে মহাশয়ঃ নং অসি অরাপ্পা দেশদগী লাকপা মংল্লি, অতগা, অচম্বা মীশু মাম্নে, মন্ত্রিগুম্বা মগুন লৈবা মী মাল্লি, করিগুম্বা হাইনিংবা লৈবগে, হাইবা য়াগনি, করি দেশদগীনো মিংনা করি কৌবগে, য়ায়া হৈ শিংনা উই হাইনিংবা রা হাইযু, নংগী দোষ ঐনা লোইরোই । ৩ ॥ নিংথৌগী মা য়াথং তাবদা হেমনাইবা সেলুংবনা, হে মহারাজ ঐ মোইরাং দগীনি, মোইরাং লৈপাক্কা নিংথৌ ওইরিবা, খেলৈ মুংনাং তেন্‌হৈবনা, থারকপনি, ইমিংনা হেমনাইবা কোই ঐনা ওইজবা কয়া সেলুংকম কোই । অসি হাইরগা, চিঠি কংলে খুরুম্নি, হে মহারাজ চিঠি মপুংদা পুম্নমক য়াওরবনি হঙংলি । তাবীয়ু শ্রুতা থৈবিক, দেশ অমগা

তবে রত্ন নাথ হর্ষ আদেশ করিল।
নিজ সভারণ বাদ্য তাহা বাজাইল ॥১॥
বাদ্য শুনি প্রজাগন তারা তার আইল।
যুদ্ধ সাজ সাজবলি আদেশ করিল ॥
বহু হস্তিবহু অশ্ববহু অস্ত্রগণ।
নিজ নিজ অস্ত্র সঙ্গে মিলে সৈন্যগণ ॥২॥
তাহা দেখি সেলসিংহ রাজাযে কহিল।
বিদায় করিয়া আগে সে সব কাহিল ॥
সৈন্যগণ অস্ত্রগণ হৈল অগনন।
বহু সেনাপতি সঙ্গে পায়াশুভক্ষণ ॥৩॥
যাত্রা করি চলিলেন রত্ন সৈন্যগণ।
রত্ন হৈতে যাত্রা করি আই কতিদিন ॥
এবে মণিপুর কথা শুনশ্রোতাগণ।
অগ্রহায়ণ মাসের অমা বস্যাদিন ॥৪॥

সেইদিনে সূর্য্যদেব পূর্ণগ্রাসহৈল।
আকাসেত অন্ধকার মণিপুর হৈল ॥
গ্রহের মোচন কালে ভূমিকম্পহৈল।
তাহাদেখি প্রজাগণ হাহাকার হৈল ॥৫॥
এইমত প্রজাগণ চিন্তান্বিত মন।
পৌষ শেষেরণবার্ত্তা কহিল দূতগণ ॥
তাহা প্রজাগণ সঙ্গে যুগতি করিল।
রণ যাইবার কথা নিশ্চয় করিল ॥৬॥
রাজা অজ্ঞাঢোল ব্যাপ্তে প্রজা আহরিল।
ঢোলশব্দ শুনি প্রজা ভয়া ভরি আইল ॥
শক্তি খড়্গ বন্দুকাদি আর বানগণ।
এইমত নিজ নিজ লয়া অস্ত্রগণ ॥৭॥
ঢাকঢুল ভুরিভেরি শঙ্খ কোলাহলে।
জয়নাদ সিংহনাদনাশুনিকার বলে ॥

দেশঅমগ লোন তিরদে, লাইরিক ময়েক তিরদে, অহুগীদমক, দেশ, দেশ, শুদিংদা ময়োন ংবা পণ্ডিৎ অমমম থয়ে, অরা তোংদোই নিংথোনা মৈতৈ ময়োন খংবা পণ্ডিৎতা, চিঠি অহু পিহুনা পারে, পণ্ডিং অহুনা অরাগী ময়োন্দা হন্দোকহুনা নিংথৌ প্রজা তাহল্লে নিংথৌনা প্রজাগী মপুক খংনিংহুনা প্রজাদা হংখি ॥৪॥

পাদ

১॥ হে অরা প্রজা, মচা কৎচগে লান পাবিয়ু হাইরয়ে, ঐদি লান্ পাম্বি নথোই প্রজানা করি থোকই। অরা প্রজানা লান তৌসি হংগৎলি, নিংথৌনা অহুদি লান বাও চেনলো য়াথং থারে। প্রজানা লানগী পুং য়ৈহুনা লান বাও চেল্লে। ২॥ পুংখোন তাবদা প্রজা চেনখৎনরক্লে, মাগী মাগী খুৎলাই সেম সাহুনা, থুংগুয়ে, সগোল সাযু, মশিং লাকপা গুমদনা পৈরে। ৩॥ অরা নিংথৌনা তেন্জোল পৈবা উয়বদা, যোইরাংগী হেমনাইবা য়েংহুনা হাইরকই, সেন্দুংবা নহাক চৎলো নবুঙোদা ভম্মুয়ো, লানগী থৌরাং অসি নহাক্না উয়েদনা, হাইহুনা থারক্লে, অহুগী তুংদা, অকবা পুংকম য়েংহুনা লানগী যাত্রা তৌরে। ৪॥ অরা তেন্জোল অচৌবা মনিপূরগী লান পাগদবগি মুমিৎ কয়ানি লাক্লে। অসি নৈথিঙ্গ, অসোয়দা মনিপুরদা, হিয়াঙৈ থাগী থাসদা মুমিৎতা গুযোন লাকই। ৫॥ গুযোন অসি পুমউম উম্মি, অমনা মুংথিল অহুদা পুয়মম

যুবরাজ ভাগ্যচন্দ্র হইয়া প্রধান।
সমযোগ পুরীদগে করিল গমন ॥৮॥
সমযোগ যুদ্ধ নাহি তায় চলিগেল।
অনন্তস্বাহার সঙ্গে ব্রহ্মাদেশ হৈল ॥
তথা রত্নপুর সৈন্য উঠি প্রাতঃ কাল।
রণ ব্যূহ হৈতে সব বাহিরায় কৈল ॥৯॥
সব সেনাপতি সঙ্গে বুঝিতে আইল।
গজ অশ্বপদাতিক সামান্ত ব্যূহ কৈল ॥
মণিপুর সৈন্য ব্যূহ অর্দ্ধ চন্দ্রাকার।
দুই শৃঙ্গবর রয় রাখিল যুঝার ॥১০॥
যুঝিলেক সবসৈন্য মাতঙ্গ ঘোটক।
মধ্যদেশে রাখিলেক কামান প্রত্যেক ॥

তবেদুই সৈন্য যুদ্ধ কৈল দেখাদেখি।
বন্দুকাদি নানা অস্ত্রএড়ে মুখামুখি ॥১১॥
বর্ষি হাতে ধরিয়াছে অস্বারী সঘণ।
যেনমতে আকাশেতে উড়য়ে সাচান ॥
অশ্ব অশ্ব ফিরা ফিরি বর্ষি হানিলেক।
বহু সৈন্য রণমধ্যে তাহা পাড়লেক ॥১২॥
বারুতে বন্দুক শব্দমেঘের গর্জ্জণ।
বরিষার মেঘে যেন ঝর বরিষন ॥
নিদারুণ যুদ্ধযেন দুর্লঙ্ঘ্য সাগর।
নানা বাদ্য ভাণ্ডশব্দ কল্লোল সাগর ॥১৩॥
এইমতে তিন দিন মহাযুদ্ধ কৈল।
দৈবেত ব্রহ্মার সৈন্য বলবাণ হৈল ॥

মন্ত্রি, অতকপনি। গুয়োন অতনা খাবা কান্দা ( ভূমিকম্প ) য়ুহারাই, প্রজা অপুম্বা মাংবা তারে লাওনৈ। ৬॥ মনিপুরগী নিংথৌ প্রজানা করি থোক্লগবা য়ানৈ, অহগী ভূংদা পোইন্নু- খাগী শিরমদাইদা, নোংপোক্তা খানা কম্বনা অরাগী লান লাকলে হঙ্গৎলয়ে, লান বাও তাবদা নিংথৌ প্রজা খৈয়ে লান ঙাকপা চৎপদা লেপ্লয়ে। ৭॥ নিংথৌ য়াথং মতুং ইয়া লানগী পুং য়েয়ে, পুংখোন তাবদা, প্রজা মাগী মাগী খুৎস্থ খুৎলাই সেম সাহুনা থুংওয়ে, খুৎলাই সংদগী খাং, তা, নোংমৈনচিংবা খুৎলাই। ৮॥ পূর্থোকতুনা মাগী মাগী শেম শানয়ে, পুং য়ৈবনা মঙ্গলগীদমক ঢাক, কৌবা টুল তুরি, ভেরিনাচিংবা পুংয়ৈ মোইরুং খোংঙি, জয়নাদ, সিংহ নাদ লাওই তেঙ্গোলনা নিনবনা য়া ঙাংবা তারে, ভাগ্যচন্দ্র যুবরাজনা তেঙ্গোল পুহনা যাত্রা তৌয়ে। ৯॥ নোংপোক পাংনা লাকতুনা শমযোকগী তুমু, তয়া লাকই, অনন্তসাই বড় মন্ত্রি লোইনৈ, অসোমদা অরা তেঙ্গোল, অহিংনা বেহু সাহনা লৈয়গা, নোংঙালকপদগী লাকপদা। ১০॥ মনিপুরগা, অরাগা সকউনয়ে, অয়াম্ন হনজিন্দুনা নয়বেহু সাহনা লান ঙাকপ্রে। মনিপুরস্থ হনজিন্দুনা ( অর্দ্ধচন্দ্রাকার ) নিপাম্নি পানবা থাগী মঙং মানবা বেহু সাহুনা লান থাংওে, লাঞ্জিন মচি ২ নাইহনা অকন অখোনা, মাংদা লেপই। ১১॥ নাক অনিদা সংগোলনে, শামুনে, অনিনা পূই, ময়াইদা নোংমৈ পাইবনা লৈ. পঞ্জিন থংবমা থর থর চংনয়কতুনা শকা শকা উনমবদা নোংমৈ কাপনৈ। ১২॥ শগোল তোংবনা তাপাক পাইহনা তেঙ্গোল ময়ক্তা থৌজিনলকপসি, খুমুখয়ং কৌবা উচেক্না পাইশিনলকপত্মা। সগোল তোংবগা

নাসহিয়াপিছে আই পিছে কাটগ্রাম।
কাটগ্রামদ্বইতিন যুদ্ধ বহুশ্রম ॥১৪॥
অনন্ত স্বাহার মনে বিচার করিল।
আকাশেতে অমঙ্গল সকল দেখিল ॥
মণিপুরাক্ষর শাস্ত্রে পণ্ডিত কহিল।
সেইসব চিহ্নএই সকল দেখিল ॥১৫॥
আকাশেত কুজ্মাটিতে সিংহের আকার।
মাথা ছিন্নদেখি সেই আর অজাগর ॥
ধুম্র বর্ণে সন্য মধ্যে তখনে দেখিলে।
সেই যুদ্ধ শুনিশ্চয় হৈল অমঙ্গলে ॥১৬॥
এইসব চিহ্নদেখি চিন্ত দ্বিত হৈয়া।
রাজপুরে তিনদ্বত পত্রলেখি দিয়া ॥

পাঠাইল অতিত্বরা অজয়ের কথা।
রজাগে সমর্পিয়া কহিল সব কথা ॥১৭॥
বার্ত্তা শুনিগৌর শ্যাম রাজা অতিত্বরা।
ঢুল বাদ্য সন্য সব করিল সত্তারা ॥
মাঘমাসশুক্লাপক্ষ পঞ্চমী দিবসে।
দিতেভবগুরুবারে যাত্রাদিন শেষে ॥১৮॥
গৌরশ্যামনরপতি সব সন্য লয়া।
ঢাকঢুল তুরী ভেরী শঙ্খ বোলদিয়া ॥
জয়নাদসিংহ নাদ নাশুনে কার বল।
এইমতেমণিপুর সন্য কোলা হল ॥১৯॥
হস্তি গণ চলিলেন নাহিক গনণ।
অশংখ্যাত অশ্ব চলে নাহি পরিমাণ ॥

শগোল তোংবগা উরুরু লৈনহুনা তানা খিরৈ, হাইদোকনরকপদা তেঙ্গোল কয়া হাংলম্মি। ১৩॥ নোংমৈ কাপ্পবা মখোলনা নোংঙংবঙম্মি, তেন কাপনবনা নোং তাবঙম্মি, ওনথোক্লা কয়া শোকনৈ, লাকচনদে ওয়দে। লানব ওমত্রবা সমুত্রঙম্মি, তেঙ্গোল অনিগী পুং মখোলনা সমুত্রগী ইথক হৌবগুম্মি। ১৪॥ অস্মমতৌনা অরাগা মনিপুরগা আহং প্লাখল খাক্তনা লান পানবদা সুমিৎ হমনি ওরে, ওয়দে, মরিনী শুবদাদ অরানা হেল্লে মনিপুরনা নোপলে, তুমুদা লান থেংনবদা লান থাংবা ওমত্রহুনা, হন্দোরকতুনা (কাটগ্রাম) ককচিন্দা, তেঙ্গোল পৈহুনা সুমৎ হায় সোক্লে। ১৫॥ অনন্তসাই বড়মন্ত্রিনা, অরা'স করম ওমসিগে খল্লিহৈদা অমঙ্গলগী লৌচন উরে। মনিপুরগী প'ণ্ডৎশিংনা মৈতৈ লাইরিক ময়েক্লা লেংবা লৌচিন লোন কৌবা লাইরিকী খুদম উই। ১৬॥ আকাশদা (কুজ্মাটি) লৌচিন্না নোংশা ওইনা থোকপা, অমনা লাইরেন ওইনা থোকপা মকোক রাওরবদি মঙ্গলনি রাওত্রবদি অমঙ্গলনি, মকোক রাওদনা থোক্লে, অতগা মনিপুর তেঙ্গোল মরক্তা ধুম্র কেতু কৌবা লৌচিনশু উরে। ১৭॥ অনন্তসাই মান্ত্রিনা অমঙ্গল লৌচিন উবদা লান থাংবা ওয়রোই খন্দুনা, চিঠি অমা ইরে, অতুগা দূপ' অহুমদা পিরে, লানগী পাও নিংথৌদা ওম্মুরো হাইহুনা থারক্লে, শগোল তোংহুনা, লাকপনা কোখং য়োহুনা নিংথৌদা চিঠি কংলে লানগী পাও তাক্লে। ১৮॥ লানগী অরাবা পাও তাবদা গৌরশ্যাম নিংথৌনা লান পুং হৈহুনা প্রজা খোমগংলে। প্রজানা চোয়া পৈরবদা, লানগী পাওনা কনবদগী, রাকচিং থাগী মঙানি পানবা শগোলসেন্দ্র. য ত্রা তৌও (দিতেভব গুরুবারে) শগোলসেন শুমৎ মথা চৎপা রাদে.

ভাবন্ত আইলেন আহ্মা সন্য ভক্তি ।
বাজায়েন বহু বাদ্য ঝঞ্ঝা পাত্র অতি ॥২০॥
রাত্রি কালে চলে সন্য নাহুয়ে গনণ ।
কেহ দেখে ধুম কেও উদিত গগণ ॥
কেহ দেখি অন্ধকার কোহো পায়েভয় ।
প্রধাণ প্রধাণ জন হৃদয়ে কাপয় ॥২১॥
ছাড়িয়া প্রমাদ ভয় সিংহনাদ কৈলা ।
মহামত্ত বীর গণ একত্র চলিলা ॥
বন্দুকী বন্দুকী কত অগ্রে অগ্রেধাই ।
ধানুকি ধানুকি কত ঠেকা ঠেকি যাই ॥২২॥
খড়্গ খড়্গ কতজন ধাইয়া চলিল ।
গৌরশ্যাম নরপতি গজ আরোহিল ॥
দীর্ঘবর দন্ত কুম্ভ অতি উচ্চ তর ।
শুণ্ডবর মোটা তার চক্ষু লঘুতর ॥২৩॥

স্বর্ণ আভরণ সাজে হস্তি কলেবর ।
হেম হস্তি আরোহিয়া গৌর নৃপবর ॥
হেনমতে সন্য সঙ্গে কাট উত্তরিল ।
ভাগ্যচন্দ্র অনন্ত শহা সঙ্গেযুক্তি কৈল ॥২৪॥
রাত্রিরপ্রভাতহৈল উদিত ভাস্কর ।
স্নান ক্রিয়া ভোজ নাস্ত লৈল অলঙ্কার ॥
পৃথিবীর রেণু হেন সন্য সংখ্যা নাই ।
দুইরাজ্য যুদ্ধ কৈল মিলি এক ঠাই ॥২৫॥
আকাশ উঠীতে পক্ষি নারে গুলি ভয়ে ।
দারুণ নির্ঘাতে কত সন্য মরি যায়ে ॥
বারুতের ধুমে অন্ধকার রণ স্থল ।
নাশুনে বন্দুক শব্দ কেহো কার বল ॥২৬॥
হেনমতে পঞ্চদিন মহাযুদ্ধ কৈল ।
তথাপি ব্রহ্মার সন্য বলবাণ হৈল ॥

অচৌগী মথক্তা জোগীনী মথাদা লৈ, কাল বেলাস্থ নুমিদাংরাইদা লৈ, অদু পুম্নমক নমথংতূনা লানগী পাওনা কনবদগী নুমিৎ তারকপা অরুন সন্ধ্যাদা যাত্রা তৌরে। ১৯॥ গৌরস্যাম নিংথৌ মনিপুরগী অথৌবা তেজোলগা, পুং সেন য়েন্থনা, মোইবুং খোংদুনা জয় ধ্বনি সিংহ নাদ লাওদুনা, কেংনুংদগী মথা পাংনা লাক্লে। ২০॥ শাম্নু শগোল কয়ানি মশিং থাবা ভমলোই, লাঙ্গ থৌবা অথৌবা, মেঙ্গুর সাজোর নুবিদায়নাচিংবা কয়ানি, পুংগী পুংখোলনা সঙ্গাইসেন পাইবশুন্দ্রি। ২১॥ অহিং অসিদা চৎলিবা তেংগোল মশিং লাকপা ওম্মোই, মগুণ লৈবা লানগী সেনাপতি ওইবা মেঙ্গুরসিংনা লানগী সাধ্য তৌদুনা য়েংবদ, কনামা ধুম্রকেতু উই। কনানা (অন্ধকার) পুমনম্না উই) কনানা থম্মোই হৃদি থুকই। ২২॥ অমঙ্গল অদু কোক্নবা জয় সিংহনাদ লাওই। অথৌ অথৌবা, মেঙ্গুরশিং পুম্না পুম্না চৎলি। শগোল তোংবা নোংমৈ পাইবনা পনমাং থানা লাকই। লিক্রুং পাইবা, থাং তা, পাইবা তেজোল ক্রিক ক্রিক ইম্বনা চৎলি। ২৩॥ থাংদোনগা তাদোনগনা পুরলং লংতি, গৌরশ্যাম নিংথৌ শাম্নু মথক্তা তোংদুনা লেংতি। তোংলিবা শাম্নু অসি মরা য়াদ্রোন তুশি,, পুংদোংকম থাংতি নাতান কৈন্নে মমিৎ থুই, য়েংবদা অকিবনি। ২৪॥ অমুম্বা সাম্নুশিদা সনানা লৈতেং তোই অচুগী মথক্তা গৌরশ্যাম নিংথৌ তোংদুনা তেজোলগা লোইননা লাকদুনা ককচিং য়োরে, ভাগ্যচন্দ্র অনন্তসাই মন্ত্রি উনদুন লানগী রা

তাড়াইতে নাপারে কেহো দারুণ সমর ।
ভঙ্গদিয়া পিছু পিছে আই মনিপুর ॥২৭॥
আছি আছল এক গ্রাম রাজা উত্তরিল ।
তাহাসব সন্য মিলি যুদ্ধহোযে করিল ॥
তাহাযুদ্ধ আরম্ভিলা অতি ঘোরতর ।
মুখামুখি বন্দুকের যুদ্ধ ঘোরতর ॥২৮॥
খড়্গে খড়্গে ঠেকা ঠেকি কিবিল অপার ।
অশ্বারোহি অশ্বারোহি ধায়ে সব বীর ।
মরিলেক কতজন সংখ্যা নহি তার ।
সন্য সব কলরব যেমন সাগর ॥২৯॥

মৃত্যুজন কত কত পড়িল ভূমিতে ।
খড়্গ ছেদি রক্তাক্ত পড়িল ভেষতে ॥
নররক্ত ভূমি পড়ে করে আচ্ছাদন ।
শ্বাণ শৃগাল গৃদ্ধ ফিরে উরিপাণ ॥৩০॥
তেনমতে তিনদিনপ্রাণ পন কৈল ।
দৈববলে ব্রহ্মা সন্য বলবাণ হৈল ।
দৈবে যাহা করে তাহা খণ্ডন নাযায় ।
ভঙ্গদিল মণিপুর পাছু নাহিচায় ॥৩১॥
চারিদিগে প্রতগিরি লুকায়া রহিল ।
কত সন্য গৌর শ্যাম লুকিয়া রহিল ॥

তাৱ্রে । ২৫ ॥ অহুং অহ লেপ্লে, নোংঙালবদা মনিপুরগী নিংথৌ প্রজা, ইকুলরে, মাগী মাগী ইষ্টদেবতা পুজা তৌরে প্রসাদ কংলে ( চাক চারে ) সাক লানবি সেংলে লান থোকনবকপা, মশিং থীব ঙম্মেই প্রধানদা পৃথীবীগী উকুনবু মশিং থীব ঙমনবগুম্, তেঙ্গোল অনী মায়োক্লরে । ২৬ ॥ নোংমৈ ঙলিনা, উচেক পাইব ঙমদে, ঙালনা পান্দুনা তেঙ্গোল কয়া তুরে লিরে । নোংমৈগী মৈথুনা, লৈচিন থাবগুম্মি, মখোয়া অমগা অমগা রা ঙাংনবা তাদে ॥ ২৭ ॥ অসুম তৌনা লান পায়রবসি ভুমিৎ মঙানি তুরে, মী অশিবনা, চীংথুম চীংথুমগুম্ লৈরে ঈনা লোথোং তুরেন ওইখ্রে, অথুমক্তা অবানা হেনাঅল্লক্‌না মনিপুর থাঙবা ঙমদ্রে । থাংবা য়াত্রথুনা ফুং চম হয়া চন্দোরক্লে, অরানা থর থর তকাশল্লক্লে । ২৮ ॥ অসুম হল্লকপনা, ( লএশগ্রাম ) লৈসাং খোং থুন য়োরে, অদুদা, বেহু সাহুনা, লৈরে, অরাাস, ঈশিং থুমথুনা লান কাইহনসি হাইথুনা. থৌবাল খেঞ্জি লৈকাই কোবা থুনজিল্লগী তেনথা য়োবা কাওবসি পল্লি থোল্লগা তুরেল পীংথুনা ইশিং চাওহনবি, অহিং অমদা থোনবাপাল্লিনী হৌজিক্ কাওবনা থোইবাং পল্লি হাইথুনা লৈনরি । অথুমক্তগী অরানা লানাশনলকথুনা মনিপুরগা অকনবা লান পায়রে ॥ ২৯॥ অকোনবা থেংনবা লান আসদি হাকথেংনরে থাজ থাজ যায়রে তাপা তাপা থিয়রে শগোল তোংবগা শগোল তোংবগা শিমিয়রে, মশিং লাকপা ঙমদনা অরাম্ব মনিপুরম্ব সিনরে তেঙ্গোলনা নিনবনা সমুদ্র ইথক হৌবক্ত মঙাইরে ॥ ৩০ ॥ অসিবা মীশানা লৈপাক উম্রে, হাৎনবসি থাংনা লফু ককপা, এঙ্গেম শোইবঙম্মে ঈনা পূমঙাং ঙাংথ্রে, য়ুম হুই, লমহুই, লাংজা কায় সয়োম সয়োম ঈ থকই ॥ ৩১ ॥ অসুম তৌনা ভুমিৎ হুমনি পানবদা লাইগী নোংদম থীবনা অরানা হেল্লে । ঈশ্বরগী নোংদম থিবনা লান থাংবা ঙমদথুনা মনিপুর কাইথুনা চেল্লে ।

পঞ্চদিন ব্রহ্মা সন্য রহে মণিপুরে।
খেলসিংহ সন্য সঙ্গে আই রাজপুরে ॥৩২॥
ভক্ষ ভোজ্য বস্তুলয়া আদর করিল।
ব্রহ্মা সেনাপতি সঙ্গে কুশা কুশি কৈল ॥
ভক্ষ ভোজ্যবস্তু আদি সামগ্রি করিয়া।
পত্রলেখি রত্ন রাজা আদর করিয়া ॥৩৩॥
রত্নপুর সেনাপাতি সব সমর্পিয়া।
মাহরঙ্গ নিজস্থানে রহিল চলিয়া ॥
ছয়দিনে রত্নসন্য নিজদেশ গেল।
সেইদিনে গৌর শ্যাম আছিরাজা হৈল ॥৩৪॥
পরে মণিপুর কথা শুণশ্রোতা গণ।
যুদ্ধবাদে নিয়মিত্ত বষ বাটিলেন ॥
তস্মাত বৈশাখমাস শুক্লা সপ্তমীতে।
বৃহষ্পতিবারে পুষ্যা নক্ষত্র সংযুক্তে ॥৩৫॥

সেইদিনে ভাগ্যচন্দ্র অভিষেক কৈল।
মণিপুর প্রজাগণ সানন্দ হইল ॥
গৌর শ্যাম যুবরাজ পদবী হইল।
প্রজাগণ স্থির হৈয়া তথাতে রহিল ॥৩৬॥
মণিপুর দুইজন পণ্ডিত রহিল।
ভাগবতী ঠাকুর মণিরাম আছিল ॥
সেইদুই ভাগ্যচন্দ্র আনাইল পুরে।
রাজা আগে দুই জনে কহে পুরস্কারে ॥৩৭॥
কিবা আজ্ঞা নৃপমণি কহহ্নদি কথা।
রাজ কহে পণ্ডিত দুই শুনমোর কথা ॥
জ্যোতিষেতে তোমাদুই মানিদেব প্রায়।
তোমাদুই পুরাউক আমার অভিপ্রায় ॥৩৮॥
পুর্ব্বহৈতে এইদেশে এক অব্দ স্থাপি।
এই ক্ষণে এইদেশে এক অব্দ স্থাপি ॥

৩২ ॥ মাগী মাগী জীব তিংনবা. চাং মান্দ লোকতাইদ. লোংনখরে. গৌরশ্যাম ভাগ্যচন্দ্র তেঙ্গোল কয়াগা লোইননা লোৎখ্রে। মনিপুর কোন্নুংলেন্দা, অরানা মুমিৎ মণ্ডানি লৈএ। মোইরাংদগী খেলেম্বা নিংথৌ মনাই মশন পুন্থনা। ৩৩ ॥ অচা অথক সন্দেষ পুন্থনা, অর সেনাপতিগা উনররে, তরাওনরে কোন্ন পাইনররে, অহুদগী অরা তোংদেই নিংথৌগী, সন্দেষ খুদোন পোৎ লাংথনা শিন্নরে, (প্রাথনা পত্র) হাইজবা চিঠি অমা ইথুনা পিরে। ৩৪ ॥ অহুদগী বিদাই লৌথনা মোইরাংদা খেলেম্বা হনখ্রে। অহুদগী তরুকনি শুবা মুমিৎতা, অরা তেঙ্গোল হনখরে. মুমৎ অহুদা, গৌরশ্যামনা চজিন্নুনা নিংথৌ ওইরে। ৩৫ ॥ শুনেন্দ্র কবিনা হাইজে, মখাগী রারী লেংজয়রকুগে, অনন্তসাই বড়মন্ত্রিনা, চহি অমমমম্ নিংথৌ ওইহনগনি হাইবন্থু লায়া কনবদগী চহি হেনখ্রে, লান ই.প্রবদ অনন্ত সাই। মন্ত্রিনা, অকবা মুমিৎ য়েংবদা শজিবুগী তরেৎনি পানবা শগোলশেল, পুষা নক্ষত্র। ৩৬ ॥ হাইজিবা অকবা মুমিৎ অসিদা ভাগ্যচন্দ্রবু নিংথৌ ফাম্নে, প্রজা মুংঙানরে। মরাম্বা গৌরশ্যামনা যুবরাজ ওইরে, মনিপুর অরা অনা লৈতনা মুংঙাইনা পাম্নে ॥ ৩৭ ॥ মতম অসিদা মনিপুরদা পণ্ডিৎ অনি লৈ, অধিকারী মমুম, ভাগ্যবতী ঠাকুরনে, খুম্বোংময়ুম মনিরাম সিংনে, নোংমদি ভাগ্যচন্দ্রনা, সতা মরায়দা কৌশিল্লি পণ্ডিৎ অনি চংলকনা নিংথৌ রাথং ডাইরি ॥ ৩৮ ॥ মহারাজ ইবুঙো মা রাথং ডাইজরি, নিংথৌনা হে পণ্ডিৎ নখোই অনিসে পাঙ্গিদা লাইগনি নিংতি নখোই অনিনা ঐনা নিংবসি

তস্মাত গননা করি কহহ এক অব্দ।
আমাদের এই দেশে করোক আস্পদ ॥৩৯॥
রাজা আজ্ঞা দুইজন অব্দ করিলেন।
শুভক্ষণ সমাপিল চন্দ্রাব্দ হায়ন ॥
চন্দ্রের হায়ণ হেতু চন্দ্রাব্দ কহয়।
চন্দ্রে অশ্বগ্রহ যার অঙ্ক সংখ্যা হয় ॥৪০॥
তাহাদেখি নৃপমণি আনন্দিত হয়।
নানান স্বর্ণদান সম্মান করিয়া ॥
আরষ্ঠ হয়া রাজা সেইত ব্রাহ্মণ।
ভাগবতী পদবী দিল আনন্দিত মন ॥৪১॥
ভগবদ্ভক্তের নাম ভাগবত হন।
সাক্ষাত হরি ভক্তি সম্পূর্ন করেণ ॥
এহেতু পদবী এইযোগ্যতা তাহার।
হেনরাজা মনে গুনি সন্তুষ্ট তাহার ॥৪২॥
আরমণি নাম তারে রাজা তুষ্ট হই।
চন্দ্রসিদ্ধান্ত পদবী তাহার কহই ॥
চান্দ্র মাসের নিষ্পন্ন অন্তজায় হয়।
তারে চন্দ্র সিদ্ধান্ত বলি পণ্ডিত কহয় ॥৪৩॥
চান্দ্র মাসের যোগ্যপদ তাহারে পাই।
সেই হৈতে চন্দ্রাব্দ মণিপুর চলিল ॥
তবে ভাগবতী তুষ্ট রাজাতে কহয়।
শুণ নৃপমনি কহি শাস্ত্রে যেই কয় ॥৪৪॥
জ্যোতিষ যেজন জ্ঞাত চক্ষু দুই হয়।
ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ চতু বর্গ হয় ॥

খুংচল্লু ॥ ৩৯ ॥ মমাংতৈদগী ঐখোইগী লৈপাক অসিদা লৈরমবা, সু'মৎ থাগী থাজৎ অও, মাংত্রে। হৌজিক অমুক সেমগৎসি, অদুনা পণ্ডিৎ অনিনা মাগী দেশগী মপাল লৌরুদনা ঐখোইগী শোক থাজৎ থাবান অমা শেমগৎলো ॥ ৪০ ॥ স্না য়াপঃ কংবদ', ননাই ঐখোই হোৎনজগে হাইদুনা য়ারে, অকবা তীথি য়েংদুনা হো পা হোই, ঈশ্বরগী] কৃপানা অপনবা লৈতনা চহি অমগী, খুপাই লেংবা লোইরে, গোভা দরবার মাংদা, পুরক্‌না নিংথৌদা কৎলে, নিংথৌনা কংতি হে পণ্ডিৎ মমিংদি করি কৌগনি, পণ্ডিৎনা মহারাজ ইবুঙো, থাদগী হৌনা হোৎপা ওইবদগী মমিং চন্দ্রাব্দ খুপাই কৌজরে, খুৎহোৎনা, ( চন্দ্র, অশ্ব, গ্রহ ) চন্দ্র হাইরগা ১, অশ্ব হাইরগা ৭, গ্রহ হায়রগা ৯, কুহু হাইরগা থাসি থংনৈ অসুম্বা খুৎহোৎনি ॥ ৪১ ॥ চন্দ্রাব্দ খুৎপাই উরবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ নুংঙাইপ্রদুনা, পণ্ডিৎ অনিদা স্না, লুপা, য়াম্না পিরে। অদুনা পেন্দুনা, ব্রাহ্মণ অদুবু ( ভাগ্যবতী হাইবা উপাধি কম হাপলে ॥ ৪২ ॥ অদুগা, মশাবস্থং, হরিভক্তি চৎলি ( অদুগা ভক্তি চৎপা বৈষ্ণবপু, থেদনা ( ভগবৎ সবন্ধিনে ভাগবত নাম অশ্নম কৌই। ব্রাহ্মণ অদুনা, মপুক ভপপা, পিনহৈবা, ভক্তি চৎপা ওইবগা উপাধি কম অদুগা চানবদুনা নিংথৌ প্রজা পুম্নমক নুংঙাইনয়ে ॥ ৪৩ ॥ মনিরামশিংবুনা, চন্দ্র সিদ্ধান্ত কৌরা উপাধি কম হাপপিরে, নোংমা পামবদগী ১৫ মি শুরগা পূর্নিমা কৌই অদুবু থাখাই অমা হাইনা থংনৈ, অদুদগী ১৫ নি অমুক শুরগা থাশি হাইনা থংনৈ, মুমিৎ ৩০ নিনা থা ১ কৌই অদুগী মরুংদা য়াৎপা হেনবা লৈমিবা অদুবু মুম্না থংলিবদো চন্দ্রসিদ্ধান্ত কৌই পণ্ডিৎসিংনা ॥ ৪৪ ॥ অদুমবা কম অদু পিরে, মুমিৎ অদুদগী হৌদুনা খুপাই অচ

আরশুণ নৃপমনি শাস্ত্রেত কহয় ।
দ্বাদশ মাসেতে শাস্ত্রে একবর্ষহয় ॥৪৫॥
বীজ পবনাদি ক্রিয়া সর্ব্ব জীব গণ ।
বীজোদ্ভিদ বৃক্ষ শাখা সকল স্ফরণ ॥
ভূমির উপরে বীজ সকল পাতণ ।
এইহেও তার নাম ভুপাতনা খ্যান ॥৪৬॥
মণিপুরাক্ষর শাস্ত্রে এই নামাশ্বয় ।
পুরতণ বৃদ্ধগণ চত্র নাম কয় ॥
আরশুণশাস্ত্র মতে মাস অধিপতি ।
চৈত্রমাস বিষ্ণুনামদেব অধিপতি ॥৪৭॥
বৈশাখের নাম রাজ শুনহ কারণ ।
পরমেশ্বরদেব পূর্ব্বে শৃষ্টির কারণ ।
আকাশ পৃথিবী ব্যাপ্ত শৃঙ্গধরদেব ।
তারশৃঙ্গকোন কার্য্য টিকাহিসেবে ॥৪৮॥
আর মৃগ শৃঙ্গ খসি পুণ স্ফুরিলেন ।
এইমাস শৃঙ্গকার বলে পুরাতণ ॥
শাস্ত্রযুক্তে বৈশখের অধিপতিদেব ।
শ্রীমধুশুদন নাম বৈশাখের দেব ॥৪৯॥
এইদ্বইবসন্তঋও পাণ্ডিত কহয় ।
জৈষ্ঠ নাম মাস কথা পণ্ডত কহয় ॥
পূর্ব্বে পইরিত নাম রাজ্যে শাস হেও ।
এইরাজ্যে আইলেন পথে পুত্রমৃত ॥৫০॥
জৈষ্ঠ ত্রিবিক্রমদেব মাসাধি পতি ।
পুত্র শোকে অনুতাপ সহে সবকালে !
এই কাল যাপ মাস পুরাতন বলে ॥
এইমতে শস্ত্র যুক্তে কহে সবরীতি ॥৫১॥
আষঢ মাসের কথা শুণ মহিপতি ।
পইরিত পুত্র মৃতেমহা ক্রোধ মতি ॥

মনিপুরদা চৎনরে । অতগী ভূংদা ভাগবতী ব্রহ্মায় নিংথৌদা হক্লৎলি, হে মহারাজ ইবুঙো । ৪৫ ॥ জ্যোতিষি পাঞ্জি হাইবসি থাঙ্গৎশেংবা জীবগি মীৎনি । ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ, কৌবা ধর্ম্ম মরিমক্কি, অতগা থা ১২ অসি বেদগা, মৈতৈগা মমিং তিন্নদে, থা ১২ অসিবু চহি ১ কৌই । ৪৬ ॥ মৈতৈ ঐখোইনা পৃথাদা মরু মরাং হুরে, হুল্লিবা, মরু মরাং অদুনা চেৎনগা ঈশ্বরগী সেবা চৎনৈ, পৃথীদা মরু মরাং তাই হাইদুনা মৈতৈ (ভুপাতনা) লমতা কৌই । ৪৭ ॥ মহারাজ ইবুঙো লমতা থা হাইবসি মৈতৈনা ঐখোইগী থা মমিংনী । বেদনা চৈত্র মাস, কৌই ( চৈত্র মাস ) লমতা থাগী মপুদি শ্রীবিষ্ণু দেবনা মপুনি ॥ ৪৮ ॥ শজিবু হাইবা থাগী মরম হক্লৎকে, শ্রীভগবান্না স সার সেম্মকপা কান্দা, আকাশ পৃথীবী থুংনা মচি পানবা লাই অমা য়াওরে, মাবু থম্বা রাজত্বনা মচি অদু ভগবাননা ফুকথোক্লুনা লংথোক্খি । ৪৯ ॥ অমনা শজি হাইবা সা অসিগী, মচি অসি থা অসিদ হুকতোক্লুনা কেল্লি অদুগিদমক থা অসিবু শজিফু কৌই, হৌজিক মৈতৈনা চৎনবী ওইদুনা সজিফু থা হাইনা থংবৈ । বেদনা বৈশাখ মাস কৌই, থাগী মপুনা, শ্রীমধুসুদান কোবা লাইনী ॥ ৫০ ॥ চৈত্র, বৈশাখ ( লমতা, শজিবু থা অনি অসিবু বসন্ত ঋতু কৌই । কালেন হাইবা থা অসিনা মমাংগৈদা মনিপুর দেশ অসিদা খুন ভাগে লৈপাক শেমগে হাইদুনা, পোইরৈতোম্না খুম্হোক্লকই, মাগী সুপি লৈনাও তাবীনৈ, মচানুপা, শিংমিৎ শিংদবুং তবুং শিংমিননবনে চীংথং যন লাইমানবনে, কৌ শংবাই ১নে, পুত্রনা খুম্হোরকপদা লমথাংদা মচাহু শিরে ।

সেই ক্রোধে দুর্নিক্ষয়ে ছত্রাক হইলে।
যেহেতুক ক্রোধ মাস পুরাতণ বলে ॥৫২॥
আষাঢে বামন দেব মাসাধিপতি।
শাস্ত্রে যুক্তে দুই মাস গ্রীষ্ম ঋতু উক্তি ॥
আষাঢের কথা শুন যেই আর হয়।
যগুরা নাম নক্ষত্র আকাশেতে রয় ॥৫৩॥
মর্ধ্যে মর্ধ্যে তারা সব স্বভাব এই রীতি।
হকু নাম ছয় ব্যাধ তাহাদের পতি ॥
জৈষ্ঠ আষাঢে যগুরা ছয় পতি সঙ্গে।
মর্ত্য ভূমি আইলেন কামাচারী রঙ্গে ॥৫৪॥
ভূমি পাড় তারা সবে কামাচার মতি।
সেই কাল ঝিল্লী কীট তাহার সন্ততি ॥

যগুরা কাহল তোর শব্দ মাত্র কর
আষাঢ মাসের কাল তোরা সভে কর ॥৫৫॥
আমা সভে আকাশেতে কালভেদ করি।
ক্রমতে আষাঢ মাসে জামিল ঝিল্লী ॥
আষাঢ হইতে ঝিল্লী শব্দ সভে শুনি।
মণিপুর ক্ষয় শাস্ত্রে এপ্রসঙ্গ জানি ॥৫৬॥
আরশ্র বনের কথা শুনহ রাজন।
পইরত পুত্র মৃত্যু পর লোকে যান ॥
খভদেব নাম সেই ঈশ্বর তার বলে।
কর পুত্র ছওয়াল তোমি কহ ভালে ॥৫৭॥
আমি পইরিত পুত্র বালক কাহল।
তাহা শুন খভদেব চিন্তাম্বিত হেল ॥

৫১ ॥ মচ শিবগ, খুঙাইতনা. লাকচুনা খুন্তরে, খুন সেমলে, লেরে, অদুমাদ ওইরগ, মচা খুংশিবগী মৈচাক খাংদুনা মতম লোল্ল। অদু লৌদুনা, (পণ্ডুংসনা) শুক্রম্ম (কাল যাপ) কালেন কোই, মেতৈনা কালেন অসাওবা হাইনে। বেদনা জৈষ্ঠ মাস কোই খাগী মপুনা, ত্রিবিক্রম কৌবা লাইনি। ৫২। হে মহারাজ ইঙা খাগী রা হল্লকে, পোইরেতোম্না মচা শিখিবদুগী শাওবনা, পৃথিসদা নমথাবা ননম ওইদুনা কাওরে, অদুগী মমিং (ছত্রক) লেসনম কোই। মরম অদুদগী মৈতৈগী শুক্রজনাশংনা (ক্রোধমাস) হাঙা অসাও খা কোই। ৫৩ ॥ বেদনা, আষাঢ মাস কোই, খাগী মপুন বামন কোবা লাইনি, কালেন, ইঙা খা অনিসুবা, গ্রীষ্ম ঋতু কোই। অদুগা, হাঙা খাগী রাশিসে শুক্রম্ম অমসুং লেংঙাম্ম, আকাসদা থোক-লিবা, যনগুরা কৌবা নক্ষত্রচাকাশনা। ৫৪ ॥ চাহ খুদিংগী, হেকুব্যাধ কৌবা মচিন মনাও তরুক, আসদা মপুরোইবা ওইদুনা, কালেন হাঙা খা আসনে (মর্ত্যভূমি) পৃথি আসদা কোইদুন সায়ে। ৫৫ ॥ পৃথি আসদা মানিংতম্বা সাম্নবদা গভগী লক্কন ওইরে, অদুগা পোকলকপাদ (ঝিল্লকাট) হার নিংনাং ওইনা পোক্লে, অদু উবদা, যগুরানা হাই নথোয়রসে, পৃথিসদা অসুম লেরো, অদুগা নথোইনা থোংবাদ হঙ্ঙা ইঙ্ঙা হাইনা থোংঙু। ৫৬ ॥ ঐথোয়াদ আকাশদা চৎলগে নথোইবু য়োকপা ঙম্মোই, ওনলকপা, ইংঙা কালেন, তাইদুনা লৈরুরগে, চৎখ, অদুনা হঙ্ঙাদ, পোকপা, নিংনাংনা ইংঙাদতা থোংঙু, অদুনা ইঙ্ঙা খা কোই (মনিপুরাক্ষর সাস্ত্রে) মৈতে পুরান্দা আস লেংঙ। ৫৭ ॥ ইংঙেন খাগী রা হাইজরগে, পোইরৈতোনগী মচা শং মিৎসিংদবু তবুংসংমিম্নবা শিখিবদো (খভদেবনাম) থোঙারেন য়োয়ে, বেদনা মাবু যমরাজ কোই মৈতৈনা থোঙারেন কোই অদুম্বা লাইনা হংই।

কহে তোমা শোকে পিত বহুত সন্দেহ।
অত এব মনুষ্য লোকে তোমি পুন যাহ ॥৫৮॥
এত বলি এক পুষ্প তার হাতে দিল।
গুরুবাক্যে সেই বাল পুণর্জ্জিয়াইল ॥
শ্রাবণ মাসের নাম যোগ্য পুষ্প হৈল।
সেই হৈতে সেই পুষ্প এদেশেতে হৈল ॥৫৯॥
এতেও শ্রাবণ মাস কহে পুরাতণ।
শ্রাবণে শ্রীধর এই শাস্ত্রের কথণ ॥
আর ভাদ্র মাস কথা শুণ নৃপমণি।
পুর্ব্ব কালে ঈশ্বর স্থানে শক্তি দেবী বাণী ॥৬০॥
শক্তিদেবী বোলে প্রভু আমার বচন।
তোমা শৃষ্টি হেতু আমি ভারের কারণ ॥
অত এব এইভার সহেনা পারণ।
এতবলি শক্তিদেবী নিশ্বাস কারল ॥৬১॥

এই হেতু দুঃখ মাস পুরাতণ বলে।
আর শাস্ত্রমতে এই ভাদ্রমাস বলে ॥
ভাদ্র মসে হৃষী কেশদেব অধিপতি।
শ্রাবণ ভাদ্র এদুই বর্ষা ঋতু ব্যক্তি ॥৬২॥
আর আশ্বিনের কথা পুরাতণ বলে।
দেশ সাধ্যে পইরিত এদেশে আইলে ॥
পথে শিলারুদ্ধ দ্বার দেবরূপ বৃষ।
শৃঙ্গ দিয়া খুলিলেন সেইত অক্রোশ ॥৬৩॥
স্থান হৈতে তার পুত্র বিষবল চলে।
এইহেতু চলমাস তাহারেও বলে ॥
আবদ্ধ রবন্ধ হেতু বন্ধ নামকয়।
শস্ত্র যুক্তে আশ্বিন মাস ইহারে বলয় ॥৬৪॥
অশ্বিনে পদ্মনাভ মাসদেব কহে।
তার কার্ত্তিকের নামদেশ পুঁথি কহে ॥

হংঙি হে ইবুংঙো নং আস কনাগী মচানো। ৫৮॥ অঙাংনা খুম্মি, পোইরৈতোনগী মচানি। অদু তাংদা (গুরুদেব) যমরাজনা হাইএ। হে অঙাং নংবু কাইনবদগী নপানা, পোইরৈ খুন্দাবা অম্মারোই, নংদি শিবা য়বা মতম নংত্রি, হয়ে। ৫৯॥ অদুগা লৈ পাম্বি অসি পুথো, নিংশিনা থাক্ল, অদু তাংদা লৈ পুদুনা হল্লক্ল। মপাগা মচাগা উম্লয়ে হরাওংয়ে লৈ অদু থাদুনা শংলি, মমিং ইংঙেন লৈ কৌই, লৈ অদু ইংঙেন থাদা শার্গলি লৈগী মমিং লৌদুনা ইংঙেন থা কৌই। ৬০॥ বেদনা শ্রাবণ মাস কৌই, ইংঙেন থাগী মপুদি শ্রীধর কৌবা লাইনি। হে মহারাজ পরান থাগী র হাইজরগে, মমাংদৈদা শ্রীভগবান্দা শক্তি দেবীনা হায়জৈ। ৬১॥ হে ঈশ্বর ভগবান ইবুংঙোগী (শৃষ্টী) সেমলিবা পৃথগী অকুথসে পুবা রায়ে, অসি হাইরগা (শক্তি দেবী) পৃথী মাতানা অরাবা শোয় হেনখি। ৬২॥ মরম অদুদা গুরুজনশিংনা (দুঃখ মাস) থরাই রাবা থানি হাইদুনা থরান থা হাইনা কৌনৈ, মতম অসি জাবগী অরাবা থানি। বেদনা ভাদ্র মাস কৌই থাগী মপুনা হৃষিকেশ কৌই, ইংঙেন, থরান, থা অনি অসিবু বর্ষা ঋতু কৌই। ৬৩॥ মথং লাংবন থাগী হঙ্গলগে, মথক্তা হাইথিবা, পোইরৈতোম্মা মনিপুর অসিদা খুথোক খুন্দাক্লনী লাকপসি, (নীলকণ্ঠগিরী) নোংমাইজিংগী চিংথৈ পাংবা অসিদা লাকপদা সংকথ হাইবা লম অসি য়োবদা মুংনা পন ওইনা থীংথিনা লম্বী কাওক্লে। অদদা মাগা লোইনয়কপ, চৌংথং থন লাই মানবনা মচিনা কোংথুনা লংথোকহুনা লম্বী সেমদুনা লাকই।

পইরিত পুত্র মৃত্যে খণ্ডদেব কহে।
তোমা পিতা দ্বার খুলিদেব রূপসেহে ॥৬৫॥
জীবের কারনে সেই কৃষ কর্ম্মকর।
কৃষকালে অন্নআদি এই সব্দ কর॥
এইহেতু এইনাম আরমের নাম।
শাস্ত্রের প্রমান ইথে কার্ত্তিক হয় নাম ॥৬৬॥
কার্ত্তিকের অধিপতি দামোদর নাম।
আশ্বিন কার্ত্তিক দুই শরৎঋতুনাম॥
শুনরাজা মার্গশীর্ষ মাসের বিচার।
এদেশ শৃষ্টির কালে দেবসে কৌবার॥
শীত উষ্ণ কালাচার করে সমপণ।
ভুমি শৃষ্টিশেষ ভাগ রহিল পতন॥

তারে গুপ্ত গিরিস্থানে করিল স্থাপণ।
সেই হৈতে স্থাপগিরি করিল অখ্যাণ ॥৬৮॥
শেষহের অন্তভুমি এই সব্দ খ্যাণ।
তস্মাত হেয়াঙ্গমাস করিল ব্যাখ্যাণ॥
শাস্ত্রমতে অগ্রহায়ন মাসাভিধাণ।
মাসের দেবতা এই কেশবাভিধাণ ॥৬৯॥
পুষ্যাযুক্ত মাস কথাশুণ নরপতি।
গুরুনামে সেঈশ্বর তিনই সম্মতি॥
তিন পুত্রে মহিমাকে জানাবার তরে।
কুর্ম্ম গিরি হৈতে গুরু নদীতেসন্তরে ॥৭০॥
কনিষ্ঠ জানার হেত্ত হৃদি দৃঢ় কৈল।
উনবিংশাদ্দের অর্থ মন ব্যাখ্যা কৈল॥

৬৪॥ মকম অতুদা মচা কাওরম্রে (মচাকাওবা মকম অসি সংকৎ কৌনরি যনগী মশক মানবা মুং কয় মকুম লৈএ) ময়ম অসিনা খা অসিগী, মমিং (চকম স) অচৎ লাংবন খা কৌই, অমন' জম্বী থৌংজি, হাইজনা লাংবন, খা কৌই, অনি অসিনা পুন্নপা অচৎ লাংবন খা কৌই। বেদনা আশ্বিন মাস কৌই। ৬৫॥ খাগী মপূ পদ্মনাভ কৌবা, লাইনি। হে মহারাজ ইবুংঙো যেয়া খা হাইবা অসিদৌ মৈতৈ ঐখোইগী পুরানগী রা চংজি, মখক্তা চাইথ্রিবা, পোইরৈতোনগী, মচানা যমরাজদগী হঙ্গকপদা খণ্ডদেবনা হাই হে অঙাং নংনা, নপাবুংদা তম্মু, নংনা পুরকপা যন অহুনা। ৬৬॥ জীবগী হিংনবগীদমক, লৌ খোইনৌ, অদুগা যন্না য়েংতা ওইদ লৈখোক লৈশিন তৌনবদি, অর মেয় তিতি হাইজনা মরোন পিয়ু। অদুগা মান' পোরকপা লৌ অহুনা, হুনলু তাকলকই পাও অসি মচানা মেয়া খাদা মপাদা তম্মি অহুনা মরম ওইজনা (আরমের নাম) আরমেয়া খা হাইনা খংনৈ। মানা পুরকপা কৌনা, চহাও পোইরৈতোননি। লৌ উকমনা সেন্নৌ জমন্নাইদনি। মানা হৌরম্বা মৈনা অস্রোদনি। যন্না, সজিক চাকমনা সম্বোক খুন্দনি। বেদনা কার্ত্তিকমাস কৌই। ৬৭॥ খাগী মপূ লাইনা দামুদর কৌই। লাংবন, মেয়া খা অনিসিবু শরৎ ঋতু কৌই, মখাসিদা হিয়াংগৈগী রা হাইজরগে, মনিপুর লৈপাক অসি সেম্বা কান্দা (কৌবার) কৌক্র কৌবা লাইনা। ৬৮॥ (সীত, উষ্ণ) অম্নিংবা অসাবা হাইবদি, অতোংবনা তংখাই অমা, খোনগংলে, উষ্ণ কৌই। অকুৎপা তংখাই অমা লেমহল্লে, শীত কৌই মরমদি অতোংবা, অকুৎপা। অদুগা অম্নিংবা অসাবা নাইত্রবদি পানবা য়ারোই অহুগীদমক সেম্বনি। অহুম সেম্বদা, অয়েম্বা অদো (গুপ্তগিরি) কংলাদা পৈখৎখি, অদুদগী (স্থাপগিরি) পৈবহুনা হান্না কংজি হাইহুনা কংলা কৌখি। ৬৯॥ মনিপুরগী লৈপাক সেম্বদা (শষহের অন্ত

মন্দ মৃদু বলে রক্ষা কর লক্ষ্মী পতি।
সংসারের সার তোমি অগতির গতি॥
সমুহ সঙ্কটে প্রভু কর পরি ত্রাণ।
তোমাবিনা রক্ষাকরে নাহি হেন জন ॥২৩॥
শিশু কালে আনলেতে প্রহ্লাদ রাখিল॥
তোর কৃপা চন্দ্রহাস ধৃত বুদ্ধি জিত॥
তোমা ভজি রাজ্য পদে ধ্রুবে বসাইলু।
অনাথের নাথ প্রভু পরম দয়ালু ॥২৪॥
এই বলি গজদেখি বলিল কাতরি।
হাগোবিন্দ দিন বন্ধু গোপাল গিরি ধারি॥
সেই ক্ষনে দন্তিবর রাজার দেখিল।
হরি আলম্বন তাছা দেখি ভয়হৈল ॥২৫॥
গজের মনেতে চিন্তি অপনার প্রভু।
তার ক্রোধে কিবা কার্য্য শান্তাইলে বিভু॥

অতএব সেই গজ নিশব্দ রহিল।
রাজা দেখি স্তব্ধ হৈয়ানিস্পন্দ রহিল ॥২৬॥
বাদ্য বন্দুকাদি সব নিশব্দ হইলে।
আত্মারূপে হ'র কর্ষে এমত হইল॥
যেন রবি হস্ত' হৈতে চিত্রাতে গমনে।
শারতে মেঘের গর্জ্জেসব নিবা রনে ॥২৭॥
তেনমতে রঙ্গসভা নিঃসব্দ হইল।
গজের উপরে আবির্ভাব মূর্ত্তি দেখিল।
নবমেঘ শ্যাম বর্ন অতি ঝলমল।
ভুবন মোহন কান্তি মৃদু মৃদু হাসিল ॥২৮॥
ললিত ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি গলে পুষ্প ধারি।
শিরে শিখ চুড়া দোলে মুহন বংশিধরি॥
দেখিস্তবে ভাগ্যচন্দ্র শ্রীহস্ত জুরিল।
মুখ বুক বহিপড়ে নয়নের জল ॥২৯॥

নাম কাওদনা, সামু মথক্ক গোবিন্দ লৈরম্‌গনি, খোগল্লুগনি থম্মুনা গড়গী থোংজিন্দা কেপ্লগা সামুবু য়েংঙি, মশানা মুশুকমুবা, মরানা তোরোক্ তোবা অকিবগি শক্কওইবা সামুবু উই ॥২৩॥ অদু উবদা কৃষ্ণ স্মরণি তোরকই হে লক্ষ্মীগী মবুংঙো, সংসারগী পাঙ্গল ওইবা চিংনবা অরাবগী সমুত্রশিদগী কন্থোরু ইবুঙো নত্তনা ঙাকপিনিঙাই লৈতে ॥২৪॥ ননাই প্রহ্লাদবু অরাব কয়াদগী কনবি, ননাই চন্দ্রহাসবু ধৃতবুদ্ধিনা লাক্লবদগী ঙাকপি, ধ্রুববু নিংথৌপি, খোজাম্না সমুত্রগুম্বানি ॥২৫॥ সামু উবদা রাথন রাত্থনা প্রার্থনা অসি তৌজে, হাগোবিন্দ, দিনবন্ধু, গিরিধারি। মতম্ অদুদা সাম্না কোইনা য়েংলকপদা নিংথৌবু উরে. কৃষ্ণ কৃপানা সাম্না কিয়ে।

২৬॥ শাম্না খল্লি নিপা আসিদি ঐগী ইবুঙোন. মাবু শাওরত্তনা কয়ি কাম্নগনি। অসি থম্মুনা শামুনা চপ লেপতুনা কেৎ কেৎ হায়রত্তনা নিংথৌবু য়েংই॥ ২৭॥ গোবিন্দনা শাম্নরকপ জীলা অঙকপনি, শামুদা লেপপা নৎখিজ্রে, পুং য়ৈবা লেপজ্রে, যন্ত্র খোংবা লেপজ্রে। নোংমৈ কাম্পনাচিংবা তোকখ্রে, মীয়ান নিনবা নিনখিজ্রে, পুমচিক চিকজ্রে, গোবিন্দনা আত্মা কাখিবনি প্রধানদি, হস্তা কৌবা থরানমৗচাক্তগী চৈত্রা নক্ষত্রদা রবি গ্রহনা লানবদা বর্ষা ঋতু লোয়রত্তনা শরৎ ঋতু চংবদা, নোং হাংবগুম্ রঙ্গস্থলগী মিয়ামদো তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। ২৮॥ অসুম্না নিনখিজ্রবদা ভাগ্যচন্দ্রনা য়েংঙকপদা শামু মথক্তা শ্রীমূর্ত্তি উই। অনৌবা নোংগী মচুগুম্ শিংথজবা, মোমোন নোকপা মিনোকমা পৃথীবু গুমহৎপা॥ ২৯॥ লুমবা ত্রিভঙ্গ মুরুতী থবাক্তা

॥মাত্রা বৃত্তি চতুষ্পদী ॥

নবিন নিরদ, নিন্দিত বরণ, পীতপট বসন রঞ্জন,
যমুনবঘন ঘেরি, ঘনদামিনি চম্পক রাজে,
ইন্দ্রিবর গর্ব্ব মোচন, বিলোচন মধুর মোহন ॥
যুবতীমন বর্দ্ধ সদন, জগত মোহন রাজ,
নিন্দিত হরি বিধি শঙ্কর, কিঙ্কর নিকরশুভকর ॥১॥
নিন্দিত মৌক্তিরদ সুন্দর, হাসত কান্তি বিরাজে,
ললিতবেশ ললিত ভাল, ললিত তিলকদোলকুণ্ডল
জিতল কমল শুরাগুল, চরণ অধিক রাজে ॥
মুরহি কীরিটদীপ্ত বরণ, ওরূপ নিরখি স্তব্ধমন ॥২॥
দর্শন ক্ষণ ক্ষণ নাশণ, নৃপতি মনহি ভুল ॥
জানুআধামর্ড় সমুজল, প্রতি পদ সমুদিতভেল॥
নিরখি ভুপপ্রেম ভরল, হরি শুনমন ভুল ॥
নরদেব ভাগ্যচন্দ্র প্রেমে, শ্রীহরিকরুণ্ণাম্পদনামে ॥৪॥
সমর্পণ নিজ দান ঠামে, গদগদ রুদ্ধ বচন ॥
কলিক কলুষ বিনাশণ, প্রণয়জন করুনেক্ষণ ॥
ইতি চতুষ্পদী হরি গুণ এদিন শুনেশ্রবণ ॥৪॥

পদ

অবির্ভাব দেখি রাজা পুলক পুরল।
মুখবুক বহিপড়ে নয়নের জল ॥
চামরে ধরিয়া কহে এসব বচন।
অগতির গতিহরি করিব সেবন ॥১॥
এতবলি সেচামর ঢলায়ে ক্ষনেক্ষনে।
ক্ষনেদেখি গজোপরে ক্ষনে অদর্শনে॥
মধুর ঈষদ হাস মধুর মঠন।
আবির্ভাব রূপে রাজা করেণ দর্শণ ॥২॥
হরিভাবেবেগ মনহাতি ভয় গেল।
হরিগুণ আকর্ষয়ে গড়মধ্যে গেল।

লৈপরেংনা কজবা, কোর্থজা চুরা খোনবা খুৎজাবাসি পায়বা, মবুঙো উবদা ভাগ্যচন্দ্র, খুৎ লোয়জদুনা পিনা সন্দেস ওয়হুনা কৎলকই॥ (চতুষ্পদী লোংঙৈ) ১॥ শ্রীমূর্ত্তি অহুনা কয়াতি কজপ্রয়ে, নোংগী মচুবু শুমজবা সনাকিগে খোনবা, অহুনা নোংগা নোংখাংশুম্ শানব বনমালা পরেংনা চুমখাংগী কজবরু শমজনা লুনা শুমহৎপা, যুবতীশিংগী পুক্লিংবু নৈহৎপা, সংসারবু শুমহৎপা ব্রহ্মা বিষ্ণু, মহাদেবনা কজবরু হেনবা অমসুং ঐগী ইবুঙোনি নিংজবা॥ ২ ॥ য়াগী পরেংনা মুক্তাগী কজবরু মাংহনবা মোমোন নোকপগী মঙাবনা, কজবা কিজেৎনা কজবা লাইবক্তাবনা নিংথৌবা চদয়া লুববা কুণ্ডোর নাগিয়া পুমলং লংবা নৈকং থমবালবু শমজন। চয়া শানবনি মুর্ত্তিনে অলঙ্কারনে, মঙায়ে অচনা য়েংজবদা শুমহৎপা॥ ৩॥ উজবদা ভাগ্যচন্দ্রগী অকিবা মায় মাংহন্দুনা প্রেমনা শাওয়ে, কৈবোম খুকউ চমনবু য়েংজবদা কৃষ্ণ প্রেমনা থনপ্লহুনা নবুঙোগী শয়া অতোয়া মায়া কাওরে। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ মোয়া অমসুং পুক্লিংনা লৈগী পরেং ওয়হুনা মবুঙোদা হকপ্রে॥ ৪॥ মবুংঙোদা পুক্লিং হকচাং কৎথিবনা য়া ভাংবা থোকখিয়ে। কাজা পাপপু কোকনবা ওয়বা, মনায়বু মুংশ হৈবা, গোবিন্দজী শ্রীমূর্ত্তিবু ননায় পাংদবা শুনেশ্রবনা চতুষ্পদী কৌবা হন্দা লোংঙৈ (মথা পদ তারে) ১। অতয়া মূর্ত্তি উবদা নিংথৌ ভুজুংবগা লোয়নবা মীৎতা পিগী ইমা চেন্দুনা, চামর খুড়া পায়হুনা, পাজল লৈতবগী মবুংঙো লৈরে

সর্ব্বভূতে হরিময় দেখে ভাগবত।
এহেতু সেগজদেখি কিছুনাহি ভীত ॥৩॥
উন্মত মাতঙ্গ দ্রুতে ধাইলেক ক্রোধে।
দণ্ডদিয়া ভেদি মারি এই মাত্র সাধে ॥
লজ্জাক্রোধ সহরাজা সম্মুখে যাইয়া।
হরিভাবি পদে পদে চামর ঢুলিয়া ॥৪॥
মুখেবলে হা গোবিন্দ করুনা করহ।
রাখিবে মরিবে কিবা যেইচ্ছা করহ ॥
তবদয়া নাহইলে মরিব নিশ্চয়।
আমিসে গজের আগে মুখেনা ফিরায় ॥৫॥
আইসহ উন্মত্তহস্তি তোমাকে ধরিবে।
নতুবা তোমার হাত নিশ্চয়ে মরিবে ॥
ইবলিয়া সেচামর ঢুলায়ে ঢুলায়ে।
দাঢ়াইল ভাগ্যচন্দ্র গজের হেলায়ে ॥৬॥

সেকালে উন্মত্ত হস্তি করিয়াচিৎকার।
কোপকরি দণ্ডতুলি ধাইল সত্বর ॥
দেখিপ্রজা মরি মরি ভাগ্যচন্দ্র মরি।
ইবলিয়া চাহেঠার কিকরি কিকরি ॥৭॥
তবেক্রোধে মত্তগজ দন্তডারি দিল।
তিনহস্তে পরিমিতে বামে ফিরাইলা ॥
কিবা হরিদণ্ড ধরি ফেরিল নাজানি।
বেদবলে দীনবন্ধু যথার্থ যেমানি ॥৮॥
তবেগজ ক্রোধহয়া দণ্ডফেরি গেল।
চামর সহিতে রাজা দ্বিদণ্ডধরিল ॥
বৈষ্ণব স্পর্শিয়া গজ মনহুষ্টগেল।
বৈষ্ণব দর্শণ মাত্রতীর্থ কোটিফল ॥৯॥
কৃষ্ণনাম কিবিচিত্র মহিমার গণ।
দেখিতে গজেরমনে বিভৎসে গেলেন ॥

থৌগল্লুবগনি হায়দুনা ॥ ২॥ চামর হাইদুনা হুমদুনা শামু তম্না গড়গী পম্বং চংলক্রে, শামু মথক্ত ভাংহাক উই অমুক উদে, অমুক বদনগী মথৈদা নোকক্লেৎ তৌবা উই অমুক উদে অসুম্না উহল্লি উহন্দে মনায় ভাগ্যচন্দ্রদো ॥ ৩ ॥ গোবিন্দগী প্রেমনা ভাওদুনা শামুগী অকিবা কোকথ্রে । কৃষ্ণগী প্রেমনা চিংদুনা শামু তম্না চংলক্রে । ভক্তনা পুম্নমক্তা মবুঙোদা উবসে, বৈষ্ণবগী পুকচেল্লি মাসিবু চিংনকম থোক্কে কৃষ্ণ কৃপা লৈবা বৈষ্ণবগী হৌনবনি ॥ ৪ ॥ ভাগ্যচন্দ্রনা শাবু তম্না চংলকপা উবদা শাওরমদবা শামুদো শাওরকলে । শামুনা খল্লি মসিদি য়াম্না ঐবু উশিংতে মথবাক্তা য়াতোম্না থীংগাইদুনা হাৎকে নিংদুনা নাতোল কৈনা পুদনা খুমাং লামদুনা ভায়ওনা লৈথ্রে ভাগ্যচন্দ্রদি ইকায়বগা অশাওবগা লোয়ননা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা চামর হুমদুনা চংলকই ॥ ৫ ॥ হা গোবিন্দ ইবুঙো কনবীগে কনবিরোই ইবুঙোগী ইচ্ছানি ভাকৃপিজ্রগা শিবদুনভাই ঐনা হনবদি হল্লরোই ॥ ৬ ॥ হে শামু অশাওবা লাও চংলকউ নংবু কাগে, ভমজ্রগা নথুক্তা ঐ শিরগে, অসি হায়দুনা চামর হুমদুনা হুমদুনা চংলকপনা শামু সমাং য়েরিকলে । ৭ ॥ মতম অদুদা শামুনা খেকদুনা খোংলগা খুমাং লামদুনা চোংওকই । অদু উবদা সগায় মথক্তা মীয়াম্না ভাগ্যচন্দ্র শিরে শিরে কমদৌনি কমদৌনি লাওনৈ ॥ ৮ ॥ শোমদা শামুনা থবাক তম্না হায়থবকপদা গোবিন্দনা মনায়গী পাম্বোম্ পামদুনা ভইয়োমদা খুদুপ অহুমগী লম্ থাংদোকই । মরোংদি ভাগ্যচন্দ্রনা ভইদা খুদুপ অহুম চোংবনি । অদুগা ভাগ্যচন্দ্রদি মংওম্না লৈথ্রবনি কমি অমক্ত

ভক্ত প্রতি বিধি হরি গজ দণ্ড নোতি ।
সেই গজ নীর ঝুরে ভুমিজানু নতি ॥১০॥
দ্বইদন্ত মাটি ভেটি বাজি'য়া রহিল ।
কিহৈল কিহৈল সভে উত্তরল হৈল ॥
সভাগণ রোদনের শব্দ মাত্রহৈল ।
তার শাক্ষি নীর ঝুরে এপ্রমান হৈল ॥১১॥
হরি ইচ্ছা গজ রাজ তুলি শুণ্ড দ্বারে ।
ভাগ্যচন্দ্র পদ ধুলি লইলেক শিরে ॥
তবে গজ শুণ্ড দ্বারে তুলে পৃষ্টোপরে ।
ভক্ত রাজ ভাগ্যচন্দ্র শোভে গজোপরে ॥১২॥
ক্রান্তি ময়ড় মাউ'তিয়া শ্রীহরি মরুতি ।
ক্ষনে ক্ষনে ভাবময় দেখিল নৃপতি ॥

পুলক শরীর রাজা নয়নে নীর ঝুরে ।
ভাব সাক্ষাৎ দ্বই রূপে ঢুলায়ে চামরে ॥১৩॥
তাণ্ডব সঙিতে রাজা চামর ঢুলায়ে ।
হরি ইচ্ছা বাদ্য গণ তাল ধরি বায়ে ॥
তাহাদিখি চাঙহৈতে উঠি প্রজা বলে ।
জয়রে জয়রে রাজা বারে বারে বলে ॥১৪॥
গজ চড়ি ভাগ্যচন্দ্র চলে আগে পাচ্ছে ।
ঐরাবত দেবরাজ যেমন শোভিছে ॥
তেন মতে হরি কৃপা প্রমানে যোগ্য হৈল ।
দে'খ স্বর্গ দেব রাজা প্রেম নেত্র জলে ॥১৫॥
বৈষ্ণব সঙ্গম হৈতে দ্বষ্ট ভাব গেল ।
গড় মধ্যে প্রবেশিয়া প্রেম নেত্র জলে ॥

থংজ্রবনি গোবিন্দনা মাবু থাংদোকতুনা কন্দ্রবদি বেদনা দিনবন্ধু হায়না করিগী কৌগদগে ॥ ৯ ॥ শামুনা শিঙ্গ্রবরা য়েংবদা ময়া অত্থু লৈপাক্লা য়ৈশিন্দুনা লৈরম্লে । শাওত্নুনা খংশং শংলগা কৈদা লৈপ্রে হায়তুনা লৈরকপদা মপাচানা ভাগ্যচন্দ্রনা চামরগা লোইনা য়াতোন কায়গা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি অত্তুদা শামুদা, নাম অত্থুনা দিক্ষা পিরে । অত্থুগা বৈষ্ণব শোরুজবগা অনীত্নুনা মাগী করুবা পুক্‌চেন মাংখ্রে । মাসিদা চিংনকম্ পোক্কে বেদনা লাওরি বৈষ্ণব দর্শনদি তীর্থ কোটি অমদগী হেনবনি হায়না ॥ ১০ ॥ অত্থুগা কৃষ্ণগী নামগী গুন অওকপনি শামুগী কত্তুবা পূকচেনদো কোক্‌প্রে । মনাইগীদমক গোবিন্দনা শামুগী ময়া নমইশ, অত্থুদা শামুদো মশি তাক্তুনা খুমাং অনি কুম্থরে । ১১ ॥ শামুগী মায়ানা লৈপাক্লা তাবনদা ভাগ্যচন্দ্রস্থ নোম্বথরে মীয়াম্লা উবনা শামুনা ভাগ্যচন্দ্রবু পৃথীদা মমশিনপ্রবা ওইনা উত্থুনা করমনো কয়ম্লো লাওনৈ । কপ্পা কপ্পত্থুনা লাওনৈ লাওরিবদো লান্দে করিনা পি তারবিবদো অত্তপপনি । ১২ ॥ গোবিন্দগী ইচ্ছানা শামুগী মনাতোয়া ভাগ্যচন্দ্রগী চরনগী উফুল লোত্থুনা মরাইবক্লা হাপখ্রে, অত্থুগী তুংদা মনাতোয়া তমূক কোৎতুনা ময়াংলেন্দা থাঙৎপ্রে ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ শামুথক্ত তোংখ্রে ॥ ১৩ ॥ ভাগ্যচন্দ্রনা য়েংজবদা মাংদা গোবিন্দা লৈবা উত্থুনা, চামর খোৗগল্লি । মিৎলুদা পিগী ইরা শিন্থুনা তুংজুংবগা লোয়ননা গোবিন্দ খোঁগনখ্রে ॥ ১৪ ॥ প্রেমগা লোইননা তাণ্ডব কৌবা জগোয় শাত্থুনা চামর খোৗগল্লি, গোবিন্দগী ইচ্ছানা লেপ্তুনা লৈক্লরবা পুং য়েবমাচিংবদো য়ৈরক্লে যন্ত্র খোংলে সগাই মথক্তা লৈরিবা মীয়াম পূরমক্ হোগৎতুনা জয় ওইরে জয় ওইরে লাওনখ্রে

বাহু তুলি স্বর্গদেব ধাইয়া বলিল ।
বৈষ্ণব নাজানি আমি অপরাধ কৈল ॥১৬॥
হীনমতি পাপ বুদ্ধি তোমারে হিংসিল ।
এইপাপে চির কাল নরকে মজিল ॥
আইস আইস ভক্ত রাজ আলিঙ্গণ করি ।
তোর স্পর্শি পাপ মুক্তিনরক উদ্ধারি ॥১৭॥
এত বলি গজ আগে নির্ভয় ধাইল ।
স্বর্গদেব ভাগ্যচন্দ্রে প্রনাম করিল ॥
দেবপ্রায় প্রজাগণ চান্দে নামাইল ।
সাধুসঙ্গে গজ বড় ক্রোধশান্তিহৈল ॥১৮॥
জন নিন্দা নাহি গজ বৈষ্ণব হইল ।
তবে গজ নত আগ ভূমিতে চাপিল ॥
স্বর্গদেব গজো পরে তাহাতে উঠিল ।
পণঃ গজ উঠিলেন নীর ঝুরহৈল ॥১৯॥
জয়রে জয়রে মণিপুর রাজ্যে ধর ।
মোর ভাগ্যে আসাম এলেউদ্ধার আমার ॥
প্রেম ভাবে দুই রাজা আলিঙ্গণ কৈল ।
তাহা দেখি প্রজাগণ আনন্দ হইল ॥২০॥
তবে গজোপরে উঠি স্বর্গ দেব বলে ।
শুনহ আশাম বাসী আমার যেবলে ॥
নরদেব ভাগ্যচন্দ্র অচিন্ত্য মহিমা ।
গজ ধরি কালে তোম্রা কহে জয় সীমা ॥২১॥
অতএব জয়সিংহ নাম আজি হৈতে ।
ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ ঘোষিবে জগতে ॥
এতবলি গজ হৈতে নামে দুই জন ।
চালহৈতে ঘরে ঘরে গেল সর্ব্ব জন ॥২২॥
পুরে আছি সভা করি বৈসে দুই রাজা ।
অন্যো অন্যো কথা লাপে বৈসে সব প্রজা ॥

১৫ ॥ শামুনা ভাগ্যচন্দ্রবু পুহনা কোইনা কোইনা চৎলি । প্রেমান্দি সোরারেন্না ঐরবোৎ তোংহনা চৎপঙম্মি । কৃষ্ণ কৃপানি সোরারেনমক্তা পাখয়াই । অদু উবদা তেথাঙ নিংথৌ মীতঙী পি তারকলে ॥ ১৬ ॥ বৈষ্ণব সঙ্গী শুন্না কৎতবা পুকচেন কোক্শ্রুনা, হিক্না হিক্না কপহনা গড়ী পনদুন্দা চংলকলে পাম্বোম রাংনা খাজৎহনা চেন্না চেন্না লাওরকই । বৈষ্ণব মশুক্ খংদুবদগী অপরাধীনা ঐতোন্দা থম্নে ।

॥১৭॥ রাখন কৎলুদবনা, নংবু হাৎকে নিংলুরে, অদুদগী পাপ্না নোরোকঙী কাররোই । হে ভক্তরাজ ঐবু অমুক্তা কোনবিয়ু, নংবু শোকুচবদগী নোরোকঙী লাঞ্জগে ॥১৮॥ অসি হায়না সামুগী মমাংদা চংলগা হওবোৎ তাহনা খুরমুলে, মতম অসিদা সগাই মথক্তি মিয়াম্না ভাগ্যচন্দ্রবু খুরমম্মি, সামুদো সাধু সঙ্গ কৃষ্ণ কৃপাদগী অসাওবা মাংখ্রে পুকচেন হংখ্রে ॥১৯॥ মাংগি মীবু হাৎকে নিংবদু তোঙ্খনা, নিংথৌপি মাংদা খুমাং হকুম্বরে । অদু উবদা স্বর্গদেব সামু থক্তা ক্যারে, নিংথৌনা কাপ্রবদা সামুসুং হৌগৎখ্রে ॥২০॥ তেথাঙ নিংথৌনা পাম্বোম্ রাংনা খাজৎলগা অয়ঙইরে অয়ঙইরে লাউই । ঐগী ইরাইবক্ কবনা আসামদা লেংবিরক্‌পা ঐবু লাম্বিরে, অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা, স্বর্গদেববু কোনবী অদু উবদা তেথাঙ প্রজা অপুম্বা নুঙাইনখ্রে ॥২১॥ স্বর্গদেব মিংথৌনা সমু থক্তলেপ্লগা লাওরকই তাযো তাযো তেথাঙ প্রজা অপুম্বা, লাইথবা ভাগ্যচন্দ্রবু সামু খারকান্দ নথোইনা অয়ঙইরে লাওখিবদো । ॥২২॥ অদুগী মতুং ইন্না জয়সিং

রাজাবলে শুনপ্রজা আমার বচন।
মণিপুর রাজা এই নরদেব হন ॥২৩॥
মোরপ্রায় প্রতি দিনে সেবন করহ।
যেনদুই রাজা প্রায় তেমন করিহ ॥
অন্নজল ব্যঞ্জনাদি আমার যেমন।
তেমন করিহ সার্ব্ব নাকরিহ ন্যুন ॥২৪॥
শুন মণিপুরেশ্বর নাম জয়সিংহ।
মোর অপরাধ তোমি ইহা নাকরিহ ॥
দৈবক্রমে এইকর্ম্ম হইবে জানিহ।
দুষ্ট মহিরঙ্গ পতিবেলাসিংহ তেহ ॥২৫॥
তোরে মার একপত্র পাঠায়ে গুপ্ত করি।
দুষ্টচিতে তারবাক্য বিশ্বাস যেকরি ॥
অতএব এইদুষ্ট তোমার হইল।
তোর সঙ্গে মোরচিত্তে দুষ্টযেঘু চল ॥২৬॥

এবে তোর হিংসা পাপি সমূলে মারিব।
অস্ত্র সঙ্গে সন্ধি দিয়া উপায় করিব ॥
এতবলি দুইরাজা উঠিঘরে গেল।
শভাভাঙ্গি প্রজাগণ ঘরে ঘরে গেল ॥২৭॥
স্বর্য্যদেব অস্তাচল্ গমন করিল্।
দিনে অন্তে সন্ধ্যাকালে এখন হইল ॥
শুণশ্রোতাগণ কথা এবিচিত্র ময়ে।
কৃষ্ণপ্রেম যায়হৃদি এমন হইয়ে ॥২৮॥
অতএব ভগ্যচন্দ্র কৃষ্ণভক্ত মানি।
কৃষ্ণভক্ত অলৌকিক সাস্ত্রে এইবানী ॥
আরগজে কৃষ্ণপ্রেম কিছুচিত্রনহে।
ভাগবত দশমেতে এইব্যক্ত কহে ॥২৯॥
উনত্রিংশা ধ্যায় সপ্তত্রিংশ শ্লোককহে ॥
গোপীকা শ্রীকৃষ্ণপ্রাত এই কথা কহে ॥

ভসিদগী কোরবনি, ভাগ্যচন্দ্র জয়সিং হইনা সংসারদা নিনপ্রসঙ্গ লাওই অচুদগী নিংথৌ অনি শাযুদগী কুম্থরক্লনা দরবার তায় লেংখ্রে। প্রজা ময়ামকুং মাপি মাগি য়ুমদা হয়খ্রে ॥ মনাই খনয়পা গোবিন্দ বৈকুন্ঠদা লেংখ্রে। ॥২৩॥ দরবারদা নিংথৌ ২ প্রজা মায়া তিন্দুনা রারি শায়কই। স্বর্গদেবনা তারে। তেখাও প্রজা অপুম্বা মাণপুরগি নিংথৌসে মীনত্তে লাঈনি অচুনা ॥ ২৪ ॥ নখোইনা ঐবু নিংথৌনি হাইহুনা লুনা তোবগুম মাবুম্ব তোগদবনি নৈপাক অসিদা নিংথৌ ২ গুরবনি, চান থক্লবা, পুমমক রাংপা য়াদে ঐগুম্বা তোগদবনি ॥২৫॥ হে মণপুরগী নিংথৌ জয়সিং সায়ু কাহবগি দোষ: ঐত্তোন্দা থম্বিগনু. ঈশ্বরগি লীলানি অচুপা ময়মদি মাণপুর মোইরাংদা পানবা খেলেম্বা নিংথৌনা। ॥২৬॥ লোয়া চিঠি অসি পরকুট হাইরগা চিঠি অচু পুথোকতুনা ভাগ্যচন্দ্রদাপিখে। পাও মহারাজ নংবু হাৎলু হাইরি বনিদো, অচুদা ঐনা পুক্চেন কৎতবনা মাপি রায়ু লৌক্লহুনা মহারাজ হাৎকে থোরাং লুবনি, ঐ অসে রায়া কক্লদরে, হৌজিক ভক্তরাজগা তিরবদগী কত্তবদো কোকখ্রে ॥২৭॥ হে মহারাজ এক্লবা মোইরাং নিংথৌদো মক্ল কংনা মাংহনগমি হাৎকনি থুংলাই সিকাই, লানমি চান থক্লবা পুম্নমক ঐনা তোৌগনি, কদৌঙৈ চৎসিগে হাইবহু সন্নাইদা লেংলগা ১মুং থল্লগা তাকপিরকউ। অসি হাইনরগা দরবার কাইনহনা হয়খ্রে ॥২৮॥ মতম অসি নুমিৎ তাথহুনা শন্ধ্যা সযরনি ॥ লাইরিক লেংবা কবিনা হাইজে তাবিয়ু শ্রদ্ধা থিবিক কৃষ্ণদা ভক্তি তোৌবগি মতমনিংদা ॥২৯॥ ভাগ্যচন্দ্রসে ভক্তরাজনি, কৃষ্ণভক্তনা ওযবা লৈতে শাস্ত্রনা লাওয়ি। অদুনা সামুবা কৃষ্ণপ্রেম কংডি হাইবসে চিংবকম থোক্তে ভাগবতকী ১০শুবা স্কন্দা লাওয়ি।

শুনকৃষ্ণ তোর বংশী মাধুর্য্যাদি গুণ।
মোরাগোপী দাসীকরি করে আকর্ষণ ॥৩০॥
পশুপক্ষি বৃক্ষলতা চেতনা চেতন।
প্রেমমত্ত আকষন করে কৃষ্ণগুণ ॥
এইমতে কৃষ্ণপ্রতি গোপীর বচন।
আর গীতাতেত কৃষ্ণঅর্জ্জুনে কহেন ॥৩১॥
দশাধ্যায়ে অষ্টশ্লোকে শ্রীকৃষ্ণ হিল।
শুনপার্থ ব্রহ্মারুদ্র আমাতেই হৈল ॥
নর আদি পশুপক্ষি স্থাবরাদিগণ।
আমাহৈতে জন্মসর্ব্ব আমি কর্ত্তাহন ॥৩২॥
মোরইচ্ছা অনুসারে সর্ব্বত্র চলিল।
এইমতে গীতাতেও শ্রীকৃষ্ণ কহিল ॥
এহেতুএ ভাগ্যচন্দ্র চরিত্ত চিত্র নয়।
তার ইচ্ছা অনুসারে এইসব হয় ॥৩৩॥
এবেশুণ প্রভাতের যেহয় কথণ।
ভাগ্যচন্দ্র লাগিকত আদর করেণ ॥
প্রভাতেত দুইরাজা দরবার কৈল।
সবপ্রজা আনন্দিত সভাতে বসিল ॥৩৪॥
সানন্দিত স্বর্গদেব প্রজারে সহিত।
নট নটী আনাইয়া গাওয়াইল গীত ॥
নানা বাদ্য মহোৎসব প্রতিঘরে ঘরে।
হাস্য পরিহাস্য করে পাশক্রীড়া করে ॥৩৫॥
অস্ত্রলোকা লোকিকার ধানুকী তবকী।
কেহভোজ বিদ্যাখেলে চক্ষেদিয়া কাকি ॥
বাদ্য অন্বেষণ কেহ করে কোণ স্থানে।
কেহনাচে কেহ গায় আনন্দ বিধানে ॥৩৬॥
রোপাইল সারি সারি গুবাক কদলী।
চন্দনের ছড়াদিয়া মারিলেন ধুলী ॥

৩০ ॥ কৃনগা মাপলগুবা ঐধ্যায়গী ৩৭ শুবা শ্লোকতা গোপীনা কৃষ্ণদা হায়জখি। হে কৃষ্ণ নংগী বাশিগী শুরা কাখিহনা ঐখোয়সে ননাই ওইহনবনি ॥ ৩১ ॥ ঐখোয়দা নত্তে, সা, উচেক উপাল উরি অচেৎপা চৎতবা পুম্নমক নগুরা চিংহনা প্রেমনা ভাওহল্লি অসি হাইনা গোপনা কৃষ্ণদা হল্লখি, ভগবৎ গীতাদসু লাওরি ॥ ৩২ ॥ তরাগুবা ঐধ্যায়গী নিপালগুবা শ্লোকতা গোবিন্দনা, হে অর্জ্জুন ব্রহ্মা মহাদেবনচিংবসে ঐনা ওইবান, অদুগা, মীনচিংবা সা, উচেক পুম্নমক ঐগোন্দগী থোকখিবনি, ঐনা শিনবনি। ৩৩ ॥ ঐনা ওইহনগে হাইবতা ওইবনি অসে হাইনা তাকপিখি। মরম অসিনা ভাগ্যচন্দ্রবু চিনকব অবস্থং ওকুকম থোক্লে গোবিন্দগী ইচ্ছানা ওইখিবনি ॥ ৩৪ ॥ রাবি অসে কবি ভনিৎ কৌই মথাগী রাবি লোংজরগে। অহিং লেম্লে নোংভাল্লবদা নিংথৌ অসি প্রসাদি সেবা লোইরহনা দরবারদা লোংখোরকলে, প্রজা মন্ত্রি চোম্না কম্লে ॥ ৩৫ ॥ নিংথৌ য়াথং মতুং ইম্না অগোই শাহনা ইশৈ শকহুনা মঙ্গল তৌই পুং হৈহনা যন্ত্র খোংহনা মঙ্গল তৌই অদুগা তেথাও কৈপাক অপুন্না মাগী মাগী কর্ম্মাচায় তোকহুনা মুম খুদিং মঙ্গল তৌহল্লি, ॥৩৬॥ খুংলাই পাইবনা চোংকন্দুনা মঙ্গোল তৌই অদুগা মানা মানা হৈবা মহৈ পুথোকহুনা মিন্নরনা ওকহল্লি কাগি তৌহনা কয়া নোকহল্লি ॥ কনানা পুংগী কুম্মৈ তৌই। কনামা ইশৈ শকই অগোই শাই। ৩৭ ॥ থোজাল খুদিংদা, খোং লাংহুনা, থা, লম্ফু মুংহুনা মঙ্গল তৌই। লম্বিদা ওজব চাইহুনা ইকুন কাই। প্রজা পুম্নমক অরুবা কিজেৎ শেতুনা, কৈ হিজুনা অমসুং পরেং

দিব্য রত্ন অলঙ্কারে বেশ ভূষা করে ।
আগরু চন্দন পুষ্প মালা চুয়া পরে ॥৩৭॥
রাজা পুরে সদক্ষিনা ব্রাহ্মণ ভোজন ।
নগরের মধ্যে এই হইল ঘোষন ॥
এইদেশে ভাগ্যচন্দ্র নৃপতি পাইল ।
ধন্য ধন্য মোরা সব এমতে বলিল ॥৩৮॥
এইমতে আনন্দ রহিল রাজা প্রজা ।
কতদিণ বঞ্চে তথা ভাগ্যচন্দ্র রাজা ॥
করজুরে বলেশুণ শভে সভা বৃন্দ ।
মুঢ় জানি করে তুষ্ট সাধু গুণ বৃন্দ ॥৩৯॥
আমার পদত কেহু নাধরিব দোষ ।
সাধু কথাশুণি কর চিত্তক শন্তোষ ॥৪০॥

॥ ছবীছন্দ ॥

শুভাই দৃঢ়মত, সাধু কৃষ্ণ মজ চিত,
ইকলিতে এহিওর তত্ত্ব ॥
সাধুসঙ্গে যত্নকরি, কৃষ্ণকথা কর্ণভরি,
সমস্তে সাপদ করাত্বর ॥
গিলি কাল খর্প প্রাই, তিলে তিলে আয়ুযাই,
জানিলরা মরণ সম্বল ।
পদ্মের পতন নীর, পড়িয়েন মুহিথির,
সেইমতে জীবণ চঞ্চল ॥১॥
মাধব সেপিতা মাতা, ভকত অভয় দাতা,
মাধবত পরে আণনাই ॥
হেন জাণি যত্নকরি, ডাকি বল হরি হরি,
হরিবিনে ব্যর্থ আয়ু যাই ॥২॥

॥ পদ ॥

পীতাম্বরসিংহ নাম সজ্জন সঙ্গসি ।
তাহার সঙ্গম হৈতে মোর বৃদ্ধি গতি ॥

শিহ্রন', পান্ন থা চাহ্রনা মুংঙাইনৈ ॥ ৩৮ ॥ মা কোমুদা ব্রাহ্মন ভোজন কৎলি, দক্ষিনা চাওনা তৌই । নিংথৌনা মা য়াথং লাওথোকই ঐথোয়গী লৈপাক্তা ভাগ্যচন্দ্র লেংঙকপসে ঐথোয়গা লাইবক ফবনি অহুনা নংনা নংনা শুমবা মঙ্গল তৌ ॥ ৩৯ ॥ অসি হায়ত্রনা মা য়াথং লাওথোকই সঙ্কা। ওইরহুনা দরবার লোইহ্রনা লেংথনখ্রে । ভাগ্যচন্দ্রবু লাইশুম্না সেম্মা তৌহ্রনা মুমিৎ কয়ানি লৈগদৌরি । কবিনা হায়জৈ । সাধুগী ওয়া হায়হনা পেনবিয়ু ॥ ৪০ ॥ ননায় পাংদবগী দোষ লৌবিগনু । বৈষ্ণবগী ওয়া থনবিয়ু ॥ ॥ (মথা অসি ছবি ছন্দ লেংজৈ) ॥ ১ ॥ হে মোন চেংনা সাধু কৃষ্ণদা চংজো । কলি যুগকিদি সাধু সঙ্গ তৌজবা কৃষ্ণগী নাম তাবা পোনবাতনা লানগদবনি । কাল কৌবা লাইনা লিন ওইহুনা নোংমা নোংমা য়োৎথিহ্রনা অমসুং চৌথিহনা পুনশি লোয়খিনি শিয়গা পুনবা চেংজেন্দ্রি লাংহৌরোই । তাংজবা মপোকসে থম্না থেম্লোংদা হাপপা ঈশিংশুম হোয়েন হয়েং থংদবনি ॥ শিবগী পাওচেনবিদে ॥ ২ ॥ ঐগী ইমা, ইপা, মরি মতাদি শিবদা লোয়নহুনা চৎমিয়দে । কৃষ্ণনা ইমা ইপানি ইবুংঙোনা লোইয়ে কনা লৈতে অসি থংনা মতম পুয়মক্তা কৃষ্ণ সেবা কৃষ্ণ নাম নহুনা অরেম্বদা মতম মাংহনবিগনুশি হে মন অসি হায়হুনা মনশিক্ষা লেংজৈ । (মথা পদ তাজয়ে) ॥ ১ ॥ পীতাম্বরসিং সাধুগা তিন্নজবদগী ঐগী বুদ্ধি গতি ওইহনা শিক্ষা শুগী পাদ কোম্মহুনা ভাগ্যচন্দ্র চরিতপু ননাই শুনেত্রমা লেংজৈ

শিক্ষা গুরু পাদপদ্ম ভজনসম্মতি ।
ভাগ্যচন্দ্র চরিত দীন গুনেন্দ্র রচতি ॥১॥

ইতি শ্রীমন্মহোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র গ্রন্থে শ্রীভাগ্যচন্দ্র আসাম দেশে মন্ত্রজপ শান্তনং নাম সপ্তম সীমা ॥৭॥

অষ্টমারম্ভ ॥৮॥

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌর ভক্ত বৃন্দ ॥
জয় জয় প্রভু ভক্ত গোষ্ঠীর সহিত ।
স্ফুরত স্বাভীষ্ট ভক্ত বিলাস কিঞ্চিত ॥১॥
যোতেণ মূর্খের বাক্য শুণ শ্রোতা গণ ।
সাব অনুগ্রহ কয়াদখি অভাজন ॥
আমি অতি বুদ্ধি হীণ নাজানি শাস্ত্র জ্ঞাণ
তোমরা যেবলে তাহা করিবে শিখেণ ॥২॥
শুণ শুণ শ্রোতাগণ করিয়ে প্রার্থনা ।
তোমাসভা কৃপা হৈতে করিয়ে রচনা ॥
সাধু কৃপা কৃষ্ণ কৃপা হৃদয়েমানিয়া ।
পদ বিরচিলু আমি এই আকাঙ্খিয়া ॥৩॥
অত এব শ্রোতাগণ করিবে শোধণ ।
এবেশুণ ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র বর্ণন ॥
অষ্টম সীমার কথা করিয়েশ্রবন ।
জয়দেব মতিরঙ্গ করিয়ে গমন ॥৪॥
আসামেতে জয়দেব ব্রাহ্মণ আছিল ।
একদিন ভাগ্যচন্দ্র তাহারে কহিল ॥
শুনহ ব্রাহ্মন আমি করি নিবেদন ।
কৃপা করি এইকথা করহ গ্রহন ॥৫॥
আমিতোর দাস বলি করিয়ে মনন ।
অতএব মোরদাস করিয়ে মানন ॥
দাস মানি একভার করি সমর্পণ ।
ব্রাহ্মন কহিল রাজা নাহি শঙ্কাকর ॥৬॥
তোমার যে ইচ্ছা আমি করিব এখনে ।
বহুদুঃখ হবেতউ করিএক মনে ॥

মতাং অসিদা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ পাংক্রবা তোল্লবা ননাব মানসিং মঙ্গিসিং অনিনা মৈতৈরেন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুম্নক ঙাকপিয় ॥

## নিপালশুবা অধ্যায় হৌরে ।

॥১॥ শ্রীগৌরাঙ্গবু শ্রীনিত্যানন্দবু খুরমজৈ অদ্বৈতবু ভক্তবৃন্দবু খুরমজৈ, ভক্ত পুম্নমক্না লোইননা ইবুংঙোবু খুরমজৈ পাংদবা ননাইবু লাইরিক লেংবা শক্তিপিনৌ ॥২॥ পাংদবা ননাইনা লেংজব লৌবিয়ু পাংদবনি মিংবিদ্রনা দোষ গুনথিবিগনু' ননাইদি বুদ্ধি লৈতবা লাইরিকহৈত-বনি. সভাগি কৃপাদগী লেংজবনি ॥৩॥ শ্রোতা থিবিক্লা হন্না হন্না খুরমজৈ. থরাইগী কৃপানা লেংবগমজবনি সাধুগী কৃষ্ণগী কৃপানা থমোইদা ঙাল্লহনা, পদ ছন্দদা লেংজৈ ॥৪॥ অক অত শ্রুতানাসেংবিয়ু, মথাঅসি ভাগ্যচন্দ্রগি চরিৎ লেংজরগে, নিপালশুবা অধ্যায়সীদা জয় দেব ব্রাহ্মণা মোইরাং চৎকদৌরি ॥৫॥ ভাগ্যচন্দ্রনা, মণিপুরগী পাও থংনিংহনা কনা থাসিগে থন-বদা তেথাওদলৈবা জয়দেব ব্রাহ্মনবু লোংহল্লিংহনা, নোংমদি ব্রাহ্মনগী নাক্তাচৎসনা খুরমজৈ. জয়দেবনা য়াম্না নুনা তৌহনা ভক্তরাজ করিগী লেংঙকপগে হংন্তি, ভাগ্যচন্দ্রনা হে গুরুদেব ভক্তি ১তং কংনিংহনা লাকপনি থৌজানবিয়ু ॥৬॥ ঐনা ননাইগী নিংজৈ, অহনা ঐবু মনাইনি নিংবিয়ু মনাইবু মুংশিবিয়না ননাইগী অমাব ১তং কনবীয়ু, ব্রাহ্মণহাই নিংথৌচিংনবু হাইনিংবা হাইয়ু.

শুনি রাজা হাত জুরিকহে পুণর্ব্বার।
এদেশের কতকাল রহিল এবার ॥৭॥
আমাতে হইল এই শাস্ত্রের বচণ।
পরগৃহে পরঅন্ন হয় পরা ধন ॥
এই সবদৈব ক্রমে হইল আমাতে।
ইহাবতি পরাধিন আছে কোথা হৈতে ॥৮॥
এইরাজা অতিপ্রিয় যদ্যপি হয়েন।
এইদুখে কদাপিও নাজায়ে খণ্ডন ॥
রনেভঙ্গ রাজ্য ভ্রংশ পরগৃহে বাস।
এইহেতু দিবানিশি বহুল নৈরাশ ॥৯॥
মনিপুর রাজ্যপদ বড়ইমনে আশ।
একবার যাহ তোমি খেলসিংহ পাছে ॥
দুঃখনা ভাবিহ তোমি নাহি বিস্মরণ।
বুদ্ধি বৃহস্পতি যেন শাস্ত্রেতে নিপুণ ॥১০॥

অতএব তোমি গেলেবড় শুভ মানি।
আর খেলসিংহ তারেশান্ত করিমানি ॥
শান্ত দান্তদয়া শীল তোমারেহগনি।
এহেতু তোমিসে গেল কার্য্যসদ্ধ জানি ॥১১॥
আপনার দূত কার্য্যনহে তোমা প্রতি।
পুর্ব্বে ধৌম্যাচার্য্য প্রতি পাণ্ডবের পীতি ॥
রাজ্য মাগি দূত হয়া হাস্তিনাতে গেল।
এইমতে কর কৃপা তোমি দয়া শীল ॥১২॥
কথা শুনি জয়দেব শানন্দ হইল।
ভাল ভাল নৃপমণি যথার্থ কহিল ॥
অনালস মহিরজ যাইব সম্প্রতি।
শুভাশুভ এই সব দৈবের সঙ্গতি ॥১৩॥
এই কথা স্বর্গদেব সকল কহিল।
তাহা শুণি স্বর্গদেব কহে ভাল ভাল ॥

॥৭॥ নংনা পাম্বদো হাইয়ু য়াম্না রাবা ওইরবস্তুং রাই হাইরোই হন্দোইদু হাইয়ু অহু তাবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ খুৎ লোম্নদুনা হম্লেলি, গুরুদেব ঐনা দেশ অসিদা লৈরকপসি মতম কুইরেদো ॥৮॥ শাস্ত্রনা লাওরি, মীগী যয়ুমদা তাংদুনা লৈবা, মীনা ঐবু পিঙ্গপিথক তৌদুনা থম্বা, মীগী থলাংমথা থানা তোম্না লৈবা, অদুম্না হিংগদবগি সরুক্তি সিবনা কৈ হাইবদো ইরাইবক থীবনা ঐঙোন্দা থোক্রে। সিদগী হেন্না তোনবা লৈত্রে ॥৯॥ লৈপাক অসিগী নিংথৌনা য়াম্না দুনা তৌরি, অদুনা ঐগী অরাবা কোকপা তমদে, লান কাইদুনা, লৈপাক কাইদুনা মিরৈ পাক্পা লৈবসিগী রাথন্দা চাব হাওতে, তুম্বা য়াদে, লৈকম থংদে। ॥১০॥ মণিপুরতবু থন্দুনা লৈ, অদুনা গুরুদেবনা মোইরাংদা অমুক্ত লেংবীয়ু। অরাবা থনবীগু ননাইদুংং কাওজয়োই, চৎপনড়াই মী য়াম্না লৈ ঐনা পামদে, মরমদি অপংবা তাক্তনি, গুরুদেবদি সপোকসেন গুরুগুম্বানিদে। ॥১১॥ অদুনা গুরুদেবনা লেংব পাম্বান মাম খেলেম্বাগি অসাওবদো থাম্বিয়ু। স্বর্গদেবনদি লান তৌদি হাইরি, মণিপুর প্রজা শিগনি থম্বদাগ ঐনা পামদে, পুকচেন য়িংবা গুরুদেব লেংলগা থবক মঙ্গল ওইনি নিংলৈ।

১২ ॥ দূতনি হায়না নিংবিয়ু। মমাংলৈদা থৌমাচার্য্যনা পাণ্ডবকীদমক লৈপাকনিবা হস্তিনাপা লেংই অদুগুম্না অমুক্তা লেংবিয়ু ॥ ১৩ ॥ অহু তাবদা জয়দেব ব্রাহ্মণা হয়াওনা খুমলকুই হে ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ ঐ মোইরাংদা চৎলুগে অদু কনদি গোবিন্দগী নোংদয়ি ॥ ১৪ ॥ অহু তাবদা অদুদি নিংথৌদা হাইনরগে কয়ে য়ানমদুনা ভাগ্যচন্দ্রনা স্বর্গদেবদা পাও তয়ে তেথাও নিংথৌনা হয়াওনা য়াবে। অদুদগী অকবা খুমিং য়েংদুনা যাত্রা তৌদুনা লাকপনা খুমিং কমানিদা

শুভদিনে যাত্রা করি চলিল ব্রাহ্মনে ।
আছি আছি উত্তরিল মহিরঙ্গ স্থানে ॥১৪॥
এথা মহিরঙ্গ পুরে খেলসিংহ রাজা ।
পাত্রমিত্র গণ সঙ্গে দরবার প্রজা ॥
হেন কালে জয়দেব তথাতে পোঁছিল ।
রাজ আগে আছি তবে দ্বিজ দণ্ডাইল ॥১৫॥
রাজ কহে কোথা হৈতে আইল দ্বিজপ্রায় ।
দ্বিজ কহে আসামেতে আই দ্বিজ হয় ॥
রাজা কহে কিবা হেতু আইলে এথাতে ।
দ্বিজ কহে ভাগ্যচন্দ্র প'ঠাই আমাতে ॥১৬॥
আসন দেয়াঞি রাজা বৈস বৈস বলে ।
সেআসনে জয়দেব ব্রহ্মণ বসিলে ॥
রাজা কহেকিবা লাগি দুষ্ট ভগিনেয় ।
দ্বিজকহে ভাগিনেয় বহুত বিনয় ॥১৭॥
তোমার ভাগিনে তবে পুরুষ হইতে ।
তবেত তোমারা দুই গিয়াতি হইতে ॥
অত এব তোমাদুই কলহ নাহয় ।
মাতুল ভাগিনা দুই উচিত প্রনয় ॥১৮॥
দৈব ক্রমে কলহেতে পরদেশ যাই ।
স্বর্গদেব প্রেম সহ সেবণ করাই ॥
অত্যন্তসঙ্গ এক ধরিল রাজণ ।
এতেত্ত রাজাদি সব বহুত সম্মাণ ॥১৯॥
তথাপিহ পর গৃহ পর অন্ন' হয় ।
এইহেতু দিবা নিশি দুঃখচিত হয় ॥
এই দুঃখে দেখি আমি শাস্তায় আইল ।
তোর ক্রোধ দাম মাগি ইহাতে আইল ॥২০॥
আর শুণ নরপতি শাস্ত্রেতে কহিল ।
সর্ব্ব জীবে পরমাত্ম শ্রীহরি রহিল ॥

মোইরাং মৌয়ে ॥ ১৫ ॥ সুমিৎ অদু খেলেমবনু দরবারদা থোকতুনা প্রজা মন্ত্রি পৈতনা লৈরম্মি মতম অদুমক্ত জয়দেব দরবার মরামদা চংতুনা লেপই ॥ ১৬ ॥ খেলেমবনা মুন্না য়েংলগা পাও হংই, হে মহাশয় ব্রাহ্মন মানপ্রেদা কাদামদগী লেংঙকপনো জয়দেবনা মহারাজ ঐ আসাম তেথাওদগীনি ব্রাহ্মননি অদু তাবদা মধম করিগী লেংঙকপগে হংঙি ॥ ব্রাহ্মনা নমাক ভাগ্যচন্দ্রনা থারকপনি খুম্মি ॥ ১৭ ॥ নিংথোনা আসোন থাতুনা সেবা তৌই জয়দেব আসোন্দা লেংশিল্লে । খেলেমবনা হে ব্রাহ্মন কন্দ্রবা ইমাক অদুনাকরি হায়রকপগে । জয়দেবনা নমান্না খুরমবিরু লাকপনি ১৮ ॥ নমাক ভাগ্যচন্দ্রসে সুপামচা থোকই ইমাকনি হায়বদা লেমবনি মরি মতা হায়বসি হোংবা য়াম নত্তে, অদুনা নকু নমাক খৎনবা য়েংথনবা চুমদে নুংশিনকম থোকই । ১৯ ॥ লাইগী নোংদম খীবনা খৎনদুনা মীরৈপাক চেনলেদো মানা ধম্ম কায়দবনিনা তেথাও নিংথৌনা মাবু য়ায়া লুনা তৌই । দুন্দক শামু অঙাওবা অমা কায় অদুদগী! মাবু নিংথৌনা প্রজা মন্ত্রিনা লাইওয়া খনপ্রে । ২০ ॥ অদুমদি ওইরগা মীরৈপাক্তা লৈতুনা মীচাক চাবনিনা মপুক সুতাইতনা লৈ । অদু উতুনা ঐনা খামগে লাকপনি নমাকপু শাওবসে শাওরবু ঐনা ভিক্ষা ওয়না নিজি ২১ ॥ অদুনা রাজনিতি অমগা হায়গে শাস্ত্রগী নিতিনী সংসারগী জীব পুম্নমক অসে পরমাত্মাদি শ্রীহরিনী মাগী মাগী কর্ম্মগী কোলনা অচোবা অপিকপা খায়বনি । কনানা নিংথৌ ওই কনানা

যাত তার কর্ম্ম ফলে উচ্চ নীচ হৈল।
কেহ রাজা কেহ মন্ত্রি কেহ নীচ হৈল ।২১॥
কেহু ধনবাণ হৈল কেহুত দারিদ্র ।
কেহুনর কেহু পশু কোন জন ক্ষুদ্র ॥
পূর্ব্ব জন্মে এই কর্ম্মে কিছুই নাজানি ।
ইহ জন্মে ভবিতব্য একই নাজানি ॥২২॥
রবি বারে রবিবার পুণঃ আবর্ত্তন ।
বৈশাখ হইতে পুণঃ বৈশাখ বর্ত্তণ ॥
বিধাতো দিলেন আয়ু পুণঃ বাঢ়া নয় ।
দিনে দিনে আয়ু হীন বুদ্ধি তনু ক্ষয় ॥২৩॥
ছলম এড়াই শৃর্প পুনই যৌবণ ।
তেমতে নাহি হয় এরূপ যৌবন ॥
আজি কিবা কালি কিবা নাজানিমরণ ।
এইহেতু ভাগ্যচন্দ্র দেশ দেহ দাণ ॥২৪॥
সেই মণিপুর দেশ দেহ অধিকার ।
তাহার সহিতে দ্বন্দুকি কার তোমার ॥
মহিরঙ্গ পতি বলে শুনহ ভুদেব ।
তোমার বচনে এই প্রত্যেক কহিল ॥২৫॥
জ্যেষ্ঠ গৌরশ্যাম সেই পরম দুর্জ্জন ।
মামা বলি মোর ঠাই নাহি স্নেহ মন ॥
প্রথমে মাগিল আমি গিরি ঝন্সা সীমা ।
দ্বিতিয়ে মাগিল পুণঃ লোক গিরি সীমা ॥২৬॥
তৃতীয়ে আমি মাগি মধুগন্ধ্য গিরি ।
পুরাশুন বলে লগ মহিরঙ্গ গিরি ॥
মধুগন্ধ্যেতে গিরি মূল্য দিধা হৈলে ।
এসব প্রসঙ্গ করি তাহারে কহিলে ॥২৭॥
তথাপিহ দুই ভাই লেভেন মানিল ।
তারক্রুর বাক্য এবে রহিলেক শেষ ॥

মন্ত্রিওই কনানা চাকনি কিন্থনা কপোক লেপ্লি ।২২॥ কননা ইনাক খুম্না কনানা, লায়রেস, উচেক ওয়না পোকই, মাংগী মপোক্তা তেরকপ কর্ম্মগী মতু ইনবনি অদুগা পোকপদগী ভসি কাওবদি খংলে, মতুং অসি করি থোক্লকদগে হায়বদি খংবা ভযদে । ২৩ ॥ নোংমাইজিং অমা লোয়প্রগা নোংমায়জিং অমা লাকই শজিবু অমা হৌপ্রগা শজিবু অমা লাকই অদুগা ঐথোয়গী পুনাশদি হৌখিবদো হল্লক্তে নোংমা নোংমগী পুনশি মযেং তাশিল্লকই বুদ্ধিসু পাঙলসু নোংমা নোংমে মযেং তাশিল্লকই ॥ ২৪ ॥ লৈম্মি মকু হুরগা নহা অমুক ওই অহুগুম্না মীওয়বাদি ওইদে । ভসি হায়েং খংদবা মপোক্লি ঐগীনি ঐগীনি হায়না কল্লিবদো শিবদা কন লোয়ননা চত্তে ইথক্ত লাকপানিনা ইথক্ত হল্লি, ভাগ্যচন্দ্রদা লৈপাক পিয়ু ॥ ২৫ ॥ মনিপুর পিঙ্গো নংনা মোইরাং পাল্লো নমাক খংনরগা করি কান্নগনি । অহ তাবদা মোইরাং নিংথৌনা খুম্ম হে ব্রাহ্মন হায়বিরিবদো অচুম্বনি ॥ ২৬ ॥ অদুগা ঐগী রা অমুক তারো, ময়াম্বা গৌরশ্যামদো মাম্মা কতবনি মাম্ম মাম্মদি হায়রগা ঐবু খজিক নুংশিদে । মোইরাং অসি খজিক চাওহনিংবদগী ঐনা লম নিয়ে অহান-বদা চিংঙাদগী থা পাংবা পিয়ু নি পিদে । অনীশুবকপদা লোকপচিংদগী থা পাংবা পিয়ু নি পিদে ॥ ২৭ ॥ অহুমশুবদা থাক্লচিংগী মথৈ পিয়ু নি অদুগা মাংগী লীথরবা রাসী খুমন্দগী চৌং অসি মোইরাং কাখনা লৈব রারিসি লিক্থনা নিববু পিখিদে ॥ ২৮ ॥ ঐম্নু নিগেদো হায়রুনা অহমলক হন্না নিবনি মচিন মনাওনা পিদে, মাগী র হৈ অথিবহুনা তাসোন ওয়হুনা হৌজিক

ধর্ম্ম হেতু দুই রাজ্য মোর করতলে।
দুই রাজ্য অকণ্টকে শ্বাস হরিলিলে ॥২৮॥
রাজ নীতি প্রধানযে শুনহ ঠাকুর।
বুদ্ধিমান জন যাঁহা করয়ে বিচার ॥
এক পায়ে গমন করিবে বুদ্ধি মান।
আর পায়ে থাকিয়া করি অনুমাণ ॥২৯॥
একস্থানে নিশ্চয় নাকর পূর্ব্ব স্থাণ।
পরি ত্যাগ নাকরিব এইসে বিধাণ ॥
পদনা চাইয়া চলে কণ্টক আচরে।
লোভ হেতু চৌর কর্ম্ম রাজ দণ্ড করে ॥৩০॥
যার যার কর্ম্মদোষে ভারতার পায়ে।
গুরুজণ মামা বলি মর্য্যাদা নাদেয়ে।
কপটি হিংসক ক্রুরমহা দুষ্টমতি।
ইহার কারনে দ্বিজ হইবে আখ্যাতি ॥৩১॥
দ্বিজ বলে নরপতি কহি এক কথা।
ইহাতুমি দুঃখ চিত্তে ত্যজনমঃ ব্যথা ॥
ভার্য্যাপুত্র কন্যাধণ গৃহেতে আছয়ে।
গৃহস্থের বড় স্নেহে ইহাতে আছয়ে ॥৩২॥
মরণ কালেতে কেহ সঙ্গে নাহিলয়ে।
সেইকালে নিজধর্ম্ম সম্বলএ যায়ে ॥
বেলি অবসানে পক্ষিএক বৃক্ষরয়।
প্রভাতের চতুর্দ্দিগে সভে উড়ি যায় ॥৩৩॥
এইমত নরকর্ম্ম অনর্থ বিষয়।
মোরধন ভার্য্যা পুত্র সঙ্গে নাহিলয় ॥
তোমি মরে এইদেশ সঙ্গেত নাচয়।
কস্যমাতা কস্যপিতা কস্য বন্ধু নয় ॥৩৪॥
মরণ সম্বল রাজা শ্রীহরিচরণ।
সংসার অসার জানিভজে সাধু গণ ॥

কাওবা লোংশিন্দুনা লৈরি, ঐনা ধর্ম্ম কায়দবদগী তৌজিক্কি লৈপাক অনীতুনা ঐগী ওয়রে। গৌরস্যাম ময়াম্বু খাংওখক্তা মাংগ্রে ॥ ২৯ ॥ হে ব্রাহ্মন রাজনীতি অমা হায়গে মবুদ্ধি লৈবনা রাখন তৌহনা খোং মাম্মা লেপললগা খোং নাম্মু খাংই খংজিবা অদুনা খুনাম চেৎলগা অথু ফুকনা খাই ॥ নত্রবদি ভুই। ৩০ ॥ অদুগুম্বা হোংগদবা মফম অদু কিকম চেৎত্রিভেদা হায়গী মফম থাকদে। মীৎনা য়েংদনা খোং খাংত্রবদি ভিখং ষুই খুদি থী অপাম্বনা হেজিন্দুনা মীগী মপোৎ হয়রবদি নিংথৌগী দণ্ডি কংই ॥ ৩১ ॥ মী ওয়রবগী মপোক মানা মানা তৌব কর্ম্ম মানা কংবনি ইমাগা পোকমিন্নবা মামনি গুরুন হায়বা খংদবা বেভার লৈতবা লৌনম্ মীবু মাংখদু নীংবা অদুগী দোষনা মফম পুম্নমক্ত মায়কিজবনি ॥ ৩২ ॥ অদু তাবদা ব্রাহ্মনা খুম্মি খোইয়াং নিংথৌ রা অমগা হায়গে তাও অসি তারগা শাওরিবদু হম্মো ঐগী মপী ইচা ইমৌ ম্মা লুপা ফিরোয়াচিংবা মুম কৈ মাগীদমক নিংবদগী পাম্মুবদগী থরায় মাংবা ওৎত্রবা পুম্নমক ৩৩ ॥ ঐনা শিবা মতমদা কুনাসু পুম্বনা চৎতে ঐনা তৌবা ধর্ম্মগা কর্ম্মগনা চেংজেন ওইদুনা পুম্বনা চৎলি ॥ প্রমাজি ভুমিৎ তারকপদা উনা অপুংবদা উজাওদা উচেক পুম্নপ লেকই, নোং ডানবগী মরৈ মহৈ পায়নখি ॥ ৩৪ ॥ অদুগুম্বা মীওয়রবগী মপোকসে অয়েম্বনি ঐগী ইচানি ঐগী মুপানি হায়রিবসে শিব মতমদা কনাসু লোইনরোয়। ঐগীনি হায়দুনা কজিবা নরৈশাকসে শিবদা পুগদবা লৈতে থিজিন্দুরবদি মমা মচা মরুপ মপাং কনাসু লৈব নতে ॥ ৩৫ ॥ শিবদা

খেলসিংহ বলে ইহা নহেত বিচার।
ক্রোধ হেতু শত্রুবড় ভাগ্যচন্দ্র যার ॥৩৫॥
বিনা যুদ্ধে একউলা নাদিব ব্রাহ্মণ।
ক্ষত্রিধর্ম্ম শাস্ত্রমত আছে নিরূপন ॥
ক্ষত্রিচয়ে শত্রুকে নাকরিবে বিশ্বাস।
শত্রুর মহিমা কেহ নাকরে প্রকাশ ॥৩৬॥
তাহারে মারিয়া দেশ স্বচ্ছন্দে পালিব।
নহুতার হস্তে আমি নিশ্চয় মরিব ॥
এইদুই নাহি করিমনে শুখনাই।
একবার মৃত্যুহৈলে মরন ভয় নাই ॥৩৭॥
তোমার বচন এই নামানিলে মানি।
তথাপি সত্যের হেতু ক্রোধ নাহি মানি ॥
সত্যহৈতে ধর্ম্মীজন প্রান ত্যাগকৈল।
এইহেতু শুনদ্বিজ বাক্য নাপালিল ॥৩৮॥

জয়দেব বলে রাজা মনইচ্ছা কর।
সত্য কহি মতজন ধরিনা অস্ত্রের ॥
স্বর্গদেব সত্যকৈল সহায় করিব।
এইমধ্যে নৃপমনি আই শান্তাইব ॥৩৯॥
খেল কহে তথাপিও দেশনা দিবেক।
আমিজিনি তারে মার নাজিনি মারৌক ॥
মহিরঙ্গ পাত্র তাহামনে না নানিল।
তথাপি রাজার ইচ্ছা নিচুপ রহিল ॥৪০॥
এতশুনি জয়দেব বিদায় করিল।
আছি আছি আসামেতে পুরে উত্তরিল ॥
স্বর্গদেব ভাগ্যচন্দ্র সভা সদ কৈল।
হেন কালে জয়দেব সভাতে আইল ॥৪১॥
দ্বিজদেখি আস্তে ব্যস্তে করিয়া সাদর।
ব'সতে দিলেন দিব্য আসন উপর ॥

ঐগীদমক লেপ্পগদবদি শ্রীহরিভনি অহুনা সাধু শংনা পুম্নমক্ থাদোকহুনা শ্রীহরিভবু খরানি তৌনরি। অহু তাবদা খেলেমবা নিংখৌনা হে ব্রাহ্মন পুম্নমক অহু ঐ খংই অহুবু অশাওবদগী ভাগ্যচন্দ্রদো য়েক্লবনি নিংই ইমাকনি খন্দে ॥ ৩৬ ॥ মানা লান তৌহনা লৈপাক লৌখিবা নতনা ঐনদি মাগীদমক শিবদা চন্দোন ওইনা খিন্নবা লৈহুম অমা নিরবাকাওবদা পিঞরোই ক্ষেত্রিগী নিতি সাস্ত্র লৈ, ক্ষেত্রিনা য়েক্লববু কয়মবদা থাজনদে ঐগী মাংদা য়েক্লবগী মতম থাগৎলবদি মথরায় লৌগদবনি অহুবু ব্রাহ্মননিনা ঐনা কল্লবনি ॥ ৩৭ ॥ মতোম্দা তথিম্নু মাবু হাংলগা য়েক্লবা লৈতনা পানপে ওমত্রগা মথুৎতা ঐ শিরগে, অহু নতনা ঐনা পেনগদবা লৈতে শীববু অনীয়ক শিব হৌনদে অহুনা কিব লৈতে ॥ ৩৮ ॥ ব্রাহ্মননা হায়বদা ইদ্দে হায়হুনা শাওবিগনু ক্ষেত্রি হায়বসিদি অরেপপা রাজনা ধর্ম্মনি রাজক কায়দনবগীদমক থরাম মাংবে, অহুনা তাকপিবদো ইনবা ওমথ্রে। ৩৯ ॥ অহু তাবদা জয়দেবনা করে নিংখৌ অদুগা হাইগে ভাগ্যচন্দ্রনা থুৎলায় য়াওদনা শানু কাবদা তেথাও নিংখৌনা পেন্দুনা রাজকই নংগী সহায় ওহৌগনি হায়হুনা লান তৌবা তাবদা নমাক্লা লান তৌনিংদহুনা ঐবু থারকপনি ॥ ৪০ ॥ খেলেমবনা লান লাকনি হায়হুনসু ঐদি লৈপাক পিরোই মানা ওয়ে ঐবু হাৎসনু ঐনা ওয়ে মাবু হাৎকনি। অহু তাবদা মোইরাং প্রজা য়ানিংদে অহুদা নিংখৌ কিবদগী কনাম্না থাংদে থন্ক দুহৈ। ৪১ ॥ অহু তাবদা ব্রাহ্মন বিদায় লৌহনা হৌকক্কে দুবিৎ করানি লাকহুনা থংতে

পাদ্য অর্ঘদিয়া পুজি জিজ্ঞাসেন বাণী।
একেএকে সকল কহিল দ্বিজমুণি ॥৪২॥
তোমার কারনে সর্ব্ব আমি বুঝাইল।
তার বাক্য খেলসিংহ কর্ণে না শুনিল॥
অহঙ্কার করিয়া বলিল কুবচন।
বিনাযুদ্ধে রাজ্য নাহিদিব কদাচন ॥৪৩॥

## মল্লঝাপ শোরশাক্ষর ছন্দ

শুনিস্বর্গদেব কহে মনে অতি কোপহয়া।
মিত্রগুণ খেলসিংহ কণ্টকিত দুষ্ট হিয়া ॥
সহজে দুর্ম্মতি জন সম্বন্ধ জ্ঞাতিনা জানে।
লাভ হেতুসদাকালে কপট কার্য্য কেজানে ॥১॥
যেমণ কুকর নিজ প্রভু দংশে তেন হয়ে।
উন্মত কুবুদ্ধি কান্দে যার মৃত্যু সাধ হয়॥
উর্দ্ধগণে পায়ে চিন্তা যশ কীর্ত্তি নাশহয়।
নম্রতা হইলে কভুনহে অপমান চয় ॥২॥
যেনমতে নববেণু নব গৃহ বান্ধে হয়।
যেন ক্ষুদ্র অস্ত্র শেতে বড় গজ শান্তহয়॥
আর বেগ বড়অশ্ব কড়ীয়ালি শান্ত হয়।
সন্য মোর গুরবস্তু সণরে তেমত হয় ॥৩॥
আছে মোর শস্ত্র সঙ্গে অষ্ট সংস্র কেজণ।
বন্দুক কামাণ খড়্গা লয়া যাউতোমাসনে॥
যেন বায়ু বেগ হৈয়া ত্বরা যাউ মহিরজে।
দাবাগ্নিতে বণদহে নমুলে মারোক সাজে ॥৪॥
খেলসিংহ দুরাচার বংশের সহিতে মার।
তারপাপে মৃত্যু শুনি ওষ্ঠ হয়ে মতি মোর॥
তার শত্রুসত্য মানি গজ ধর বলে আমি।
তার হেতু রাজ্য ভঙ্গ অতিশয় দুঃখভুমি ॥৫॥

নুমিৎ অহ্ণ ভাগ্যচন্দ্র স্বর্গদেব নিংথৌ অনী কমতুনা দরবার তোয়ৈডা জয়দেব থুংলে ॥ ৪২ ॥ ব্রাহ্মন উবদা তশপ তয়াং তৌতুনা খুদা আসোন কৎলে তৌনবী পুমা তৌরে পাও হংলে জয়দেবনা মথং মপং পাও পুম্মক লোইনা তয়ে। হে ভাগ্যচন্দ্র নহাক্তদমক ওয়জবা মথৈ হায়বদা খেলেম্বদো কনাগী মরা ভাবিত্রে, নাপন কানা অথিবা য়াহৈনা থুমলকই লান তৌতুনা লৈপাক লৌব নতনাদ পিরোই লেপগ্রে ॥ (মযেক ১৬ না লোংবা ছন্দ লোংলে) ॥ ১ ॥ পাও তাবদা তেখাও নিংথৌ শাওনদগী হকচাং নিক্না হায়রকই হে মরুপ মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা য়াম্না কন্তবা তিথংনি। কৎতবা মী হায়বা অসিদি শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং থংদবনি মাপী ওয়জবা পামবদগীওইদবা ভাংবা ধর্ম্ম কায়বা কিদবনি ॥ ২ ॥ প্রমান্দি হইনা ভাওয়গা মপু চিকপওয়নি অত্তাওবা শানা লাং উদবদগী লাংদা থুহনা মবরায় মাংই ॥ মরায় হায়গৎনা চৎপা মীনা অবাবা ইকায়বা নংই মীচৎ থী, মরুলুক্না চৎপনা কদিওয়দা মায়থীবা শংদে ॥ ৩ ॥ অহুগা অনৌবা থাগী পয়ানা অথিবা পুম্নি। শামু অচৌবযু কাত্তি মচানা লাকই ॥ শগোল অয়াংবযু চুপলিনা লাইবা কাই। হে মহারাজ ঐগী তেজোল অথৌবা ॥ ৪ ॥ থুৎলায় পাইবা সিকাই লিশিং নিপাল লৈএ। নোংমৈদা, থাংদা তাদা মপা লৈতবা তেজোলনি অসি পুরগা নোংলৈওয় পায়তুনা মোইরাং মৌথো লামমৈ চাকপওম মোইরাংদো তুমহনহুয়ো ॥ ৫ ॥ মচৎ মযুক কন্নবা খেলেম্বদো মাপী থাংশ তুমহলুয়ো মানা তৌবা পাপা মাযু শিরে তাবদা ঐগী অপেনবা

বলি এতস্বর্গদেব গর্জ্জি অতি কোপমনে।
ষোড়শাক্ষরী মন্ত্রঝাপদীপ গুনেন্দ্রভনে ॥৬॥

॥ পদ ॥

তাহাশুণি হর্ষ হৈয়া ভাগ্যচন্দ্র বলে।
মিত্র এই বাক্যেপিতৃ সম মনে নীল ॥
আর এক বাক্য কহিশুণ সাবধাণ।
তোমার সহায় মাত্র আমিসে কারণ ॥১॥
হেন ব্যাঘ্র ঘনতৃন সহায় তেমন।
আর কথা শুণিলেক বলে পুরাতণ ॥
বয়ঃ জেষ্ঠ গুরু মাণি কণিষ্টে সম্মানি।
প্রণয় করল লোকে আরেত সম্মাণ ॥২॥
এইমতাচার চলে সর্ব্ব ক্ষেত্রে জয়।
এমতে বিচার সব পুরাতন কয় ॥
বাচবেগ মনঃ বেগ সর্ব্বত্র সহর।
যত্নসম পুরুষের উপায় না হয় ॥৩॥
যত্নেতে সর্ব্বত্রে জয় অযত্ন হারায়।
নীতি শাস্ত্র বাক্য এই পাণ্ডিত কহয় ॥
আর আম মণিপুর ত্যাগ কত কাল।
মোর ঠাই সেহ আর অস্নেহবা হৈল ॥৪॥
বাল বৃদ্ধ স্ত্রীজন এই বাক্য শুণি।
এসব নামাণি নৃপ অনর্থ যে গুনি ॥
অন্য জন নাহি সঙ্গি ছদ্ম বেশ হয়া।
গিয়ে হৈতে কুকবেশ স্বরূপ ত্যজিয়া ॥৫॥
অন্য জন নাহি জানি একাকি যাইব।
ভালাভাল জাণি তবে ফিরিয়া আইব ॥
স্বর্গদেব কহে ভাল যে ইচ্ছা করহ।
শুভাশুভ জাণি তবে স্বরে ফিরাই ॥৬॥

ওইগে। মাগী চিঠি অদু অওইবা ওয়না নিংলুহুনা শামু অভাওবদা শিরসথু থাক্সিল্ল মাগী চাক্রনা লৈপাক কায়বনি॥ ৬॥ মহারাজ মাবু হংপদা দোষ লৈতে হাংলুরে। অসি হায়রগা স্বর্গদেব শাওবনা হকচাং নিক্লা ওই। অসিবু ষোড়শাক্ষর মন্ত্রঝাপ কোবা ছন্দদা ননায় গুনেন্দ্রনা লেংজৈ॥ (মথা পদ তাজরে)॥ ১॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা য়ায়া হয়াওনা হায়রকই হে মরূপ য়াথং তাবদা ঐবু পোকপা গুরুজনগুম নিংজৈ।

অমগা হাইজগে তাবিয়ু, ঐগীদি কনা লৈতে মহারাজগী সহাইনা লোইরে॥

॥২॥ কৈাগ মপাল নাপিনা তাংজ, নাপগী মপান কৈনা তাংজ, প্রমান অসি গুরুজন্না তোনবস্থি, ঐবু চহি হনবদো, গুরুানখনগনি, ঐনা হনবস্তনা ইনাওগুম লুনা তোগান রাজাং কজবগি য়েক্নবা লৈতে ॥৩॥ সাজং কজবনা জয়ওই, হাইবাসি অহন লমনগুরুজন্না চেকাপন্না তাকাপ। রা ভাংথোকপস্থং লাই. রাথনস্থং অরুবদু লাইনা থল্লি অদুগাথবক অদুতোব তারবদাদি কোক লোইবা য়াদে, অদুনা যত্ন তোবতনা মীওইবগি উপাইন ॥৪॥ যত্নতনা জয়ওই, যোতোক্সোত্রগা, অমাংবওই, শাস্ত্রদা পাণ্ডিৎসিংনা লাওরি। অদুগা ঐনা মণিপুর থাদোকপা মতম সাংজে প্রজানা ঐবু সুংশিরমগজ্রা থংজে। ॥৫॥ ঐ চৎলগা সুপী অঙাংগী মরা তাক্লগে, মথোইনা ঐবু সুংশিরমজ্রবদি করোই ইতোমদা চৎকনি কনা লোইনরোই, চৎপস্থং ঐবু থংদনবা থোংঙাই সাহনা চৎকনি ॥৬॥ ইতোমদা চৎলবদি কনানস্থ থংজোই অক কত্ত পাও তারগা থুনা

তবেত আমার সহ যুকতি করিব।
প্রাণপণে তোমা আমি উদ্ধার করিব ॥
চিন্তানা করিহ রাজা আমি অর্দ্ধজ্ঞান।
ব ফুত আপি আমি আগেত মরণ ॥৭॥
এতবলি দণ্ডবৎ বাহু দাস্তি করি।
দেখে ভাগ্যচন্দ্র হৃদি আনন্দ নধরি ॥
এইমতে দ্বাদশ দিবস রহিল।
তেরদিন শেষ রাত্রি যাত্রারে করিল ॥৮॥
রাজার সেবেশ তাহা কুকিরূপ হৈল।
শিখে বেনী পাগড়িতে শিরেতে শোভিল ॥
শোণ দৃশ্যময় পিত্ত ললামী কর্ণেতে।
লৌহ শলকাদি গুচ্ছলম্বত কণ্ঠেতে ॥৯॥
অঙ্গেতে পেটারিধরে বাহুমুলে ছেদে।
ধুতিপেড়ে অঙ্গদোষ হৈল রূপভেদ ॥
পৃষ্ঠেদেশে খুবড়িতে লম্বেশির হৈতে।
একবর্ষি হাতে ধরি নাবাই প্রভাতে ॥১০॥
তমঃহৈতে যাত্রা করিগুপ্তেতে চলিল।
অঙ্গনা দেখিল তাহা গোবিন্দ স্মরিল ॥
পথে পথে গুপ্তরিল কুকি ভাষামতে।
শ্রীহরি স্মরিয়া রাজা যাই এইমতে ॥১১॥
আছি আছি উত্তরিল বিষ্ণু পুরধাম।
বাজারে শোভিত ধাম মনোহর গ্রাম ॥
পূর্ব্বে বিষ্ণুদেশ শাধ্যে সেস্থান করিল।
এইহেতু বিষ্ণুপুর সেনাম রাখিল ॥১২॥
গিরতটে সেতগ্রাম আছে শারি শারি।
গৃহে গৃহে কাঠালাদ বৃক্ষের আবলি ॥
গ্রামমধ্যে গিরি ঝরনদী বাহযায়।
শিলা গুণ্ড গণ্ডতাহা বহুত আছয় ॥১৩॥

কল্পকান অদু ভাবদা স্বর্গদেবনা করে মরুপ পুক্নিনা পাম্ব তোতয় অদুগা য়ায়া থনালেংতকউ ॥৭॥ ময়ম থংলগা রা ভানসি, মরুপকী দমক ওয়মথৈ উপাই তৌগান অরাবা র থন থনবিগনু থ্রৈলে কাওবীগনু ঐনা মাংখাদ্রুনা শিগদবনি ॥৮॥ অসি হাইরগা থদাংচকই পাম্বোম তিংগু, অদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র পুক্নি. শুংভাই। শুনিং ভারদুনা দয়বার কাইদুনা সঙ্গাইদা লোংথনবে। ভাগ্যচন্দ্র কিজেৎ লাংডনা যাত্রা ভাইদুনা খুমিং নিনি লৈরগা, হুমনি শুবাগ নোংভাপ্রমদাইদা যাত্রা তৌরক্লে ॥৯॥ নিংখোনা খানব কিজেৎ খোংজাই সারকই। শম্মা বোন লোম্নি, কোম্বেৎ ম্বেৎলি। নাদ নোংথৈ য়ান্নি, পাকোই, ভুমলৎ, না চিংবা, না লীকওইনা ভকাশম্বে। ॥১০॥ কুকচংদা পাম্বোম য়াওদবা কুম্বৎ স্নাইগকপা জীথাল। খেরে মুগা সেৎলি ম্বেংবদা খোংজাই ওইরে, শক থমংজে, অদুগা শম অমনা মনগক্ক য়াল্লে থুংনা তাপক অমাপাইদুনা, নোংভানবা ভাইথে ॥১১॥ মীনা হৌনজ্রিতৈ, চিংথৈ হুমরকপা কান্দা গোবিন্দ স্মরন তৌদুনা যাত্রা তৌ-রক্লে। চিংশাং লাকপদা খোংজাইনা মৈতৈ মরোম লোনবক সাম্ন সামদুনা, লাকই, অদুগা শ্রীগোবিন্দজী নামাজ কাওথ লৈতে ॥১২॥ অসুম লাকপনা লমাংদোং য়োরক্লে, মণিপুরাগ কৈঠেন অমা কাই য়ামা কজবা লমান, শ্রীবিষ্ণুনা লৈপাক সেমজৈদা লৈরম্মী হাইদুনা লমাং দোংবু বিষ্ণু পুরকোই বিষ্ণুনা লেংজখদা য়ার অমিদ মথাদা ইজরকে ॥১৩॥ চৌংগী ভমন্নাদা পুরেং শীনা তাবা খুনসাং, যুমখুদংদা থৈবোং পাঙ্গি হোই। অচৌবা লোক ১চেচৈ মমিং খোংজাও-

বর্ষাকালে নদীবেগে মেঘের গর্জ্জন।
কোনজন গ্রামদেখি মনোহর স্থান॥
হাতেতে আনিসে দ্রব্যবস্তু পুলিন্দেরা।
কিরাট কুকি আর নাগাজাতিযে যারা॥১৪॥
গিরিভব সবদ্রব্য আনিল দিনে দিনে।
প্রত্যহঃ প্রত্যহদ্রব্য বাজারেতে আনে॥
সেইহাটে ভাগ্যচন্দ্র আসিয়া পোঁছিল।
খুবরিতে নগবোস্তব বস্তুযে ভরিল॥১৫॥
হাটের প্রদেশে বসি বিশ্রাম করিল।
এইমতে ভাগ্যচন্দ্র বাজারে বসিল॥
মণিপুর দেশে হেরিনীর ঝুরকান্দে।
ধকধকি হেরি হেরি এইবাল কান্দে॥১৬॥
শুন মণিপুর মাতা মোরে স্নেহ নাই।
মোর কর্ম্মফলে তোমি আমার সারই॥
তোরে শাসি দেবছিল বৃদ্ধ স্ত্রীরৈল।
এসব সেবিতৈ ইচ্ছা নৈরাশা হইল॥১৭॥
ধিক ধিক কপালেতে কেমনে লেখিল।
এতভাবি ভাগ্যচন্দ্র কান্দি সম্বরিল॥
যেকালে পথিক আরনর নারীএল।
রূপদেখি ভুলিভুলি আছি ঘৈরিরৈল॥১৮॥
হাটহৈতে পসারি ছাড়ি কতস্ত্রী আইল।
নিরখি নিরখি রূপে প্রেনয় ভুলিল॥
বৃদ্ধা নারী নীর ঝুরে এমতে বলিল।
অহদেখ বিশ্রামিলা কুকিযুবা রৈল॥১৯॥
মোরপ্রভু ভাগ্যচন্দ্র রূপে শুভরিল।
ভাউ নেত্রমুখ দেখি যেনরূপ হৈল॥
অতপ্রভু রত্নযুদ্ধে গেল দেশান্তরে।
কতকাল কতমাস সেরূপ নাহেরে॥২০॥

লোক কোহই; সুংজাও সুংজাও য়ায়া লৈএ॥১৪॥ বরিষা মতমদা লোকাহ চেহ্নরকপা মথোয়া নোংখোংবগুম্নি, খুনগং অসি উবদা কৈঠেন অহুদা চিংদা খোকপা পোৎ পুহনচ হাওনা য়োৎনে খোংজাই, মরিংতাংখুন কবুইনা চিংবা হাও কয়াগ পৈকমনি॥

১৫॥ চৌংদা কংবা অমসুং খোকপা পুহনা সুমিৎ খুদিংগী য়োৎনে অহুবা কৈথেন অসিদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ খুংতরে শম অহুদা চিংগী পোৎচে থরা হাপই॥ ১৬॥ মাংদা তা অহু মুংতে তাহুদা শমহু ডারে কৈথেন মচি থমদা পোৎ য়োনবা অমত্র লৈবা লাকপা হাও শাহুবা কাপ্প। অহুগা মনিপুরগী লমবু কোয়না য়েংলুবদা খাংবা য়াবক্তহনা চিক্কা চিক্কা কপ্পগা হায়রকই॥ ১৭॥ হে ইবা মনিপুর নচাবু খুংশিবিবিত্রেদা ঐনা কর্ম্ম করবগী মরম্না নচাবু ইবানা তাম্হোক পাই ইমানা য়োকলিবা সুপী অঙাং ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুন্নমকপু সেবা তৌদপে নিংজবনু ইবাইবক থীবনা ওমথ্রেদো॥ ১৮॥ তোনথেদা লাইবক থীথ্রেদা অসি হায়রহুনা করা মকুম কপই। মতম অহু কৈথেন মতম ওয়রকহুনা কৈথেন কাবী অমসুং লমী চৎপা সুপা সুপী কয়ানা পৈররে। মথোয়না কোয়না য়েংজকপদা ভাগ্যচন্দ্রবু উরে॥ ১৯॥ কৈথেন কাবী সুপী ময়াম্না নিংথৌবু য়েংও য়েংওহনা কায়নরই অসিদগী খোংজাই সুপা থসে ওথোকনা সুংশিন্নেদা অহু তাবদা অহেন ওইবী সুপী অমনা যপি তমং চেন্নপা হায়রকই য়েংউ ইনাওথা অসিদগী হাও পাখং থসে॥ ২০॥ ঐথোথগী মনিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রবু মাবু উবদা নিংশিংচি

পুণ আছি মণিপুরে রাজহৈলা পাল ।
অহে কুকি তোরে দেখি প্রভু শুভঙরিল ॥
কোথাহৈতে আছি তোমি নিশ্চয় বলহে ।
এহি বলি বৃদ্ধাজন হৃদি শোকদহে ॥২১॥
যুবতী রমণিগণ সেরূপ হেরিয়া ।
নীর ঝুরে হৃদি ঝুরি বিদরয়ে হিয়া ॥
মকমকি কান্দিলেন হৃদি তনু দহে ।
অন্য অন্যে কান্দি বলে শুণ সখি অহে ॥২২॥

॥ ত্রিপদি ॥

কহ কহসখিগণ, আমাদের প্রাণধণ,
কোনদিগে করিলা গমন ॥
মুখ পূর্ণচন্দ্ররূপ, ভাগ্যচন্দ্র নাম নৃপ,
ধর্ম্ম মুর্ত্তি মোরমাণ ॥

তোমারূপ রাত্রিদিনে, চিন্তি আমাদের মনে,
কতকাল গুঙাইল শোকে ॥
মুখচন্দ্র নাহি দেখি, উড়ি মোরা প্রাণ পাখি,
একি হব দুর্দ্দৈবের পাকে ॥১॥
শুণি শুণি মোরাজন, প্রাণ কান্দে রাত্রিদিন,
পুণঃ আর দেখিতে নাপারে ॥
এমত যুবতী গণ, শোকেকান্দে পুণ পুণ,
রাজপ্রেমে দহিছে অন্তরে ॥২॥

পদ

তবে বৃদ্ধা নারীগণ কুকিরে পুছয়ে ।
কুকিযুবা তোমা সঙ্গি কোথাতে আছয়ে ॥
কুকি কহে মোর সঙ্গি পশ্চাতে আছিয়ে ।
বেলিঅবসানে সভে ঘরে ঘরে যায়ে ॥১॥

ঙি লাইবক তাবা মীৎমৈ তাবা মাইথোং পূম্নমক পুমওই ওইব্রে । ওয়োকপান হবুঙোদো অরাগী লান্দা কায়ন্থ-1 মীয়েপাক চেনব্রে ইবুঙোগী করবা মুর্ত্তিদো উদব্রা চহি থাশিং য়ামব্রেদা ২১ ॥ ইবুংঙোঙ্গবু হেনকত্না পাম্নখিগব্রা হে হাও পাখং নংবু উবদা ভাগ্যচন্দ্রবু নিংশিংঙি কদাই দগী লাকতুনা লৈরমলিবা অয়েপ্পা খংনিংঙি আস হায়দুনা অহনশিংনা কপ্পে ॥ ২২ ॥ যুবতী পুম্নমকনা ভাগ্যচন্দ্রবু য়েংলগা খপ্পোই কাইনা পি তাদুনা কপ্পে অমগ ।অমগা য়েংনদুনা হায়নমকই ॥ (যথা ত্রিপদি ছন্দ লোংজৈ) ॥ ১ ॥ হাইয়ু হায়য়ু ইতাশা ঐখোয়গী ইবুঙো ভাগ্যচন্দ্রদো কদোমদা চৎখ্রিগবা মায়খোং অহু থাওয়া করবনি ধর্ম্ম হাইবা লাইনা মুর্ত্তি ওইনা লেপপনি নংগী করবা মাইখোং অহিং নুংথিল অনীদা কাওঙমখিব্রেদা মাবুত্তবু থায়নে ওয়োকনা কূইব্রেদা, উথদবা ইবুঙো মাবু উদবনা ঐখোইসে অমসুং মানা পানদবনা উচেককুম্না পাইনম্নি আসবু লাইগী মোংদম খীবননি ॥ ২ ॥ খন্নু খন্নূরগা ঐখোইগী খম্মাইসে অহিং নুংথিলদা কপপগী অওকপা নাইদে লৈপাক অসিদা উম্নববু কওরোইদরা । মথোৎ কারকাপ নুপীশিংনা ভাগ্যচন্দ্রবু খৌদুনা কপ্পে ভাগ্যচন্দ্রগু ভাংনখিবদো তাই ॥ ॥ (যথা পদ তাজরে) ॥ ১ ॥ অহল্পী ফুরদা অহল ওইবীশিংদুনা লাও ইমাওশা মপাও হংলুসি হাইদুনা নিংথৌবু কোইছিল্পা হংলকই হে হাও পাখং নপাংদি কদাইদা লৈহৌয়ে অহু তাবদ! ভাগ্যচন্দ্রনা খুম্মি ইমাখোই ঐগী ইপাংদি ফুংদা লাকহৌমি । অহু তাবদা হাওদা হাও ওইয়বোই নিংদুনা মীয়ামদো য়েংনৈ কনা কনানা পায়নাচিংবা

রাত্রি কালে অন্যস্থানে লুকিয়া রহিল ।
পরদিনে আর বার হাটেতে রহিল ॥
পূর্ব্বে যেন অন্য নারী আছিয়া বেরিল ।
সেইদিনে যেন কন্য বহুত কান্দিল ॥২॥
এইমতে তিনদিন তথাতে রহিল ।
মাণপুরলোকে স্নেহ এসব জানিল ॥
সেই রাত্রি সন্ধ্যা পরে চিন্তিল নৃপতি ।
এইরাত্রি কা'র ঘরে পোষিয়া বসতি ॥৩॥
গোপিচন্দ্র নাম পণ্ডিত পূর্ব্বের সঙ্গতি ।
রাজ্য কালে তার সহ অনেক পিরি'তি ॥
রাজার পণ্ডিত সেই বহু শাস্ত্র জ্ঞাত ।
আরেত জ্যোতিষ বিদ্যা পারগ পণ্ডিত ॥৪॥
সর্ব্ব কালে গুপ্ত কার্য্য তার সাঙ্গকরি ।
চির অদর্শনে তারে দেখিতে ইচ্ছা করি ॥

এত ভাবি তার গৃহে ঘোর রাত্রি গেল ।
গৃহের চত্বর ভাগেসন্নিকটে গেল ॥৫॥
বর্হিপাছ ভূমিদাণ্ডি দন্ডায়া রহিল ।
গোপিচন্দ্র গোপিচন্দ্র ডাকিতে লাগিল ॥
গৃহ হৈতে কোণ জন তাহারে কহিল ।
কুকি কহেএসএল বাহিরেতে এল ॥৬॥
শব্দ শুনি হৃদি ধুকি মনেতে চিন্তিল ।
অহ মোর প্রভু শব্দ সমাণ শুনিল ॥
পুণঃ গোপিচন্দ্র বলি বা'হিরে ডাকিল ।
কোণ বলি হৃদি ধুকি বা'হিরে আইল ॥৭॥
ঘোর অন্ধ কার নিশা চত্ব'র দাড়াল ।
অঙ্গনের প্রান্তে রহি কোনরে বলিল ॥
রাজা কহে আমি কুকি বাজারে আইল ।
মোর সঙ্গিজন এক দেখা নাপাইল ॥৮॥

অচা অ'ক পিজে অসুম্না লৈবক্তনা লুমং তারক্র ॥ ২ ॥ নিংথৌ অহিংদি অতোপপা মকম লুপ্ত ইপদবা য়েংতুনা লৈরগা নোংঙানবদগী অমুক লৈগেন মচি অমদা কপত্তনা পাও তাই ॥ ঙরাংগী মতৌঙম্ লুপী মরাম্না কোইত্তনা য়েংত্তি পাও হংই পিজনিংবা পিজৈ কপ্লে ॥

॥৩॥ অসুম্না লুমিং হুম্নি লৈরে অদুগি সন্ধ্যা মমথরকপদা, ভাগ্যচন্দ্রনা খল্লি ঐগসি হুমনি শুয়ে পাও তাবা মণিপূরনা ঐবু থংশিনবি কাওজ্রি, ঙসি অহিং অসিকনাদা লৈসিগে ॥৪॥ খল্লবদ মামাংঙৈদা লুনা নিংথৌবু মকুংঙোনি খল্লবা মনাই গোপী চন্দ্রপণ্ডিৎপু নিংশিংঙে, ভাগ্যচন্দ্রনা মাবু লুনা তৌবিত্তনা পণ্ডিৎ হাম্লী অদুগা মামক্তি লৈপাক ংগী পণ্ডিৎ ওইবদা রত্তিক চাবানুপানি, মণিপুর পুরান মৈতৈ ময়েক অতুপা বাঙালি ময়েক বেদ শাস্ত্রদা রাম্না কৈ, অদুগা জ্যোতিষি পাম্জিদা মাঙ্গরা লৈতে ॥৫॥ অদুগা নিংথৌগী অয়োন অথ্প পুম্নমক মাপা তাম্নি রাম্না লুনা থবা মনাইনি মাবু নিংশিংলুবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ উনিংবনা, লৈবা গুমজ্রতুনা লম্মাংদোংদগি নিংথৌথোং তাম অহিং অপুদা লাক্লে, মনাইগী গুমাংদা লেপই ॥৬॥ তাপাক অহু তানিং জামাং জমুনা মুংলগা, খোংজাইকী খৌরখোক্তা ইপাথৌ অঙোম গোপীচন্দ্র লৈরম্না কৌই । গোপিচন্দ্রনা ইরুংগি কম্মাংদা কয়গা হাও কনানো ঐলৈএ খুম্মি, ভাগ্যচন্দ্রনা লৈরবদি মপাল্দা খোরকছি কৌই । ॥৭॥ গোপীচন্দ্রনা খোস্থোক অহু তাবদা থংকলাওই থল্লি মুংশিন্নেদ ঐগী ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রগি খোঙ্কম মানন্নেদা, অমুক তাখিগে হাইদুনা ঙাইদুনা লৈএ। ভাগ্যচন্দ্রনা খোংজাই সাদুনা ইপাথৌ গোপীচন্দ্র মপান্দা খোকছি কৌই । অদুমুং অদুম মাম্পুনা কনা ওইরমগবা হাইদুনা, মপান্দা

অতএব মোরগ্রামে যাইতে নাপারে।
তোমারা গোপালা এইচাতি রহিবারে ॥
কালির প্রভাতে গ্রামে যাইব একলে।
এসব বচন যদি কুকিসে কহিলে ॥৯॥
গোপিবলে মোরপ্রভু সমান স্বরতুমি।
তেহো কহেনহি নহি কুকিহয়ে আমি ॥
প্রদীপ জ্বালিয়া তাহা আনে গৃহ হইতে।
অগ্নিজ্বালে সেই দ্বইমুখা মুখি তাতে ॥১০॥
প্রেম দৃষ্টিচাহে তাতে অনুমান কৈল।
এইহবে মোরপ্রভু হৃদয়ে জানিল ॥
শুন কুকি যুবাতোমি নিশ্চয় কহমোরে।
মোরপ্রভু সমস্বর আরমুখ তোরে ॥১১॥
কুকি কহে নহি নহি আমি কুকিজাতি।
গোপীমনে শঙ্কা করিদেখে ধর্ম্মমতি ॥
পিঠেবেনা পাগড়িতে শিরেতে শোভিতে।
শোনদ্বণস্বরপিণ্ড লালামী কর্ন্নেতে ॥১২॥
অঙ্গেতে পেটাজি ধরে বাহুমূলে ছেদে।
পৃষ্ঠেতে খবড়ি সেইলম্বে শিরহৈতে ॥
বর্ষিগাতে দড়াইল প্রকান্ড প্রতিমা।
মনেতে জানিল এইরাজার প্রতিমা ॥১৩॥
ছদ্মবেশধরি এইবাসাতে আইল।
এইমনে গোপিকহে জানিল জানিল ॥
মোরপ্রভু ভাগ্যচন্দ্র বিনাঅন্য নয়।
দ্বষ্টবিধি নিলমানি আনিল এথায় ॥১৪॥
এতবলি নীর ঝুরে গোপিচন্দ্র কান্দে।
সহিতে নাপারে রাজা নীর ঝুরিকান্দে ॥
আমিহয় ভাগ্যচন্দ্র শুনপ্রিয়তম।
কান্দি কান্দি গোপিচন্দ্র করিল প্রনাম ॥১৫॥

---

খোরকই ॥৮॥ অহিং অসমনিনা, মুমাউব কংদে সুমাংদা মী অমা লৈবদি উয়ে, দাম্বি মচিন্দা লেপ্লগা কনানো হংভি, ভাগ্যচন্দ্রনা ইপাখো ঐ খোংজাইনী, কৈঠেন কারকপনি ইপাং কায়নরে ॥৯॥ অহিং ওইখিবনা, লম্বি উত্রে ইপাখোগী সঙ্গোল মচি অমদা ঐবু লৈহল্ল। নোংঙাল্লগা ঐগী ইথুন কাখিগে ভাগ্যচন্দ্রনা রাহৈ অসি তাকপি। ১০ ॥ গোপিচন্দ্রনা ঐগী ইবুঙো ভাগ্যচন্দ্রগী স্বর মানরেদা হল্লৎলি, ভাগ্যচন্দ্রনা ইপাখো কনাবু মাল্লগবনো ঐসে খোংজাই অসেংবনি। অদু তাবদা গোপীচন্দ্রনা চিংনহুনা মচানুপী কৌরকই, হা ইবেন্মা ইপাদা মৈরা অমতা চমখোরকউ। মপাবুং য়াখং তাবদা মচানুপীনা উচানগী মৈরা অমা চমহুনা পিররে শকা শকা উররে ॥ ১১ ॥ কজবা মীৎয়েংনা কোইনা কোইনা, য়েংলগা মবুঙোনি খন্দুনা হায়-রকই, হে খোংজাই সাগুনা লাকলিবা ইবুঙো, লোৎপা য়ায়রোই রাঙাং শককম পুমমক হোংনজে ইবুঙো নত্রনে মানি শেংনা তাকপিয়ু॥ ১২ ॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা ইপাখো রাখন চোইগমু ঐসে অসেংবা খোংজাইনি ॥ অদু তাবদা গোপিচন্দ্রনা ওকপ্রগুনা মৈরাদু পাইরগা মাং তুং য়েংই। শমদু বেনী লোল্লি খোংজাই কোয়েৎ য়েৎলি নাদা নোংখৈ য়াল্লি। ১৩ ॥ পাম্বোম য়াওদবা ফুরিৎ সাইগকপা লিৎল্লি। নমগন্দা শম য়াল্লি। থবাক্তা পাকোই ভুমশংকা পরেং পি, জাপ্যাক অরমা প্যাইরগা ম্যোংশাওয়া লৈবদু উবদা মবুঙো ভাগ্যচন্দ্রনি শোইজে নিংহুনা

দুইজনে কুলাকুলি অনেক কান্দিল।
গোপিকহে মহারাজ তোমারে পাইল ॥
যেমন রামনচন্দ্র হাতে ধরি লৈল।
ক্রন্দন সম্বরি দুইভিতরে আইল ॥১৬॥
আসন পাতিয়া গোপি পাদ প্রক্ষালিল।
ভক্ষপেয় সেবাচার অনেক করিল ॥
শয্যা আসনাদি তাহা সকল করিল।
দিনেনা বাহির কার্য্য সকল করিল ॥১৭॥
গোপি ভার্য্যা পুত্রবিনে অন্যনা জানিল।
গুপ্ত করি রহিলেন কোননা জানিল ॥
পুর্ব্বহৈতে সব কথা করিল প্রসঙ্গ।
খেবুগিরি কথা আর হিরম্ব প্রসঙ্গ ॥১৮॥
আসামে আইল আর গজধরি কথা।
এইসবে ক্রমে ক্রমে ভথাহৈল কথা ॥
গোপি কহেশুন প্রভু অভিষেক করি।
মচ্যুত পঞ্চমসত্র আছে পূর্ব্বা চার্য্য করি ॥১৯॥
এইমন্ত্র অভিষেক অবশ্য রাজ্য পাই।
খেলসিংহ নাম হৈতে অধিক নাম চাই ॥
মামানাম শিলাসম অতিতেজ বান।
তোমা নাম মামা নাম সমানা ভিধান ॥২০॥
ইহাহৈতে অধিক নাম ইহাআমি চায়।
এইনাম দিলে তোমি অধিক বিজয় ॥
গিরিহৈতে শিলা অনিদৃশ দ্বান নাম।
খশাদ্দাগ্নি ভয়রক্ষা পর্ব্বতের নাম ॥২১॥

গোপিচন্দ্রনা থল্লকই ॥ ১৪ ॥ মহরাজ ইবুঙো, অথ,পপা কজেং শেংতূনা ননাইগী নাক্ত লেংসক্-পোরে খাতনা চঙ্গংলকই থংঙ্গরে ইবুঙো ননাই গোপনা মহারাজগী কঙবা পুন্নমক্তি খোংজাই কিংশংনা খুম্নগা, লাইরক্ত, পাম্বোমদা, নাম মুত্রাগী চন্দোন মখিদি খুমবা রাজ্রবোই কজনা লৈরেদো, খোংজাইনা চন্দোন খোনব্রা ইবুঙো তশেংবা ভাগ্যচন্দ্রনি, কৎতবা বিধিনা পুখিবদো অমুক পুখিরক্লে ॥ ১৫ ॥ অসি হায়রগ চরন কোম্মুনা কপ্লে ভাগ্যচন্দ্র খাংবা রাজ্রতনা মনাইবু কোম্বীরে ঐ ভাগ্যচন্দ্রনি তাকপিয়ে, গোপিচন্দ্রনা কপতুনা চরন কোইল্লে ।

১৬ ॥ মপু মনাই কোম্রতনা করামরুম কপ্পরে গোপিচন্দ্রনা মহারাজ ইবুঙো চরন কংজবা অসিদি মখোং নেমবনা খাবু লামব কংজবগুমবনি অসিনচিংবা হাইতুনা কপখিররগা লেংশিল্লাস চাইতনা ইমুংদা লেংশিল্লে ॥ ১৭ ॥ আসোন পারে চরন শেংদোকলে মখেন লুকোই লাওনা লুক হৌরে প্রশাদি কংডে শয্যা শেমতুনা পোথাহল্লে গোপিচন্দ্রনা পাদ লোইতুনা রাখি শাতুনা অহিং লেল্লি । ১৮ ॥ গোপিচন্দ্রনা ঐগী ঈশ্বর অমা পুঙ্গা তৌজগদোরি নুমীৎ ৭ মঙানি অসিদি ঐগী য়ুমদা মী চংবা রাদে হাইতুনা মী চংবা থাংগ্রে অতুনা মাগী ইমুংদা লৈব মী নত্তনা কবা খংদনা লৈগ্রে । মপু মনাই অনীনা মাংগী রা রাখি শাই খেবুচিংগী রাখি সাইৱ ॥ ১৯ ॥ কাছারগী রাখী শামু কাবনাচিংবা পোগানা মনিপুরগী অরাবা রাখি শাঅতুনা মপু মমাই কপখিল্লে ॥ গোপীচন্দ্রনা মহারাজ ইবুঙো অভিষেক অমা তৌসি অমাং অতা লৈতবা অচ্যুত্য পদমন্ত্র অমা গুরুজম্না থনস্মি ॥ ২০ ॥ মন্ত্র অসিনা অভিষেক তৌরবদি শোয়দনা নিংথৌ ওইগনি । মীং অমগা হোংসি খেলেম্বগী মীংবা চাঁওয়া মঙান হেনেথে । ইবুঙোগী মীংবা ভাগ্যচন্দ্র

খশব্দতাপ করি অজর কহয়ে।
গিরিরূপে ভয়রক্ষা অন্যতাপ করে ॥
দেশ ভাষামতে অর্থশুনহ রাজন।
চিথ শব্দে ধ্বন্যনুসারে এমত বচন ॥২২॥
খোম্বা বাক্য অলঙ্কার সর্ব্বা কর্ম্মতেজ।
এইমতে নামথই শুন মহারাজ ॥
অবশ্য তাহারে জিনি মনেতে মানিয়ে।
শুভ অভিষেক কালে এনাম থইয়ে ॥২৩॥
ক্ষত্রি তৈলে শিলা বসিসত্য যে উত্তম।
অতএবশিলা বসি অভিষেক নাম ॥
মণিপুরাক্ষর শাস্ত্রে এসব কহিল।
এই বলি দ্বিজগন নিশ্চয় করিল ॥২৪॥
শুভক্ষনে মঙ্গল স্নান তাহা করিলেক।
পূর্ব্বমুখে শিলা বসি শুভাভিষেক ॥
মন্ত্রজপি এইনাম তাহাতে থোইল।
এইরূপে ভাগ্যচন্দ্র শুভনাম কৈল ॥২৫॥
এইমতে তিনদিন রহিব গোপি গৃহে।
ভোজ্য পেয় সেবনাদি যথাশক্তি তাহে ॥
একদিন রাজা কহে শুনহ বিদ্বান।
এই মণিপুর দেব প্রত্যেক পুজন ॥২৬॥
মেরপিছে এইকর্ম্ম একান্তক সেব।
তোমাসঙ্গ কলে আমি এরাজ্য পালিবে ॥

কোবনিনা লাইবক কবচা হাইবনিদো সান্দদি পাংদে । মামগী নাম্না বেলেপ্পনাং তেলহৈবা হাইবনিনা, মগুন হেনথ্রে লানবা য়াররোই হেনগৎপা মীং অমা থোনসি ॥ ২১ ॥ মামদগী হেনবা মীং হোংসি অহ ওয়রবদি সান্দা জয় ওইনি ভাগ্যচন্দ্রনা করি কৌগগে হায়রো তারগে, গোপীনা ইবুঙো চিংদগী থুং পোকই, থুংদা মচিন কেংহনা থৌহল্লবা তেনদ্ দুশৎবান কৌই অহনদি তেন্দাই, থুংনা হেল্লে থুংদগী অমুক চীংনা হেল্লে, অহেনবা, চিং সিমা লোৱসি । থ শব্দনা, মৈতৈ ঐখোয়না মৈবু কিদবা হাইরসি, চীং শব্দনে, থ, শব্দনে অনি লৈরে । ২২ ॥ থ, শব্দনা, মীতোল্লা মৈচাক পিবা অমাং অতা লৈতববু কৌই । মৈতৈ ঐখোয়না মৈবু খাম্বী কৌই মৈ হাইবসি অমাং অতা লৈতে মীতোল্লা মৈচাক পী । চীংনা লোংদবা হায়রসি থ, না অকিবা লৈতবা হাইরসি থ, না মীতোল্লা মৈচাক পীবা হায়রসি । মৈতৈ ঐখোইগীদা অর্থ তোগগে, চি, থ, থ, ময়েক অহুম অসিদা, মথক্কী অনীদা অনুসার অমমম অলঙ্কার হাপ্পসি, অহনাদি চীংথং অসি থোকলে ॥ ২৩ ॥ থ শব্দদা অলঙ্কার হাপ্পনা খোমবা হায়রসি অহনা পুনশিল্লগা মীং অমা থোকলে শ্রীচীংখংখোমবা কৌরসি মীং অসি থোল্লবদি মাম্মবু শোয়দনা ওমগনি অভিষেক তৌহনা থোল্লসি ॥ ২৪ ॥ ক্ষেত্রিগীদি থুংদা কমহনা তৌবা কম্মনা অখোইবনি অহনা থুং মথক্ক কম্নগা অভিষেক তৌগদবনি মৈতৈ ঐখোয়গী পুরান্দা অসি লৈএ ॥ অহ ভাবদা করে লেপনরে । অনন্তসাইনাচিংবা মরুহকপা মী কয়াগা উনদুনা থমহনা করে লেপনরে । ২৫ ॥ থুমিৎ অকবা য়েংহনা থুংপাক মথক্ক কমহনা মীং থোম্মুনা, মন্ত্র শোম্মুনা অভিষেক তৌরে । অভিষেক তৌরবা থুংদা থুমিৎ হুমনি মনায়গী সেবা লৌহনা

এইমতে মাহারাস কৈলাসমপ'ন ।
তারপরে যেন কৈল শুন শ্রোতাগন ॥ ১ ॥
এয়োদশ রাসেশ্বরী অভিষেক কৈল ।
আর নিত্যানন্দ প্রসঙ্গ কহিবে সকল ॥
পুর্নিমাতে কুঞ্জরাস প্রসঙ্গ বর্ন্ন'ন ।
এইসব কথাক্রমে শুন শ্রোতা গন ॥ ২ ॥
পরেতে রাধিকা রঙ্গ শুরু হইলেক ।
শেশ করি শুভদিনে কৈল অভিষেক ॥
শ্রীগোবিন্দ বামভাগে রাধিকা শোভিল ॥
ভাগ্যচন্দ্র নেত্র জলে রাধিকা প্রা'থিল ॥ ৩ ॥

মানসীরাগ

নিবেদন করি রাধে, বের্থগেল জন্ম রাধে ।
মায়াজাল বান্ধিনি, পিরিত্তির বিভঙ্গিনী ॥
ভাউরভুজঙ্গিমনী, শিরমনি বিহারিনী ।
বন্ধু প্রেম ধারিনী, কাহ্ন প্রেমেরদারিনী ॥ ২ ॥
তোমা একানিতম্বিনী, কৃষ্ণেরমন মোহিনী ।
অঙ্গের কান্তি ভঙ্গিনী, প্রেমভাউ বিভঙ্গিনী ॥
অধরেতে শুরঙ্গিনী, নয়নেতে তরঙ্গিনী ।
রতিরসে রঙ্গিনী, মন্দমন্থরগমনী ॥ ২ ॥
নুপুরের ঝন ঝনী, হংসগনগতিজিনী ।
কাঞ্চনের কমলিনী, নিলকান্তি শুবেশিনী ॥
কনক বর্ন্ন' রঙ্গিনী, নিজের শুন ধারিনী ।
পতিতজন পাবনী, ভাগ্যচন্দ্রের, পারিনী ॥ ৩ ॥

পদ

যুগল শ্রীমুর্ত্তি হেরি প্রার্থ'না করিল ।
হেরি হেরি দুহুরূপ হৃদি ঝুরিগেল ॥
দুনয়ানে প্রেম ধারা নিরখি নয়ান ।
হে রাধে কৃষ্ণ চন্দ্র মিনতি করেন ॥ ১ ॥
জন্মে জন্মে তুয়া পাদ নিজ সেবাদেয় ।
নিজদাস অনুদাস শ্রীচরনদেয় ॥
কৃপাডরি গলে বান্ধি টানিয়া টানিয়া ।
শ্রীচরনে বান্ধিরাখি এই কৃপাদিয়া ॥ ২ ॥
এতবলি ভাগ্যচন্দ্র ভুমি গড়া গড়ি ।
ধুলায় ধুসর অঙ্গ শ্রীচরন প'ড়ি ॥

লেংজরগে তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক ॥ ২ ॥ তরাহুমদোই শুবা অধ্যায় অসিদা ইবেম্মগী অভিষেক, অমদি নিত্যাইনন্দগী রারি পুর্নিমাদা, কুঞ্জরাস কৎপা মথং মথং লেংজরকে তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক ॥ ৩ ॥ রাস লোইরবা অতুগী তুংনা ইবেম্মগী অঙ্গ রাগ, রং কংলতুনা, অলঙ্কার থোনবা য়ারবদ ভাস্কর লক্ষমা, নিংথৌদা হঙ্গলে, অকবা মুমিৎ থা য়েংদুনা মাংদা শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক তৌবগুম অভিষেক তৌরে, অলঙ্কার থোন্দুনা গোবিন্দগী ওইথংবদা থোগল্লে। শ্রীরাধা গোবিন্দগী যুগোল রূপ উবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, প্রেম্মা তাওদুনা প্রর্থনা তৌজে ॥ (মানসীরাগ) ॥ ১ ॥ হে বৃন্দাবনে খরা রাধে ননাইগী মপোক অসে অরেম্বা মপোক্লি। মরমদি সংসারগী মায়ানা পুনবদগীনি ॥ হে রাধে কৃষ্ণগী প্রেম্মা ভঙ্গ মুর্ত্তি ও দুনা লৈরিবী ॥ ইবেম্মগি লাইবক তাবনা কজবদি জীনগী মকোক্তা হাপ্পা মনিগী মকোক্তা তোংদুনা তাল্লিবী। কৃষ্ণগী প্রেমবু পু'রিবি, কৃষ্ণদা প্রেমকৎলিবী ॥ ২ ॥ ইবেম্মতনা কৃষ্ণবু শুমহৎপি শ্রীঅঙ্গগী মতাংরে, ভঙ্গিনে অসিনা কৃষ্ণ প্রেমগি অতানবা ভঙ্গি ওইরিবি। অধর, চিম্বান ২ না হরাওনবগী মশক ওইবী নেত্র ২ না প্রেমগি ইথক ওইবী, রতিরসগী হরাওনকম ওইবী, চৎপদা ইপোম হৌদবী ॥ ৩ ॥ নুপুরগি মখোননা ঝন ঝন লাওনা ১ংহং ঝুম্মু রুম্মু রুম্মু নীন্না কাংতনা চৎপগুমচৎলিবী। সনাগি খম্বালগুম্বি, অসংবা কিগেনা লৈতেংবী। সনাগী মচুনা লৈতেংবী মতিক চাবা নগুমা তাল্লিবী। অত্তোনবা জীববু লানবীরি, নগুনবু ননাইনা শকচরি ॥ (পদছন্দ) ॥ ১ ॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, যুগোল মুর্ত্তি য়েংজদুনা প্রর্থনা তৌজে, য়েংল য়েংলগা প্রেমগী ইপাক্তা তাওথ্রে, মিৎলুদা, পিগি ইবা কংখিল্লে, হে রাধে হে কৃষ্ণ ॥

॥২॥ মপোক মপোক খুদিংদা শ্রীপাদ সেবা পিনৌ ননাইগী ননাই ওজববু পিবিয়ু। কৃপাগি থৌরিনা চেংনা চিংশিনবীদুনা শ্রীচরন্দা পুন্দুনা থম্বিয়ু ॥৩॥ ভক্তি অসি কতু না পৃথীদা ওন্দুনা হুকচাংদা উকুম্বা লৈতেংলগা চৎখা খুৎমজৈ। হৌগৎদুনা খুংবাংনা থাংঙতু না অপোই সাই

জয় জয় শ্রীরাধীকা শ্রীগোবিন্দ দেব ।
দীন হীন ভাগ্যচন্দ্র নৃপাধম সেব ॥ ৩ ॥
ময়িকৃপনের কৃপয় হে কৃপা ময়ি ।
নিজদাসি গন মধ্যে মামপি গনয়ি ॥
তবে ভাগ্যবতী কন্যা রাজার অনুগা ।
প্রার্থনাকরয়ে দৃঢ় প্রেমের অনুগা ॥ ৪ ॥
জয় জয় শ্রীরাধিকা হা গোবিন্দ দেব ।
পিতা ভাগ্যচন্দ্রনৃপ তুয়াপাদ সেব ॥
জন্মে জন্মে তুয়া দাসী দেয় কৃপাময় ।
নিজ দাসি গননেতে মামপি গনয় ॥ ৫ ॥
এইমতে ভাগ্যবতী করয়ে প্রার্থনা ।
রাজা আদি সর্ব্ব জন এমতে প্রার্থনা ।
আছি আছি সর্ব্ব জন করেন দর্শন ।
পরিক্রমা বিলেপন করেন বন্দন ॥ ৬ ॥
একদিন নিত্যানন্দ রাজার স্বপ্নেতে ।
নিশা শেষে দীপ্ত মূর্ত্তি কহিলা দাড়াস্তে ॥
শুন রাজা ভাগ্যচন্দ্র আমার বচনে ।
গোবিন্দ সহিত আমি রতি একাসনে ॥ ৭ ॥
এবে রাসেশ্বরী আছি মধ্যেতে রহিল ।
এবে এই স্থানে আমি রহিতেনা হৈল ॥
বিলাস কালেতে আমি ললিতা সুন্দরী ।
গুঢ় সেবা কালে আমি অনঙ্গ মঞ্জুরী ॥ ৮ ॥
স্বয়ং রূপ বলরাম হৈল দ্বাপরেতে ।
এইতিন রূপে আমি নিত্যাই কলিতে ॥
অত এব এই স্থানে রহিনা যুড়ায় ।
তাম্রধ্বজ গৃহে আমি আবাস যুগায় ॥ ৯ ॥
তোমার বাড়িরাস্তরে মধ্যমা কন্যা বাস ।
সেই স্থানে ভাগ্যচন্দ্র করহ আবাস ॥
এতবলি নিত্যানন্দ অন্তর্দ্ধান হৈল ।
সেই কালে নৃপ জাগী হইল বিকল ॥ ১০ ॥
তাম্রধ্বজ ডাক রাজা এসব কহিল ।
ত র পরে দেবালয় যথেষ্ট করিল ॥
শুভদিনে নিত্যানন্দ তথাই রহিল ।
তাম্রধ্বজ স্থানে রাজা সেবা সমর্পিল ॥ ১১ ॥
সেই হৈতে জাতি নামে নিত্যানন্দ হৈলা ।
মন্দির ভিতরে এক সুরঙ্গ ফুটিলা ॥
কবিষ্ট দেবের চিহ্ন পণ্ডিত কহিল ।
তাহা শুনি রাজা প্রজা বিষ্ময় মানিলা ॥ ১২ ॥

---

রাধা গোবিন্দনা জয়ওইরে তোল্লবা ভাগ্যচন্দ্র ঐনা সেবা কংজরে ॥৩॥ ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু কৃপাগি মশক ওইররি ওইরবা ননাই মরক ননাইবু চিংশিনবীয়ু: অসি হাইদুনা ভাগ্যচন্দ্রনা প্রার্থনা তৌজে ॥ মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতীকন্যা মপাবুং তুং ইন্দুনা রাধা গোবিন্দদা প্রার্থনা তৌজে ॥৫॥ হে রাধে হে প্রাণনাথ গোবিন্দ ননাই পাবুংগি সেবা লৌবীগদবগিদমক মণিপূরসিদা কাওবিরক্রুগা হে রাধা গোবিন্দ ননাইবু মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইজগে। ননাই মরক ননাইবু চিংশিনবিয়ু: ॥৬॥ অমুম তৌনা ভাগ্যবতীনা প্রার্থনা তৌজে মণিপূরগী প্রজা অপুম্বম্ভ ভক্তিকৎলি। মণিপুরদা গোবিন্দনা ভাল্লবদা অরাপ্পগী মীকয়া লাক্কুনা দর্শন তৌরে পরিক্রমা তৌজে। মাগি মাগি ইংখোন্দ কংবা পোংশক পোরক্কুনা কৎচরে ॥৭॥ অম্মুমা সেবা তৌবদুসা মুমিৎ করা-নিগী তুংদা নোংমাদি ভাগ্যচন্দ্রগি মমংদা নোংভালমদাইদা নিত্যানন্দপ্রভুনা লেংলক্লে মংদা লেপই। তাও হে ভাগ্যচন্দ্র মাংদদি সিংহাসন ১দা গোবিন্দগা লৈমিরে। ॥৮॥ হৌজিক্তি নবেম্মা রাধানা মরক্তা খনপ্রে ঐনা লৈবদা মুংভাইত্রে লৈনিংত্রে। ঐঅসে নংনা খংদবননি সাররকপা কান্দা ললিতা কাখৌণী সেবাগী কান্দা অনঙ্গ মঞ্জুরীণী। ॥৯॥ তসেংবা মূর্ত্তিনা বলরামনি দ্বাপরদা মশক ৩অসিনি কলিদা নিত্যানন্দনি। মরম অসিনা মকম অসিদা ঐনা লৈব মতিক চাত্রে নমাক তামভ্র ধ্বজগী ময়ুমদা চৎলগে ॥ ১০ ॥ নজি লৈরিবা, অসিদগী রাংম লাল্লগা, নচানুপী রাইমগি ময়ুমদা ঐবু থিল্লো অসি হাইরম্রগা, ইবুংঙো লেংখে, ভাগ্যচন্দ্র মিকপ থোকই করা কপই ॥ ১১ ॥ অদুম নোংভাল্লে, প্রাতগী স্নান ক্রিয়া কর্ম্ম লোইরে, মনাই থাদুনা, তমভ্রধ্বজবু কৌহল্লরে, লাক্কুনা খুরম্মি, নিংথৌনা মবুংঙোগি রারি সাদুনা কপই। অদুদগি মন্দির সারদুনা মনাইগী য়ুমদা শুভদিন্দা লেংশিনপ্রে। সেবা শিন্নপ্রে ॥ ১২ ॥ অদদগী হৌদুনা ইবুংঙোগি মিংবু অরামম্বম নিত্যানন্দ কৌখি ॥ অদুগী তুংদা নোংমদি গোবিন্দগী লুক চনকমদা গুরুং অমা কাওরে, পণ্ডিৎসিংনা য়েংনবদা যবিষ্ঠগী খুদমনি হাইমরে থম্মবদা নিংথৌ প্রজা মন্ত্রি ওক্লরে ॥

তবে একদিনে রাজা মনেতে চিন্তয়।
মোর দেশে দুই ইষ্ট আমারে পালয়॥
দেব শ্রীকনিন্দ্র আর যবিষ্টদেবতা।
এই দুই মোর আদি পুরুষ দেবতা॥ ১৩॥
শ্রীকনিন্দ্র শুদ্ধ ভক্ষে অশুদ্ধ যবিষ্ট।
অতএব মোরমনে নাহইল ইষ্ট॥
তবে মোর মণে এখনে ইষ্ট হইবে।
শ্রীগোবিন্দ প্রসাদকে যবিষ্ট খাইবে॥ ১৪॥
এইমতে দিনে দিনে ভাবিতে লাগিল।
একদিনে পূজারি ব্রাহ্মণ আনাইল॥
গোবিন্দের প্রসাদকে যবিষ্টর গৃহে।
আনাইয়া সমর্পণ লউকপিতামহে॥ ১৫॥
রাজাজ্ঞারে প্রসাদকে লইয়া ব্রাহ্মণ।
যবিষ্টের গৃহে লয়া থুইল যখণ॥
সেই কালে থালি সহে প্রাসাদ ফেলিল।
ফেলাইয়া থালিসহ দ্বারে আঘাটিল॥ ১৬॥
দেখিয়া চিন্তিত রাজা যবিষ্টে বন্দিল।
চিন্তাকুল হৈয়া রাজা সেদিনে রহিল॥
রজনি শয়ণ রাজা নিরানন্দ হৈয়া।
যবিষ্ট দেবতা কহে স্বপ্নেতে আছিয়া॥ ১৭॥
শুনহ নৃপতি মোর বচন শুণহে।
হিন্দু ধর্ম্মশুদ্ধ ভক্ষে আমি নাহি মহে॥
দ্বাপরে বলরাম নিত্যানন্দ কলিতে।
আমিহযাবিষ্ট আর কনিন্দ্র দৈবতে॥ ১৮॥
এইসব নিত্যানন্দ স্বরূপ জানিত।
অতএব এই সব ভেদ নাকরিহ॥
আমার স্বরূপ এই শুরঙ্গচিহ্নিত।
ইহাতে সন্দেহ নহে কহিল নিশ্চত॥ ১৯॥

১৩॥ অসুম লৈরকপা নোংমদি ভাগ্যচন্দ্রনা খল্লি। ঐখোইগী মনিপুর অসিদা, ইবুংঙো অনি লৈ ১ না (কনিন্দ্র) সনামহি অমনা (যবিষ্ট) পাখংবা, ইবুংঙো ২ সিনা ঐখোগী ইহান হানবা দেববানি। ১৪॥ সনামহি ইবুঙোদি অসেংবা চাই। পাখংবা ইবুঙোনা অসেংবা তুল্লসি পল্লনাচিংবা সেবা য়াদে অদুনা সেবা মতমদা নিংবা থুংদে অদুনা ঐগী পুক্লিং থুংহনবিগে খল্লুনা গোবিন্দগী প্রসাদি পামদনা শুরুং কাওবরা। ১৫॥ রাখন অসি নিংথৌ মুমিৎ কয়ানি খল্লগা নোংমদি গোবিন্দ পুজারি কৌদুনা য়াথং পি ঙাসদি গোবিন্দগী প্রসাদি লুক অদু যবিষ্ট ইবুধৌগী সঙ্গাইদা পুদুনা লুক চল্লু ইবুধৌ প্রসাদি কংসমু য়াথং পি। ১৬॥ পুজারিনা লুক লুক অদুনা, পাখংবগী সঙ্গাইদা লুক চল্লে, থোংখিত্তি অমু উবদা পাখংবনা শাওদুনা, পুখম তৌরগা লংতকপবু চোংদা পাল্লে। ১৭॥ পুজারিসিং কিরদুনা নিংথৌদা হঙ্গংলরে. নিংথৌ পত্তিৎ মাইবী মাইব চংদুনা য়েংনবদা কিনরে, সেংদোক্লগা, নিংথৌ প্রজা খুরম্মি। ভাগ্যচন্দ্র মুংঙাই ত বগা লোইননা সংগাইদা হল্লে। চাবা থকপা য়াদে চিন্তা তৌই। মুমিৎ অদুগী আহ্‌দা ভাগ্যচন্দ্রগী মমংদা পাখংবনা লেংলক্লে। ১৮॥ হে ভাগ্যচন্দ্র, ঐগী য়া তাও হিন্দু ধর্ম্মগী অসেংবা সেবাদে ঐন পামদে। মরমদি, দ্বাপরদা বলরামনি কলিদা নিত্যানন্দনী অদুগা, ঐগা সনা মহিগা। ১৯॥ ঐখোই অনিসে, নিত্যানন্দগী মশক্তি অদুনা নংনা তোঙাজবা ওইনা খনগনু ঐনা তৌবনি শুরুং অদু নবুক্তা করি অমতা চিংনগনু অমসুং রাকগনু।

যথিষ্ট কনিন্দ্র দ্বষ্ট তন্তুল উৎসবে।
তেমতে শ্রীনিত্যানন্দ উৎসব করিবে ॥
এবলি যথিষ্টদেব অন্তর্দ্ধান হৈল।
জাগরিয়া নৃপমণি আনন্দ হইল ॥ ২০ ॥
এইমতে নিত্যানন্দ প্রসঙ্গ হইল।
নিত্যানন্দ তন্তুলোৎসব সেইহেতেকরিল ॥
আদ্যাপিহ নিত্যানন্দ উৎসব করিল।
শ্রীনিত্যানন্দ প্রসঙ্গ সমাপ্তি হইল ॥ ২১ ॥
এবেশুণ ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র যেমণ।
রাস অন্তে রাসেশ্বরী অভিষেক হেন ॥
পুণঃ পুর্ন্নিমাতে রাস সমর্পিতে মনে।
রাসেশ্বরী রাস বেশ নাচিনিল মনে ॥ ২২ ॥
এইচিন্তা নহা রাজা মনে নিরানন্দ।
কেমণে করিব প্রভু ইষ্ট শ্রীগোবিন্দ ॥
এইমনে দিবা নিশি অতুষ্ট হইল।
রাজার স্বপ্নেতে প্রভু গোবিন্দ আইল ॥২৩॥
আইস আইস ভাগ্যচন্দ্র দেখিরাস লীলা।
এইবলি হস্তেধরি বৃন্দাবনে লীলা ॥ে
রাস স্থলী রাসলীলা প্রত্যেক দেখিল।
দেখদেখ রাধাবেশ ইমন হইল ॥ ২৪ ॥
এতবলি দেখাইল রাজার স্বপণে।
পুণঃ এল মাণপুরদেশ অধিস্থানে ॥
হরি কহে দেখ রাজা মোর জানু অধঃ।
মৃদাঙ্গের অবয়ব হেন হয় বোধ ॥ ২৫ ॥

২০ ॥ পাখংবা চেংহোংবা, সনামহি চেংহোংবা অহুগুমা নিতানন্দ চেংহোংবা অহুম অসি অমাত্তনি অসি হাইরগা লেংখ্রে। নিংখৌ মিকপ খোক্লে। অরাবা খোক্লে। ২১ ॥ মংদা তাক্লখা প্রসঙ্গ অহু প্রজা মন্ত্রিদা তমহুনা খম্নবে, অহুদি প্রভু নিত্যানন্দ অমসুং চেংহোলসি হাইহুনা শুভদিন খীহুনা চেংহোংলে। অহুদগী হৌরিক কাওবা, প্রভুগী তন্দুল উসোপ কৎলী, মতাং অসিদা নিত্যানন্দগী রারি লোইজরগে। ২২ ॥ মথা অসিদা ওইরকপা, লেংজরগে রাস লোইরবা তুংদা ইবেম্মগী অভিষেক তৌরবদা লাকদৌরিবা পূর্ণিমাশিদা রাস অমুক কৎনিংলে, ইবেম্মগী কিজেৎতি খংদ্রে। ২৩ ॥ অহুগী খনবদা চাবা থকপা রাত্রে গোবিন্দ কৌহুনা কপই হে প্রাণনাথ রাসেশ্বরীগী বেশসিবু করি খোন্দুনা রাসগী খোগনবগেনে হাইহুনা কপই। অসিনা নুমিৎ কয়ানি শুরবদা নোংমদি মংদা গোবিন্দ লেংলক্লে মাংদা লেপ্লগা কৌই ॥২৪ ॥ মং অহুদা গোবিন্দ উবদা পুরম্মি, গোবিন্দনা হাইকেৎ নোংক্লগা মনাইগী খুজেং পাইহুনা রাস য়েংহ্নসি হাইহুনা বৃন্দাবন্দা পুবিরে রাসমণ্ডল য়োরবদা নংসিদা লৈয়ু ঐ রাস সাম্নখিগে হাইহুনা রাসমণ্ডলদা গোবিন্দনা নতবর বেশ খোন্দুনা লেপ্লা কান্দা সখীনা খোগন্দুনা ইবেম্মা লেংখোরকই গোবিন্দনা ভাগ্যচন্দ্র নংনা রাসগী কিজেৎ খংদে হাইবহু য়েংজহোয়ো তাকপি ভাগ্যচন্দ্রনা দর্শন তৌই ॥ ২৫ ॥ অহুদগী রাস শাম্নগে য়েংহ্ন চায়রগা রাস লীলাবু উহল্লে। রাস লোইরহুনা চৎলসি হাইহুনা মনাই পুহুনা মনিপুরদা হল্লকই লমখাংদা মপূ মনাই রারি শাই য়েংহ্ন, ভাগ্যচন্দ্র ঐগী পুউদা হৈরিবা অসে নবেম্মনা অগোই সারগা ঐনা পুং য়ৈবদা হৈবনি। ২৬ ॥ পুং কনতাল য়োইননা

মৃদঙ্গ করতাল সঙ্গে সংগীতে সেৱণ।
মোর কৃপা সেবা কার্য্য হৃদিতে স্ফুরণ ॥
মাহারাস কুঞ্জরাস বসন্তাদি রাস।
এইলিলা বর্ষে'বর্ষে' করহ সন্তোষ ॥ ২৬ ॥
এতবলি নাহিদেখি রাজা জাগরিল।
স্বপ্নহৈতে ধক ধাক কতেক কান্দিল ॥
কান্দণ সম্বরি রাজা বিচার করিল।
স্বপ্নের সকল কথা জানিতে পারিল ॥ ২৭ ॥
পরেরাধিকার বেশ সাজন করিয়া।
পুণঃ পুন্নি'মাতে রাস সমর্পি'শুদ্ধহিয়া ॥ ২৮ ॥

অথ কুঞ্জরাস

এবেকুঞ্জ রাস কথাশুণ শ্রোতাগণ।
পরেতে পুর্ণিমা তিথী হৈল আগমণ॥
ভাগ্যচন্দ্র নৃপমণি হরষিত মণ।
নিজমন অভিলাস সবপূর্ণ হেন ॥ ১ ॥
রাস স্থলী নিজ করেমার্জ্জিশুদ্ধ হিয়া।
রাস চক্রে বানাইল আনন্দিত হৈয়া ॥
দিবা হৈল অবসানে অন্ধকারসনে।
সন্ধ্যার উদয় করি হইল গগণে ॥ ২ ॥
স্বর্য্যগেল অস্তগিরি মুদিল কমল।
ফুটিল কুমুদ ফুল অতি নিরমল ॥
চাতকিনী কুহুকিণি বেড়ায় উড়িয়া।
তারাগণ শোভা করে গগনে বেঢ়িয়া ॥ ৩ ॥
হেন কালে পুর্ণচন্দ্র উদয় করিল।
উর্জ্জল হইলসব জগত মন্ডল ॥
মণিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ।
চতুর্দ্দিকে আরহিল হইয়া আনন্দ ॥ ৪ ॥
নবশত্রদণ্ডধর রাজা ভাগ্যচন্দ্র।
উজ্জল হইল ছত্র যেন পুর্ণচন্দ্র ॥

রাসগী মাংদা সঙ্কীর্ত্তন তৌগদবনি পুম্নমক অসি ঐগী কৃপানা নংগী থম্মোইদা কাওজরো। মহারাস কুঞ্জরাস, বসন্ত রাস, অহুম অসি চহি খুদিংগী কাইদনা কৎচরো। ২৭ ॥ অসি হাইত্তনা তাকপিরম্নগা ইবুংঙো লৈংখ্রে. ভাগ্যচন্দ্র মিকপ থোকই মবুংঙোগী কৃপা কংজবদা মথৈ লৈতনা কপখ্রে। মনিং থুংনা কপ্পবা ভুংদা হম্বরকতনা মংগী রাবু রাখন তৌই, মবুংঙোগী কৃপানা মমংদা উজবা পুম্নমক কাওবা লৈতনা অহুম উবা কংলে। ২৮ ॥ প্রাতস্ন'ন কৃষ্ণ কর্ম্ম ভজন' লোইরহনা প্রসাদি সেবা কংলগা মনিপুরগী অহৈবা পুম্নমক তারহনা ইবেম্মগী বেশ মংদা উবা অহ্ন শাহল্লে লাকদোরীবা পুর্নিমাশিদা রাস কৎলগে লেপখ্রে।

## কুঞ্জরাস

১ ॥ তাবিয়্ শ্রুতা খিবিক কুঞ্জরাস লেংজগে। নোংমা নোংমা হৌখিহনা, হিয়াকৈ পুর্নিমা নক্লে ভাগ্যচন্দ্র হরাওজরে ঐনা নিংবা থুংজরনি হাইদুনা। ২ ॥ পুর্নিমা নুমিৎ অসিদা মনাইবু থৌদাদনা রাস মণ্ডল সেংলে তৈথোক্লে। রাস চক্র সেম্লে, মতম্না ডায়্ রাদবনা সন্ধ্যা মতম য়ৌরক্লে রাস দর্শনগী মীয়াম চোম্না চোম্না পৈখ্রে। ৩॥ নুমিৎনা তাগ্রবদা, থম্বাম্না উমশিনখ্রে থবোনা সাকাইরক্লে অহিংদা হয়াওবা উচেক্না হরাওনয়ে, থবানমীচাক্না আকাশদা কজরে ॥

শ্রীরাধা গোবিন্দোপরে উজ্জ্বল হইল।
মন্দির হইতে আছ চক্রেতে চ'ড়ল ॥ ৫ ॥
সংকীর্ত্তণ পালা আগে রাস আরম্ভিল।
মৃদঙ্গ করতাল শব্দরাগ উচ্চারিল ॥
গীতগাহেণ শঙ্খধ্বেবহু ধ্বণিহৈল।
রাজ বংশী কন্যাগণ গোপীনী হইল ॥ ৬ ॥
সবজন আইলেক দর্শণ কারনে।
তাহাতে বসিল সব ব্রাহ্মনাদিগণ ॥
সংকীর্ত্তণ অন্তে তাহে রাস আরম্ভিল।
বন্দুক বাজাই তাহা মৃদঙ্গের রোল ॥ ৭ ॥
শ্রীরাস মণ্ডলে গোপী রাস গীত গানে।
সেইসব গীত ক্রমে শুণহ এখনে ॥ ৮ ॥

## মাতির

কুণ্ডমিতকন্দ, কল্পতরুবনে,
মণির মন্দির মাঝ।
রাস বিলসিত, কলাউৎকণ্ঠিত,
শুমোহণ ভটরাজ ॥
গিরির কন্দর, শুন্দরশ্যামের,
চারবিরাজিত কন্ধে।
কুঞ্জরে গমণী, ধাওত রমনী,
বিগলিত নিবি বন্ধে ॥ ১ ॥
কামিনিকরত, কিশলয়াঙ্কিত,
সেবিত পদারবিন্দ।
কতকত ভকত, মধুযন্ত্রসঙ্গিত,
বাঞ্চিত দাসগোবিন্দ ॥

মতম অদুদা, পুনিমাগী থানা, চন্দোরক্লে, থাবল্লা শিনবা থংনা ওাল্লক্লে, মতম অদুদা গোবিন্দগী সন্ধ্যা আরত কৎলগ, শ্রীরাধা গোবিন্দ চতুর্দ্দোলদা লেংখৎলে। ৫ ॥ ভাগ্যচন্দ্র মশামক্তা নবছত্র দণ্ড পাইদুনা চৌগল্লে, ছত্রদণ্ড অসিনা ওগী, থাবনগুম্ম কল্লে, মনিপূর দেশ অসিগী শ্রীরাধা গোবিন্দনা নিংথৌনি ঐনা মনাই ছত্র খানবনি হাইদুনা ছত্র, চামর, থৌগল্লুনা লেংলগা রস চক্রদা লেংখৎলে। ৬ ॥ রাসগী মাংদা সঙ্কীর্ত্তন তৌরে, তোপ কাপই, পুং কর-তালগা লোইননা রাগ হৌদুনা ইশৈ তারে, তোপ কাপই মোইবুং খোংঙি। রাজ বংশগী মমুম পান্দ্রিবী কন্যানা গোপী ওইদুনা থৌগল্লকই। ৭ ॥ রাস খুরম্বগী পৈরিবা মীয়াম অওক-পনি ব্রাহ্মন বৈষ্ণব অহন খৈবিক্লা তিল্লি। সঙ্কীর্ত্তন লোইদুনা রাস হৌরে, নোংমৈ তোপ কাপই। পুংখোলনা নিল্লী, মোইবুং খোংঙি। ৮ ॥ রাস মণ্ডলদা গোপীনা কোইনা লেপ্তুনা ইশৈ শকই, অগোই সাই, নমাই পাংদবনা গীতা অদু খরদং লেংঅরি।

## মাতির

১ ॥ লৈনা মখোংদগী মতোন লোম্বা কাওবা সাংলবা কল্প তরু উপান খৈবিক্লা, মনিগী মন্দিরগুম্বা কল্লে। রাস শান্নবগী লীলা, মচা মচাবু থৌরাংজবা গোবিন্দনা, নতবর বেশ থোল্লুনা কল্পনা ডাল্লি। গোবর্দ্ধনগী লৈওাং মচু কয়ানা থোল্লবা অদুনা কল্লবা, গোবিন্দ অদুগী মকক্তা লীলী পংবং খিবিক্লা ডাল্লি। মবুংতোগী সেবা পাম্বদগী কুঞ্জ ডাঞ্জা লাকপদা থুনা মৌনিংবদগী চেনবগুম লাকদুনা, মশাগী লৈতেংমাচিংথাবু চিতোক্লবী গোপীনি। ২ ॥ কল্লবী গোপীকাগী খুৎচানদি, উনা মপুং কাল্লিবা অনোবগুম থোৎলবী গোপীকাগী অমেংবা চন্দুনা চরন্দা থৌগল্লবা, গোবিন্দ। কয়া কয়া ওইবা গোপিনা মধুরা যন্ত্রগা, শীতকা থৌগল্লবা গোবিন্দমি অদুবা গোবিন্দগী সেবাবু দাসনা পামজৈ ॥

পদ

ইত্যাদিক রাসগীত প্রত্যেক গাইল।
রাস অন্তে রাজাজ্ঞায়ে বন্দুক বাজিল॥
এইমতে রাস লীলা হৈল সমাপিল।
তবেভাগ্যবতী রাজা আর্ত্তি সমর্পিল॥ ১॥
শ্বেতনবদণ্ডছত্র গোবিন্দ উপরে।
ধবল চামরে সেবেএ চারি দিগেরে॥
মৃদঙ্গ করতাল সঙ্গে আরতি বাজিল।
সবজন প্রেম নেত্রে দর্শণ করিল॥ ২॥
গলেবস্ত্র বান্ধি রাজা প্রেমে নীরঝুরে।
মুখ বুক বাহি পড়ে নয়ণের ঝুরে॥
কান্দি কান্দি নরপতি আরতি গাইল।
সেইগীতে সবজন প্রেমে বিভুলল॥ ৩॥
বিরাজিত আরতির শ্রীরাধা গোবিন্দ।
ভকত বৎসল পতি চরনারবিন্দ॥
তৃভঙ্গ ভঙ্গিমারূপ বদন শুচান্দ।
অধর অরুণ কান্তি মনসিজ কান্দ॥ ৪॥
মকর কুণ্ডল নাচে মন মোহ ধন্দে।
কমল নয়ানে রতিরমনীর কান্দে॥
পিতাম্বর কটি পটিরমণী আনন্দে।
ভাগ্যচন্দ্র মুঢ়মতি মাগে পদ দ্বন্দ্বে॥ ৫॥
আরর্ত্তি অন্তে সবজন প্রনাম করিল।
অষ্টাঙ্গ যোগেতে রাজা দন্ডবত কৈল॥
পূর্ব্বারংস্ত জুরে প্রার্থনা করিলে।
হৃদি ধক ধকি রাজা প্রেম নেত্রে বলে॥৬॥
জয় জয় শ্রীরাধা গোবিন্দ হেদেব।
দীণহীন ভাগ্যচন্দ্র নৃপাধম সেব॥
ময়ি কৃপনে কৃপয়ে হেকৃপা ময়।
নিজ দাসী গননে মামপি গণয়॥ ৭॥

পদ

১॥ অসিনাচিংব রাসগী ইশৈ কয়া শকই ননাই পাংদবনা, লোইনা লেংজবা ভুমজক্রে দোষ লৌবিবা য়াদে। রাস লোইরকপদ নিংথৌনা য়াথং পিদুনা, তোপ নোংমৈ কাপই। অমুম্মা রাস লোইরে, নিংথৌনা বর্ত্তি ১০৮ চমতুনা মকোক চিংলিবী ভাগ্যবতীদা পিরে। ২॥ ভাগ্যবতীনা আরতি কৎলে, শ্রীরাধা গোবিন্দগী থক্তা নবছত্রদণ্ড খাল্লে, মাইগৈ ৪ দা চামর খৌগল্লে; পুং করতালগা লোইননা আরতি কৎল্লি, মীয়াম অপুম্বা দর্শন তৌজে। ৩॥ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা ওক্তা কী য়েৎতুনা, মিৎলুদগী তারকপা পিনা চকচাং পুমচোৎ চোৎতুনা আরতি সকই, অদু তাবদা মীয়াম অপুম্বা প্রেম্মা ভাওনৈ। ৪॥ ভাগ্যচন্দ্রনা শকপা আরতি লেংজরি মপুং কানা ভাল্লবা, শ্রীরাধা গোবিন্দদা ননাইনা আরতি কৎচরি। মনাইনা থুত্তম চল্লবা মখুংঙোনি, চয়রা শাংকাইবা থম্বালবু ভুমজবনি শ্রীমুর্ত্তিনা মথেক অহুম্মা লৈতেংবা বদম্না অনিনবা খাবু ভুমজবা চিনবান তওাংবগী মণ্ডাল্লা পুক্লিংবু হুনবা অমম্বং কানবা লাংনি। ৫॥ কুণ্ডোর নাম্বিন ২ না খর খর লেংবদা পুক্লিংবু ভুমহৎপা। থম্বাল মানবা নেত্রগী মীৎচিনা রমনী পুমমকী কানবা লাং ওইরি। অচেংবা খ্বাংদা সনা কিগে থোনবনা রমনিগী পুক্লিংবু হয়াওহল্লি। অপংবা ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীপাদবু নিজরি। ৬॥ আরতি অসি শকতুনা আরতি কৎপা লোইরবদা মীয়াম পুমমক দণ্ডবত কৎতুনা খুরুম্নি অমুগী তুংদা ভাগ্যচন্দ্র খুৎ লোমতুনা প্রার্থনা কৎলকই। প্রেম্মা

শ্রীরাধা গোবিন্দ চিরদিনে সেবাদেয় ।
নিতি নিতি দুহু সেবা বিগ্নিনা কৃপায় ॥
জন্মে জন্মে আরাধণ তোমাদুহা পাদ ।
ইহজন্মে সেবাপাই তোমা দুহা পাদ ॥৮॥
ইবলিয়া ভাগ্যচন্দ্র বাহু তুলি নাচি ।
আর ভাগ্যবতী পুত্রী প্রেম ধারা নাচি ॥
জয়রে জয়রে শ্রীরাধা শ্রীগোবিন্দ জয় ।
তুয়া চরণ সেবিব দাসী মোর দেয় ॥ ৯ ॥
ইবলিয়া ভাগ্যবতী নয়ানে প্রেম বারী ।
রাধা কৃষ্ণ পাদ স্পর্পি নিজমন করি ॥
প্রনাম করিয়া রাজা হস্ত জুরবলে ।
আত্মা সমর্পণ করি কান্দ কান্দ বলে ॥১০॥
প্রাণনাথ গোবিন্দগুনের সাগরে ।
অধম পতিত জানদয়া কার মোরে ॥
ম:ণপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ ।
তোমাদুহা শ্রীচরনে নিবেদয়ে মন্দ ॥১১॥
আজি হৈতে মাণপুরে দুহেসমর্পিবে ।
শ্রীগোাবন্দ রাজা রাসেশ্বরী রাণী হবে ॥
ছত্রদণ্ডসিংহাসনে আাম সমর্পিবে ।
মোর বংশে যত রাজা ছত্র নাধরিবে ॥১২॥
দুহার দাসেরদাস অনুদাস জনে ।
অধম পাপিষ্ট আমা করিবে গননে ॥
আত্মা পুত্রধণ দারা প্রজা সমার্পল ।
সিংহাসন সেবী আধি রহিাচর কাল ॥১৩॥
এতবলি ভাগ্যচন্দ্র দণ্ডবত কৈল ।
সবপ্রজা শ্রীগোবিন্দে দণ্ডবত কৈল ॥
রাস চক্রে শ্রীগোবিন্দ মন্দিরেতে গেল ।
হরি বান্দি প্রজাগণ ঘরে ঘরে গেল ॥১৪॥

ফুনখিবনা াহক্লা হিক্লা কপচৈ। ৭ ॥ হয়া হয়া খুরমজরি হে রাধা গোবিন্দ ননাই তোম্রবনা সেবা কংজরে। প্রেমদা লিক্লবা ননাইবু কৃপা পিবিদুনা ননাইগী মরক্তা ননাইবু পুশিনবীয়্‌। ৮ ॥ হে রাধে, হে গোবিন্দ মতম সেবা কংজগে হৈরখাই াখনগাইববু ওাকপিয়্‌। মপোক কয়াদা নিংজরকপনা হন্দকী মপোক্তা সেবা কুইনা কংজরে। ৯ ॥ প্রার্থনা আস কৎতুনা পাম্বোম রাংন. থাঙৎতুনা জগোই শাই। মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতী জগোই শাদুনা প্রার্থনা কৎলকই। জয় ওইরে জয় ওইরে শ্রীরাধা গোবিন্দনা জয় ওইরে ননাই দাশীনীবু সেবা কংবা পিনবিয়্‌। ১০ ॥ প্রার্থনা আস কৎতুনা ভাগ্যবতী পেমগী ইরাগা লোইননা আত্মা কৎলি। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ মবুংতো দণ্ডবোৎ কৎলগা খুৎলোয়দুনা কপ্পা কপ্পা অত্মা কৎলকই। ১১ ॥ হে প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দ ননাই অতোনবান খংবিদুনা থৌজানবীয়্‌। হে মনিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোাবন্দ ননাইনা অরেপ্পা ভক্ত কৎচরি। ১২ ॥ ঙসিদগী মনিপুর দেশ আসি কৎলবনি ইবুংঙোনা নিংথৌ ওইহাবরগদবনি, ইবেম্মনা মহারানী ওইবির গদবনি ববছত্রদণ্ড কংচরবনি পোকপদগী নিংজরকপা আসা ঙাস থংজরে। তুংদা পালবা নিংথৌনা ছত্র খারোইদবনি। ১৩ ॥ ইবুংতো ইবেম্মগী ননাইগী নমাই ওয়জদুনা থৌপক্ষপম্ভি ননাই মরক্তা ত্তিনহনবীয়। ঐতোম্বগী হৌদুনা মমনী পুত্র মনিপুরগী প্রজা মন্ত্রি লোইনবা কথাবনি ইবুংতোগী সিংহাসন সেবা তৌজদুনা পুনসি লেপ্পগে। ১৪ ॥ অসি হাইরগা দণ্ডবত

এইত কহিল কুঞ্জ রাসের বিচার।
এইমতে মণিপুরে সেবার প্রচার॥
শ্রীরাধা বিনোদ বন্দে বাঞ্ছা কল্পতরু।
তোমাহহ কৃপা মৃতে মোরমনে স্ফুরু॥১৫॥
আমি জাড্য মতি কবিতার বুদ্ধি হীণ।
তোমাহহ কৃপা হেতু কবিতা করুণ॥
শ্রীগুরুপাদপদ্ম করিয়া বন্দন।
শিক্ষাগুরু কেহ করি চরণ বন্দণ॥১৬॥
আদিগুরু পিতৃ মাতৃ করিয়া বন্দন।
দিক্ষা শিক্ষা পিতৃ মাতৃ একই সমান॥
এইহেতু সর্ব্বগুরু চরণ বন্দন।
সর্ব্ব গুরু কৃপা হৈতে বাঞ্ছা সিদ্ধিমণ॥১৭॥
বন্দে নিত্যানন্দ প্রভু স্বয়ং অবিভূ‍ৰ্ত।
বাঞ্ছা সিদ্ধিরূপি আমি করয়ে প্রণত॥
তোমা কৃপাহৈতে আমিপদবন্ধ রচি।
তোমার করুনা মাত্র মোর মনে রুচি॥১৮॥
পিতাম্বর সিংহ নাম সজ্জন সঙ্গতি।
তাহার সঙ্গম হৈতে মোর বুদ্ধি গতি॥
শিক্ষাগুরু পাদ পদ্ম ভজন সম্মতি।
ভাগ্যচন্দ্র চরিত দীপ গুনেন্দ্র রচিত॥১৯॥

ইতি— শ্রীমদ্রাজোত্তম ভাগ্যচন্দ্র চরিতগ্রন্থে মণিপুরে কুঞ্জরাসাদি রোপনং নাম ত্রয়োদশ সীমা॥— ॥১৩॥

চতুর্দশারম্ভ ১৪॥

জয় জয় শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ জয়।
করুনাবতার বহু সদয় হৃদয়॥
নাম চিন্তা মনিদিয়া জগত করিধন্য।
ইহেণ দয়ালু দুহু জগতে নাহি অন্য॥১॥

তাঙুনা, পুম্নমক কৎলে। প্রজা মন্ত্রি পুম্নমকম্নুং দণ্ডবত কৎলগা আত্মা কৎনখি। অতুগী তুংদা রাস চক্রেদগী রাধা গোবিন্দ মন্দিরদা লেংশিল্লে। মীয়াম পুম্নমক ভক্তি কৎলগা হন্নখ্রে॥ ১৫॥ ননাই পাংদবনা কুঞ্জরাসগী প্রসঙ্গ লেংজবা অসি লোইরে। অস্নুম্না মনিপুরদা গোবিন্দ সেবা কংজখি। শ্রীরাধা বিনোদ প্রভু নিংবা পুম্নমক পিনরবা, ইবুংঙোগী কৃপানা লেংজবা ওমজবনি। ১৬॥ ননাইদ য়াম্না পাংদবদনি, কবিতা শক্তি ওমজবা নত্তে, কৃপাতনা লেংজবনি শ্রীগুরুগী পাদদা খুরমজৈ, শিক্ষা গুরুগী চরনবু হন্না খুরমজৈ। ১৭॥ আদি গুরু ইমা ইপাগী চরন্দা খুরমজৈ, সিক্ষা দিক্ষা পিতৃ মাতৃ ৪ অসিদি অমত্তনি। অদুনা গুরু পুম্নমকগীচরন্দা খুরমজৈ গুরু খৈবিক্কী কৃপানা নিংবা খুংজগে। ১৮॥ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু স্বয়ং ভগবান্নি। পুম্নমক্না নিংঙু থুংহনলবা ইবুংঙোগী চরন্দা খুরমজৈ, কৃপানা লেংজবনি, মতুংগী কৃপা পিনববু নিজবি। ১৯॥ পিতাম্বরশিং কোবা সাধুগা তিন্নজবদগী ঐগী বুদ্ধি গতি ওইজরুনা। শিক্ষা গুরুগী পাদ পদ্মবু কোঞ্জরুনা ভাগ্যচন্দ্র চরিত্রবু ননাই গুনেন্দ্রনা লেংজৈ॥

মতাং আসিদা ১৩ শুবা অধ্যায় লোইরে॥

পাংজবা তোজবা ননাই মশিসিং মশিসিং অনিনা মৈতৈ লোন্দা হন্দোকচৈ, অয়ানব পুম্নমক্ ঙাকপিয়ু দি।

১৪ শুবা অধ্যায় হৌরে।

১॥ শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী নিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুরমজৈ। খৌজানবিহবগীহমক কলিদা

ব্রজের নিগুঢ় রাস কলিতে প্রচার।
প্রেম রতন কলহি পরম মধুর ॥
অযাচিত বিতরহি কাহুনা উপেক্ষি।
এমন হৃদয়দ্বয় কভু নাহি লক্ষি ॥ ২ ॥
বাহু তুলি হরি বলি উচ্চরায় বলে।
লও লও হরি নাম দিব বিনা মুলে ॥
এইমতে দুই ভাই প্রেম নামদান।
দুহার করুনা পাত্র আশা করেদীন ॥ ৩ ॥
মোহেন মুখের বাক্যগুণ শ্রোতাগণ।
সভে অনুগ্রহ করদেখি অভাজন ॥
ভাল মন্দ নাহি জানি নাহি কোণ জ্ঞান।
যে কিছু করয়ে সাধু আজ্ঞাবলবান ॥ ৪ ॥
ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র এগ্রন্থ মনোহর।
কর্ণ পরি শোভন আস্বাদ নিরন্তর ॥

চতুর্দ্দশ সীমার কথা করিয়ে বর্ণণ।
শ্রীরাম গোপাল কথা করয়ে রচণ ॥ ৫ ॥
পুর্ব্বে পীতাম্বর কালে নিমানন্দী ধর্ম্ম।
বনমালী কৃষ্ণাচার্য্য দিলা হেনধর্ম্ম ॥
সেই কালে সেই বিপ্র আইলা মণিপুরে।
উপাধি চটোপাধ্যায় শ্বেত গঙ্গাতীরে ॥ ৬ ॥
তুলসী চৌরাঘাট গ্রাম জগন্নাথ দেব।
দক্ষিণ শ্রেনীর বিপ্র গোত্র যেকশ্যপ ॥
যজুর্ব্বেদ ত্রিপর্ব্বর ঋষি ত্রয় হয়।
কশ্যপ ভার্গবনয় এই তিন হয় ॥ ৭ ॥
হেন বিপ্রগুরু হয়নিমাওত ধর্ম্ম।
সেই কালে মাণপুর করে হেন ধর্ম্ম ॥
নিমানন্দী সম্প্রদায় ধাম দ্বারিকাতে।
চতুরাক্ষ গোপাল মন্ত্র উপাসিত ॥ ৮ ॥

পোকাপাররবা খোঙ্গ'রবগী হৃদ ওইবা, কৃষ্ণনাম চিন্তামনি পিহুন কল জীবদু মঙ্গল পি, ইবুংঙো ২ গা মাহনা খোঙ্গান হৈবা কনা লৈগদগে। ২ ॥ ব্রজগী থুপগ্রবা রসবু কলনা সঙ্গোকপি। প্রেম ভক্তিরসগী অথুম্বা মহৈবু লৌগরো লাও হাইহুনা হাজহুনা পি, অসগুম্ব খোঙ্গান হৈববু কনা লৈগদগে। ৩ ॥ পাম্বোম রাংনা থাজংতুনা হরি হরি শোল্লগা খোঙ্গেন রাংনা লাওরকই লাকও লাকও জীবসা, কৃষ্ণগী নাম প্রেম লৌজহো মমন য়াওদনা পিগনি। অসুম তৌদনা প্রেমনাম পিনৈ অহুগুম্বা গৌর নিত্যাইগী খোঙ্গান নিজার। ৪ ॥ ননাই অপাবনা লেংজবা ভাবিয়ু থাইনা খোঙ্গানখিয়ু অক কত থংজদবা মনাইনি। বৈষ্ণব সাধুশিংগী অজ্ঞা কৃপানা লেংজবনি। ৫ ॥ ভাগ্যচন্দ্র চরিত অসিদ য়াম্না পুক্কিং হুবনি। সাধুগী চরিতপু সাধুনা সেংনা লৌবিয়ু। তরামরি শুবা অধ্যায় অসিদ শ্রীরাম গোপাল বৈরাগ্য প্রসঙ্গ লেং-জগে। ৬ ॥ নিংথৌ মথং মথং পাম্লকপনা ( পীতাম্বর ) চরাইরোংবা হাক্তা, নিমানন্দী ধর্ম্ম চৎলি অশুম্বা ধর্ম্ম অসিদ বনমালী কৃষ্ণ চার্য্যনা পিবনি। অহুগা ব্রাহ্মন অসিদি চরাইরোংবা হাক্তা মানপূরদা লাকপনি উপাধিনা চটোপ ধ্যায়নি। মানা লৈরম্বনা শ্বেতগঙ্গা মপান্দাগীনি। ৭ ॥ গ্রামা তুলসি চৌরা ঘাট কোই। কুল দেবতানা জগনাথ লাংলি, দক্ষিন শ্রেনীনী, কশ্যপ গোত্রনি বেদনা যজু চলি। ত্রিবর্বনা ঋষিএম্বনি কশ্যপ, ভার্গব, নয়ঃ ৩ সিনি। ৮ ॥ অসুম্বা বনমালি কৃষ্ণা চার্য্য অসিনা, গুরু ওইহনা নিমানন্দী ধর্ম্ম তম্বীহনা চৎলি। অহুগা

পুরাতণ গুরু হেতু জাতি নাম হৈলা।
পীতাম্বরসিংহ কালে আছি হেন রৈল ॥
পংগেরিবংশী কালে রামানন্দী ধর্ম্ম।
শ্রীহট্ট হইতে এলশান্ত দাস নাম ॥ ৯ ॥
সেইত গোষঞি দিল রামা নন্দী ধর্ম্ম।
প্রজাসহ নৃপমণিচলে হেন ধর্ম্ম ॥
গুরু থাঞি নৃপমণি যাচিল হিন্দু ধর্ম্ম।
গুরুকহে কোং জাতি কোন রীত ধর্ম্ম ॥১০॥
এতশুনি নরপতি কৈল নিবেদন।
পুর্ব্বের বৃতান্ত মোরশুণ মহাজন ॥
স্বর্য্য বীর্য্য জনমিলা যবিষ্ট নৃপতি।
মণিপুরে বৈশ আমি তাহারসন্ততি ॥১১॥
স্বর্পকনা প্রায় শৃঙ্গ শিরের ভুষণ।
নবগুতা তিনগুণ তাহার বন্ধন ॥
একযুড়ে তিন গ্রন্থি বান্ধে ক্রম করি।
অতন্নিশি ন ছাড়য়ে সুত্রশিরে ধারি ॥১২॥
ওঁকার হুকার দুই জপয়ে সতত।
চতুর্ভুজ মুর্ত্তিদেব পুজে অবিরত ॥
অত পরে কথাগুনি কহিল মহন্ত।
তুমিশুদ্ধ বংশোদ্ভব গুণ মতি মন্ত ॥১৩॥
সংস্কার করহ পুণিমোর বাক্য ধার।
উত্তম হিন্দুর ধর্ম্ম করহ আচরি ॥
এত কথা কহে গুরুরাজ্য শস্ত্রলয়া।
ব্রহ্ম পুত্র তীর্থ তীরে উত্তরিল যায়া ॥১৪॥
যথাবিধি বিপ্রগণ কৈল প্রায়শ্চিত।
যজ্ঞ আরম্ভিল তথা বিপ্র সমুদিত ॥
শিরো হৈতেযজ্ঞ সুত্র কান্ধেতে ধরিল।
শান্ডিল মুনির গোত্র নৃপতিরে দিল ॥১৫॥

নিমানন্দী সম্প্রদায় হাইবা অসিদা থাম মকমদি, দ্বারকাদান, মন্ত্রনা মমেক ৪ না ওইবা গোপাল মন্ত্র শোম্নুনা উপা সনা তৌই। ৯ ॥ মীগী দেশ অতৈদদি ব্রাহ্মনগী য়ুম্মাক সাগে লৈতে, চৎনদে ত্রিপর্ব্বিগা গোত্রগা হৎনরগা চৎনৈ। মনিপুর ঐখোইগীদি য়ুম্মাক সাগে চৎনবনিনা য়ুম্মাক অমা খোন্দবা য়াদহুনা, য়ুম্মাক খোনবদা নিংথৌগী গুরু অরিবান হাইহুনা গুরু অরিবম কৌখি। চরাইরোংবা নিংথৌ হাকক্তা অসুম্বা ধর্ম্ম চৎলি। অহুদগী মচা ইবুংঙো গরিবনিরাজনা পাল্লবদা অমুক রামান্দি চৎলরে। গুরুনা শান্তদাসান। ১০ ॥ শান্তদাস লাকপগী প্রসঙ্গ রারাদ প্রথম খণ্ড বিজয় পঞ্চালিদা লেংথ্রে অহুনা অসিদা লেংলবদ অমুক হাপ্পনবা ডাই হাইহুনা লেংজত্রে। অহুগা ধর্ম্ম পিবা প্রজানা চৎপাদ থরদং লেংজারি। সান্তদাসনা মনিপুরদা লৈরবদা নিংথৌনা হিন্দু ধর্ম্ম পিয়ু নিরে শান্তদাসনা কারি জাতীনো ধর্ম্মনা কারি চৎলি হংখি। ১১ ॥ নিংথৌনা খুম্ম হে গোশাঞি মাংগী রারি চক্তকে কুমিৎকী বীর্য্যদগী পোকপা যবিষ্ট কৌবনা নিংথৌ ওইরাম্ব অহুনা স্বর্য্য বংশানি। অহুগী থারানি। ১২ ॥ চৎলবা ধর্ম্মনা শম অসি লুমাংদা পাল্ল লিনগী মতোককুম্না। লং মচা ৯ না তিনবা অহুবু মমিং নগুন কৌই। নগুন মচা ৩ না তিল্লগা কিশি ৩ লক কিরে, মুর ১ কৌই। মুরদো ৩ না পুন্ত্রে। অহুমনদি নুগুন মচা ৯ সে সেম্নগা মাংদা পুল্লবা শম্বুল অহুদা রেৎলি। ১৩। অহিং কুংখিল খাদোকে, মা, রায়রবদি চাবা থকপা য়াদে! অহুগা, লাইশৌনদি ও হু, অম্ভুমা শোম্লি।

ষোড়শাক্ষরীমন্ত্রঝাপ ॥

শাণ্ডিল শাণ্ডিল অসিত দেবল ত্রিপ্রাবর।
ভরে ভরদ্বাজ অঙ্গিরস বার্হস্পত্য আর ॥
গোতম গৌতমে ঔতথ্য অঙ্গিরস প্রবর।
কৌশিকে ঔদানি বিশ্বাদেববড় ত্রিপ্রবর ॥১॥
কাশ্যপে কাশ্যপ অপসারনৈধ্র ত্রিপ্রবর।
মধৌমধুগল্য আত্রয় মাণ্ডব্য ত্রিপ্রবর ॥
মধুগল্যে যজুর্বেদ মধ্যন্দিন শাখা আর।
আত্রেয়ে আত্রেয়ে গৌতম অঙ্গিরস ত্রিপ্রবর ॥২॥
এইধর্ম্ম প্রজাসহ গরীবনি, মন্ত্রেমনে।
ষোড়াক্ষরী মন্ত্রঝাপগুনেন্দ্রসিংহ ভনে ॥৩ ॥

পদ

সেই কালে নিমাওত ধর্ম্ম ছাড়িগেল।
ঈশ্বরেচ্ছা রামান্দী ধর্ম্ম বৃদ্ধি হৈল ॥
তার শেষে বণিপুরে বৈষ্ণব আইল।
শ্রীরাম গোপাল নাম বৈরাগ্য আইল ॥১॥
আনন্দ প্রভু চন্দ্রিকা বৈরাগী পঞ্চ বিধ।
বৈরাগী বিরক্ত আর কালগুণ ত্রিবিধ ॥
আর কেশ ধারী নাম মরকত নাম।
নিস্কাম প্রেম ভক্তি ভজন ক্রিয়া কাম ॥২॥
এমত বৈষ্ণব জনবৈরাগী বলিল।
মনেন্দ্রিয় সদাজিত লাভ ক্ষোভ গেল ॥
প্রতিষ্ঠাদিমাণ ত্যাগ বিরক্ত কহিল।
পণ্ডিত বলিয়া সর্ব্ব আশ্চর্য্য মানিল ॥৩॥
ধরিল বৈষ্ণব বেশ কাঙ্গাল বলিলা।
কায়মন্য কৃষ্ণের কর্ম্মে ভিক্ষা আচরিলা ॥

পাম্মোম মরি পানবা ইবুংতোবু নিংঙি। অসি খুম্নি নিংথৌগী রা তাবদা শাস্ত্রদাসনা কে মহারাজ নং অসি অসেংবা বংশনি ঐ খংগে। ১৪॥ অতুনা চৎলিবা ধর্ম্ম অদুবু কংগে হাইদে, অদুগী অহেনবা হিন্দু ধর্ম্ম তানগে হাইরবদি অমুক যজ্ঞ তৌদুনা নশা শেংদোক্লগদ ধর্ম্মা লৌ হাইরে নিংথৌনা করে হাইদুনা প্রজাগা লোইননা (ব্রহ্মপুত্র) নিংথী গঙ্গা মপান্নং চৎলে। ১৫॥ নিংথী গঙ্গা মপান্দা যজ্ঞ তৌরগা, নিংথৌ ব্রাহ্মন হান্না চৎলম্বা ধর্ম্ম নিমানন্দই থাদোকতুনা রামাদি ধর্ম্ম পিরে। অদুগা কোক্তগী দুগুন লৌবদুনা লেংবান্দা থাংহল্লে, ব্রাহ্মন মচা ৯ পায়ত্রি ৩ পিরে, ক্ষোত্রনা মচা ৬ পায়ত্রি ২ পিরে গোত্র থাইদোক্লে। নিংথৌদা শাণ্ডিল গোত্র পিরে।

## ময়েক ১৬ না লেংবা মন্ত্রঝাপ।

১॥ গোত্র ৭ থাইদোক্লে। শাণ্ডিল গোত্র, ত্রিপর্ব্ব হৌরককম ব্রাহ্মন ৩। শাণ্ডিল অসিত দেবল ॥ ভরদ্বাজ গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, ভরদ্বাজ, অঙ্গিরস, বার্হস্পত্য ॥ গৌতম গোত্র। ত্রিপর্ব্ব গৌতম, ঔতথ্য, অঙ্গিরস ॥ কৌশিক গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, কৌশিক, ঔদানি, বিশ্বা দেব ॥ ২॥ কাশ্যপ গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, কশ্যপ অপসার, নৈধ্র ॥ মধুগল্য, গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, মধুগল্য আত্রেয়, মাণ্ডব্য ॥ মধুগল্য অসি যজুর্ব্বেদ চৎপা মাধ্যান্দ সখা লৈ মাগী পর্ব্ব ৫ নি ॥ আত্রেয় গোত্র। ত্রিপর্ব্ব, আত্রেয়, গেতম, অঙ্গিরস। ৩॥ শাণ্ডিল, ২ ভরদ্বাজ, ৩ গৌতম ৪ কৌশিক ৫ কাশ্যপ ৬ মধুগল্য ৭ আত্রেয়। গোত্র ৭ অসি থাইদোকতুনা, রামান্দি ধর্ম্ম চৎহল্লে, নিংথৌ প্রজা হোওবা রামহনই

সেবেশধারী বৈরাগী গোস্বামী বলিল।
গম্যা গম্য নাহি মানে স্ত্রীলোকে চঞ্চল ॥৪॥
সেইবেশ ধারীজন জন মরকত বলে।
এমতে বৈরাগী পঞ্চ গোস্বামী বলিলে॥
পাচমধ্যে এইজন বৈরাগী বৈষ্ণব।
নিস্কাম প্রেম ভক্তি ভজন ক্রিয়া ভাব ॥৫॥
শ্রীরাম গোপাল নাম পরেত প্রসিদ্ধ।
যার হেতুমণিপুর রাগ মার্গে সাধ॥
যার হেতু গৌরধর্ম্ম এদেশে প্রচার।
যার হেতু রাধাকৃষ্ণ ভজন প্রচার ॥৬॥

হেন গুরু গুনাকর্ষ গম্ভীবনী রাজ।
গুরুঠাই দীক্ষামন্ত্র লইল অব্যাজ॥
বসুরাম ঋতুচন্দ্রে বামা গতি শকে।
কার্ত্তিকের শুক্লে পক্ষেগুরু গোপালকে ॥৭॥
দীক্ষাকৈল নৃপমণি লয়া অল্পজন।
তথাপিহ গৌরধর্ম্ম নারে প্রচারণ॥
দৈব ক্রমে রামানন্দি ধর্ম্ম বৃদ্ধি হৈলে।
এইহেতু গৌরধর্ম্ম অল্প জন চলে ॥৮॥
বসু ঋতু রিপুচন্দ্র বৈশাখ শুক্লেতে।
দশমী দিবসে রাজ্য দিলেক পুত্রেতে॥

মনিপুরদা হনলক্লে। যোড় শাক্ষর মল্লাঝাপ কোবা ছন্দদা ননাই গুনেন্দ্রনা লেংঙৈ।

## পদ

১॥ মতুংদদি নিমান্দি ধর্ম্ম থাদোকপ্রে ঈশ্বরগী ঈচ্ছানা রামনন্দি ধর্ম্মনা চাওখৎলে। অচুগী তুংদা মণিপুর অসিদা, মহা বৈষ্ণব, রামা গোপাল বৈরাগ্য থুংওরে ॥২॥ আনন্দ চন্দ্রিকা কোবা লাইরিক্তা, লম্বোইবাগ মখল ৫ থাইরি। ১॥ বৈরাগ্য বিরক্ত কাঙ্গুণ, বেশধারি, মরকত, মত্তা অসিনী। মখং মখং ৫ অসিগী মওং মতৌ থাইরক্লে। বৈরাগী কোবদী, মাগি থুংওাইনবা খন্দনা, কৃষ্ণগী পেম্নবদা কৎপা, ঐঅদু কংগে হাইহনা মহৈ নিদবা, কৃষ্ণদা আত্মা কৎলিবা ৩ ॥ কনাগি রাখল থাপ্রবা, কৃষ্ণগী রাখন্দা থাল্লবদো, বৈরাগ্য কৌই॥ বিরক্ত কৌবদি। ইন্দ্রি ১১ বু লাকশিনবা ঙম্বা, অহাওবা, চাওতবা, অপাম্বা, পামদবা লৈত্রমা, মথিং চৎপা, মীনা থাগৎ পা পামত্রবা অদুবু বিরক্ত কৌই। কাঙ্গুন কৌবদি হৈবসিংবা ঐনা মলোইরে, পুমমকৗগুরুনী। ৪॥ ঐগুম্বা কনা য়াওই হাইদুনা নাপন তৌবা কিজেংতি লম্বোইবগী কিজেং সেংপা অদুবু কাঙ্গুন কৌই মরকত কৌবদি। লম্বোইবগী কিসেংতি সেংপা ভিক্ষাহুং চৎপা লম্বোইবগী কিজেংনিনা, মাবু লম্বোইদে হাইবদি য়াদে অদুগা সাজংতি থুপী অঙাংদা বেভার নাইদনা চৎপা কৃষ্ণদা কৎপগী রাখন্দী লৈতবা। ৫॥ অদুম্বা লম্বোইবদো মরকত, বেসধারি কৌই। মৈতৈ ঐখোইনা য়োং লম্বোইবসু কৌনৈ। মখল ৫ অসিদগী রাম গোপাল বৈরাগী অসে অসেংবা কৃষ্ণ ভক্তি চৎপা বৈরাগ্যনি। ৬॥ বৈরাগ্য গুন মমৈদা ভাল্লগনি, মাগী মপাল্লা রাগা থুগা ভক্তি চৎলগদৌরি, মাগী মপান্দগী গৌর ধর্ম্ম চৎতুনা রাধা গোবিন্দগী সেবা রাগা থুগ সেবা ভক্তি কংনগদৌরি। ৭॥ তাবিয়ু শ্রুত থিবক রাম গোপাল বৈরাগ্যবা মনিপুরদা লাকতুনা লৈরমে, মামা চৎপা রাধা গোবিন্দগী সেবা ভক্তি উবদা গম্ভিবনিরাজ নিংথৌ নোনা

সেই হৈতে জিত স্বাহা রাজ্য শাসি কৈল।
গরিবণীরাজ রাম নগরেতে রৈল ॥৯॥
পরেত গৌড়িয়া ধর্ম্ম মনে রাগ হৈল।
গরিবনীরাজ তাবে আদেশ করিল ॥
গৌরধর্ম্মচল প্রজা এমতে কহিল।
তথাপিহ দৈবক্রমেচলন নাকৈল ॥১০॥
রাজামৃতে জিতস্বাহা নৃপতি হইল।
তারপরে ভরথ স্বাহা রাজ্য শাস কৈল ॥
ভরতের রাজা কালে শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র।
বাল্য কালে তথাপিহ হরি ভক্তি সান্দ্র ॥১১॥
তারঠাই ভাগ্যচন্দ্র মনেতে আশ্রয়।
সেই কালে শ্রীরাম গোপালমহাশয় ॥
একদিন গুরুঠাই ভক্তি পুরস্কারে।
চারিসম্প্রদায় কথা পুছে বারে বারে ॥১২॥
হেগুরু চারিসম্প্রদা কোনমতে হয়।
এইকথাশুনি বারে মোর মনে হয় ॥
তাহাশুণি শ্রীরাম গোপাল সানন্দিতে।
ভাগ্যচন্দ্রে কহে তত্ত্ব হয়া সাবহিতে ॥১৩॥
শুণ রাজা পুত্র কথা পুরানের মত।
শ্রীপদ্ম পুরাণ গ্রন্থে কহিল বেকত ॥
কলিতে হইলে চারি সম্প্রদায় স্থিতি।
সম্প্রদা বিহীনমন্ত্রে নাহি হয় গতি ॥১৪॥
বিনাসম্প্রদাদিগুরুর উপাদেশব্যর্থ।
ভক্তি কথাদ্বারে থাকু যেহয় অনর্থ ॥

দিক্ষা তৌহুনা হরিনাম মন্ত্ররাজ লোরে শকাব্দ ১৬৩৮গী মেরা থাগী ১০ নি পানবদা বিজয়া দশমীদ রাম গোপাল বৈরাগ্যদ। ৮॥ প্রজা খরগা লেইননা দিক্ষা তৌই। অদুমনদি ওইবগা গৌর ধর্ম্ম অসি মপুং কানা চংতে লাইগী নোংদম্বা রামানন্দি চংপনা হেল্লি গৌর ধর্ম্মদি, খরদ ওই। ৯॥ শকাব্দ ১৬৬৮ গী সজিবু থাগী ১০ নি পানবদা গরিবনিরাজনা মহাদা নিংথৌ পিরে! জিৎসাই স্নাহন্না নিংথৌ ওইরে। গরিবনিরাজ নিংথৌ, (রামনগর) কোম্বা শ্রীবোণ কোম্বুংদা লেংথহুনা লৈরে। ১০॥ অহন ওইরকলবদা গৌর ধর্ম্ম শ্রীরাধা গোবিন্দ সেবা ভক্তি পামহুনা প্রজাদা লাওথোকই অমসুং তাকপি, গৌরধর্ম্ম চংলু হাইহুনা অদুদা নিংথৌ ওইব্রবা ওইবগা লাইগী নোংদম য়াওদবগা মপুং কানা চহনবা উমদে। ১১॥ জিৎসাইনা জিৎসাইনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লে। অদুগী তুংদা ভরথসাইনা নিংথৌ ওইরে। মাংগী রাজি অসি মথক্তা লেংগ্রে অদুনা অসুম লোইজরগে। ভারথ সাইনা পানবা কান্দা ভাগ্যচন্দ্র অঙাং ওইরি অদুমদি ওইরগ কৃষ্ণভক্তি পামহুনা হরি ভক্তি খি সাধুসঙ্গ তৌই। ১১॥ কানাদা গুরু ওইসিগে খীবদা খনবদা রাম গোপাল বৈরাগ্য দা। গুরু ওইগে লেপ্লে। অথেপ্পা অদুগা লোইনহুনা নোংমদি গুরুগী নাক্তা চংতুনা সম্প্রদাই ৪ গী রা হংজি। ১৩॥ তাবিয়ু গুরুদেবাবু, সম্প্রদাই ৪ অসি কদাইনা কবগে অমসুং করম করম ওইখিবনো। মাসী তাজনিংবা ওন্থোক্না কুইরে কৃপা তৌবিহুনা তাকপিয়ু অদু তাবদা রাম গোপাল গুরুনা ভাগ্যচন্দ্র য়েংহুনা রায়া মুংশিনা তৌহুনা তাক্লকই। ১৪॥ কে ভাগ্যচন্দ্র মুংশিদা নংনা অঙাং ওইনা কৃষ্ণ ভক্তি হংবা তাবদা রায়া মুংঙাই। তারো ইবুংঙো পদ্ম পুরান্দা য়াওবা অদু

ভক্তি অধিকারী এসম্প্রদা চতুষ্টয়।
সংক্ষেপে কহিয়ে সম্প্রদদাখ্যা যৈছেহয় ॥১৫॥
শ্রীব্রহ্মরুদ্র সনক সম্প্রদায় চারি।
কলিতে বিদিত কহেপুরাণে বিস্তরি ॥।
শ্রীনাম সম্প্রদা কথাশুণ পরম্পর।
শ্রীনরায়নের প্রিয়া শিষ্যাপুণ তার ॥১৬॥
শ্রীশব্দেতে লক্ষ্মী তার শাখা উপ শাখা।
হইল অনেক তাহা কেকরিবে লেখা ॥
সেইগনে রামানুজ আচার্য্য হইল।
তাহাহৈতে রামানুজ সম্প্রদা চলিল ॥১৭॥
যৈছেরামানুজা চার্য্যগনের মধ্যেতে।
রামানন্দা চার্য্য হৈল পূজ্য সর্ব্ব মতে ॥
তারশিষ্য প্রশিষ্যাদ অনেক তাহার।
রামানন্দি খ্যাতি হইলেণ সম্প্রদায় ॥১৮॥
ওহেরাজ পুত্র ব্রহ্ম সম্প্রদা বিষয়।
প্রত্যেককহিতে আগে শুণহয়ে হয় ॥
শ্রীনরায়নেরশিষ্য ব্রহ্মা দয়াবাণ।
জগত ব্যাপিল শিষ্য প্রশিষ্যাদিতাণ ॥১৯॥
সেইগণ মধ্যেতে শ্রীমধ্বা শিষ্য হৈলা।
প্রথমেই ব্রহ্ম সুত্র ভাষ্যতেহো কৈলা ॥
এইহেতুমধ্বা চায্য নাম হৈল তার।
সেই হৈতে মধ্বা চার্য্য সম্প্রদা প্রচার ॥২০॥
শ্রীনরায়নে শিষ্য রুদ্র কৃপাময়।
তারসিষ্য প্রশিষ্যের অন্ত নাহিহয় ॥
বিষ্ণু স্বামী শিষ্য হইলেণ সেইগনে।
ভক্তিরসে মত হৈলানিজ শিষ্যসনে ॥ ২১ ॥
পরম প্রভাব বিদ্যা সকল শাস্ত্রেতে।
বিষ্ণু স্বামী সম্প্রদাখ্যা হৈল তাহাহৈতে ॥

হাইগে কান্নদা সম্প্রদাই ৪ নি। সম্প্রদাই তিনুবদি মঙ্গনা পাঙল ওইবা ভমদে। ১৫ ॥ সম্প্রদাই ওকুগী অমুগা মতুং ইন্দ্রবদি অরেম্বানি চুম্ন লেম্বা নত্তে মপোক অদো অরেম্বান কান্নদবনি। অহুনা মীওইবগী লায়বা সম্প্রদাই ৪ লৈ ৪ অসি সুপুরু হাইগে। ১৬ ॥ শ্রী, কৌবা ব্রহ্ম কৌবা রুদ্র কৌবা সনক কৌবা ৪ সে কলিদা কাওরবা সম্প্রদাইনী পদ্ম পুরান্দা পাক্লা লেংঙি। শ্রী, ব্রহ্ম, রুদ্র, সনক। কৌবা সম্প্রদা ৪ অসি অমম্মম হাইরক্নে তারো শ্রী সম্প্রদা হাইবসি শ্রীনরানগী প্রিয়া চাম্নবী চননগী সেবা তৌরিণী লক্ষ্মীবু হায়বনি। ১৭ ॥ শ্রী হায়বা সব্দবু লক্ষ্মীবু হায়বনি, লক্ষ্মীগী মনাই কয়ানি। লক্ষ্মী নরান সেবা তৌবা শ্রী সম্প্রদা মথং মথং তারকপদগী রামানুজ কৌবা মনাই অমা কাওরে অহুগী মমিং কৌহুনা রামানুজ সম্প্রাদা কৌরে। ১৮ ॥ অহুদগী রামানুজদগী পোরম্নান মচা মনাই মথং মথং লাকপদগী রামানন্দা কৌবা অমা অমুক কাপরে অহুগী পরারান মচা মনাই মথং মথং য়াম্না তাম্নক্লে অহুদা রামানন্দি সম্প্রদা হাইনা অমুক কৌখি মাগী সেবা ভক্তিদি লক্ষ্মী নরান লাৎপনি। ১৯ ॥ হে ভাগ্যচন্দ্র মথংদা ব্রহ্ম সম্প্রদাগী রা হাইরগে। তপ্পা তারো। শ্রী নরানগী শিষ্য, ব্রহ্মানি ব্রহ্মাগী শিষ্য মথং মথং কয়া লাক্লে শিষ্য প্রশিষ্য ময়াম অদো জগৎ থুংল্লে। ২০ ॥ অহুগী মরক্তগী মাধ্বা চার্য্য কৌবা অমা কাওরে, মানা ব্রহ্ম সুত্রসি ( ভাষ্যদা ) মযোক্লা লেংখোকহুনা, অরুবদু লাইনা খংহনখি অহুবা মধ্বা চার্য্যগী মিং কৌহুনা মাধ্বা চার্য্য সম্প্রদা কৌখি। রাধা গোবিন্দ নিংবনি। ২১ ॥ হে ভাগ্যচন্দ্র মথংদা রুদ্র সম্প্রদা হাইগে

সনকসম্প্রদা ঐছে করিল প্রকাশ।
নারায়ন হৈতে হংস বিগ্রহবিলাস ॥২২॥
তার শিষ্য প্রশিষ্যের লেখানাহিক্রয়।
সেইগণ মধ্যে নিম্বাদিত্য শিষ্যহৈয় ॥
তাহাহৈতে নিম্বাদিত্য সম্প্রদাচলিল।
চিরদিন নিম্বাদিত্য ধর্ম্ম চলিগেল ॥২৩॥
নিমওত প্রভাব পরম চমৎকার।
তারশিষ্য প্রশিষেতে কাপিল সংশার ॥
প্রভুধন্য কৈল মাধ্বী সম্প্রদা করিতে।
প্রভুর গুর্ব্বাদিনাম কহি পুর্ব্বহৈতে ॥২৪॥
সর্ব্বাদিক পরব্যোম নাথ নারায়ণ।
তারশিষ্য ব্রহ্মা ব্রহ্ম লোকের ভুষণ ॥
তার শিষ্য শ্রীনারদ মুণি প্রেমময়।
শ্রীশুকেরগুরু ব্যাস তারষিষ্য হয় ॥২৫॥
হইলা ব্যাসের শিষ্য শ্রীমধ্বাউদার।
নিজনামে ভাষ্য কৈল মহিমা অপার ॥
সেইহৈতে মাধ্বা চার্য্য সম্প্রদা চলিল।
শ্রীমৎপদ্মনাভাচার্য্য তার শিষ্য হৈল ॥২৬॥
তারশিষ নরহরি শ্রীমাধব তার।
শ্রীঅক্ষোভ আরশিষ্য সর্ব্ব প্রচার ॥
জয়তীর্থ তার শিষ্য তার জ্ঞান সিন্ধু।
তার শিষ্য দয়ানাধ দিনহিন বন্ধু ॥২৭॥
তার বিদ্যানিধি তার রাজেন্দ্রবিদিত।
জয় ধর্ম্ম মুণিতার অদ্ভুত চরিত্র ॥
ইহার গনেতে বিষ্ণু পুরী শিষ্য হৈল।
ভক্তিরত্নাবলী গ্রন্থ প্রকাশ করিল ॥২৮॥
বিষ্ণু পুরী মুনির শিষের শুদ্ধ রীত।
নাম শ্রীপুরুষ ওম ব্রহ্মন্য বিদিত ॥

তারো। শ্রী নরানগী শিষ্য মহাদেবনি অতুগা মহাদেবগী শিষ্য প্রশিষ্য মথং মথং কয়া তারক্রে। অহুম তারকপা অহুনগী বিষ্ণু স্বামী কোব অমা কাওরে মাগী ভক্তি কজবা অতুনা পোররান রামগ্রে। ২২॥ সাজং কজবনে বিষ্ণা হৈবনে অতুনা বিষ্ণু স্বামী হাইনা কৌগ্রে। অতুগা উপা শনাদি শিব শাক্তনি মহাদেবা নিংবনি। হে ভাগ্যচন্দ্র মথংদা সনক সম্প্রদা হাইগে তারো। শ্রী নরানবু হংসবিগ্রহ ওইনঃ নিংবা। ২৩॥ ব্রহ্ম জ্ঞানা নিংবা মনাই সনকগী শিষ্য কয়ানি মথং মথং শিষ্য প্রশিষা কয়া অতুগী মরকগী নিম্বাদিত্য কৌবা মনাই অমা কাওরে অতুগী মমিং লৌহুনা নিমানন্দ সম্প্রদাই কৌথি। ২৪॥ নিমানন্দ সম্প্রদাইগী মচৎতি অওকপনি। মথং মথং সংসার শিনবা থুংনা লৈথি ভজন ভক্তিদি ব্রহ্ম জ্ঞানী ব্রহ্ম নিংবনি। হে ভাগ্যচন্দ্র সম্প্রদাই ৪ সিগী মনুংদগী ঐনা শেবা চৎচরিবা অসিদি মাধ্বা চার্য্য সম্প্রদাবি রাধা গোবিন্দদা ভক্তি তাজবনি। মাসিগী দেব প্রনালিকা হায়গে তারো। ২৫॥ খুাইগী মকোক্রা পরব্যোম নাথ নরায়ন, মাগী শিষ্য ব্রহ্মানি ব্রহ্মাগী শিষ্য নারদ নারদগী। শিষ্য ব্যাস মুনি ২৬॥ ব্যাসগী শিষ্য মধ্বা চার্য্যনি মাগী ভক্তি সেবা পুজাদা কজনা কাওহুনা মধ্বা চার্য্য সম্প্রাদা হাইগ্রে। মাগী শিষ্যনা পদ্ম নাভা চার্য্য। ২৭॥ পদ্ম নাভগী শিষ্য নরহরি। নরহরিগী শিষ্য মাধব মাধবগী শিষ্য অক্ষোভ। অক্ষোভগী শিষ্য জয়তীর্থ জয়তীর্থগী শিষ্য জ্ঞান সিন্ধু জ্ঞান সিন্ধুগী শিষ্য দয়ানিধি। ২৮॥ দয়ানিধিগী শিষ্য বিদ্যানিধি। বিদ্যানিধিগী শিষ্য

তারশিষ্য ব্যাস তীর্থ মহাবিজ্ঞ তেহো ।
বর্ণিলেণ শ্রীবিষ্ণুসংহিতা গ্রন্থযেহো ॥২৯॥
তারশিষ্য লক্ষ্মীপতি গুনের আলয় ।
তারশিষ্য মাধবেন্দ্র ভক্তিচন্দ্রোদয় ॥৩০॥
তারশিষ্য পুরীশ্বরকরুনা নিধান ।
তারশিষ্য প্রভু গৌরচন্দ্র ভগবাণ ॥
ঈশ্বরপুরীর শিষ্য প্রভু গৌররায় ।
পুরির মহিমা প্রভুনিজমুখে গায় ॥৩১॥
প্রভুর অদ্ভুত ভক্তি কেপারে বুঝিতে ।
নিমানন্দ সম্প্রদা চলিল প্রভূহৈতে ॥
প্রভুনামমধ্যে মুখ্য নিমাই পণ্ডিত ।
নিত্যানন্দ প্রভূর এনাম অতিপ্রীত ॥৩২॥
প্রভুর বৈষ্ণব গুনে দেখি নাদ যায় ।
নিমাই সম্প্রদা বলি অদ্যাপিহ গায় ॥

নিমাই প্রদাণ কৈলা জগতে আনন্দ ।
এই হৈতে অবণি বিখ্যাত নিমানন্দ ॥৩৩॥
পুর্ব্বে জানাইল অন্য সম্প্রদায় যৈছে ।
প্রভু প্রভাবেত মাধ্বী সম্প্রদায় ঐছে ॥
মহাপ্রভু শিষ্য শ্রীমন লোকনাথ খ্যাত ।
লোকনাথ শিষ্য শ্রীমন্নুরোত্তম খ্যাত ॥৩৪॥
শ্রীনরোত্তমের গঙ্গা নারায়ন শিষ্য ।
শ্রীগঙ্গানারায়ন শ্রীকৃষ্ণচরণ শিষ্য ॥
তারশিষ্য শ্রীকুঞ্জবিহারী প্রেম মগ্ন ।
তারশিষ্য নিধিরাম গুরু কৃপাময় ॥৩৫॥
তার অনুগতদাস আমিসে গোপাল ।
এইমতে পরম্পর প্রনালী হইল ॥
পিতামহ রাজাপরে ইহ বর্ত্তমানে ।
মণিপুরে তিনশিষ্য আছে মোরসনে ॥৩৬॥

রাজেন্দ্র । রাজেন্দ্রগী শিষ্য জয় ধর্ম্ম । জয় ধর্ম্মগী শিষ্য বিষ্ণু পুরী মানা ভক্তি রত্নাবলি লাইরিক লেংঙ । ২৯ ॥ বিষ্ণুপুরীগী শিষ্য পুরুষোত্তম । ব্রহ্মন্যনি অকাওবানি পুরুষোত্তমগী শির্ষ্য ব্যাস তীর্থ । মানা বিষ্ণু সংহিতা গ্রন্থ লেংঙি । ৩০ ॥ ব্যাসতীর্থগী শিষ্য লক্ষ্মীপতি লক্ষ্মী-পতিগী শিষ্য মাধবেন্দ্র পুরি । কৃষ্ণভক্তিদা অকাওবনি । ৩১ ॥ মাধবেন্দ্র পুরিগী শিষ্য শ্রী ঈশ্বর পুরী মাসিদা দেব প্রনালিকা লোইরে মথা আসিদদি হে ভাগ্যচন্দ্র নর প্রনালিকা তারগদবনী ঈশ্বর পুরীগী শিষ্য শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু ইবুংঙোনা পুরীগী গুন থাগৎলম্ম । ৩২ ॥ শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী গুন্দ অঙকপনি অহনা (নিমানন্দ) মিমাই সম্প্রদা কৌহনা চৎখি । প্রভুগী মিং পুম্ন-মক্তগী নিমাই হায়বা আস অকাওবানি নিত্যানন্দ প্রাভুনা লুনা তোই । ৩৩ । ইবুংঙোগী বৈষ্ণব গুন উবদা নদিয়ানা নিমাই সম্প্রদা কৌই । ইবুংঙোনা জগৎতা নাম প্রেম পি হাইহনা নিমা-নন্দ সম্প্রদা হায়নম্ম কৌই । মশাদি অমতনি । ৩৪ ॥ মাংদা হায়খ্রিবা মম্প্রদা০০গী গৌরাঙ্গ প্রভুগী গুনা মধ্বা চার্য্য সম্প্রদানা অথোইবা ওইখ্রে । গৌরাঙ্গ প্রভুগী শিষ্য, লোকনাথ গোসাঞি । লোকনাথগী শিষ্য নরোত্তোম ঠাকুর মহাশয় । ৩৫ ॥ নরোত্তোমগী, শিষ্য গঙ্গা নরায়ণ চক্র বর্ত্তি । গঙ্গা নরায়ণগী শিষ্য, কৃষ্ণ চরণ । কৃষ্ণ চরণগী, শিষ্য, কুঞ্জ বিহারী কুঞ্জবিহারীগী, শিষ্য, নিধি রামাচার্য্য

তাহাশুনি ভাগ্যচন্দ্র পুলকিত হৈয়া।
নীরব্দুয়ে প্রনমিয়া বলিল কান্দিয়া॥
শুণ গুরু প্রভুরগনে আমারে গণিবা।
কৃষ্ণমন্ত্রদীক্ষা দিয়া পামরে শোধিবা॥৩৭॥
গুরু কৃপা রাধা কৃষ্ণ ভজন করিবা।
অলাভ মনুষ্য জন্ম ব্যর্থ নাহি হবা॥
শ্রীরাম গোপালকহে রাজা পুত্র শুণ।
বহু শিষ্য নাকরিবে শাস্ত্রের প্রমাণ॥৩৮॥
সেইকলে শ্রীগরিবনীরাজ প্রমাণ।
গৌরধর্ম্ম নাচলিল্ রামানন্দীমন॥
এইহেতু কিছু শঙ্কা আমার মনেতে।
মোর শিষ্য আছে তিন তাহারমধ্যেতে।৩৯॥
তোমা ইচ্ছা সেইজনে করহ বরণ।
আরশাস্ত্র মতে কহে গুরু শিষ্যজন॥
এক এক বর্ষদুই করি পরী ক্ষণ।
মনেশ্রদ্ধাগুরুকরি বিশ্বাসেমন্ত্রদাণ॥৪০॥
হেনকরি কৃষ্ণ কৃপা রাজ পুত্র শুণ।
তথাপিহ মোর আজ্ঞা করতোরমণ॥
ভাগ্যচন্দ্র কহে তিন কহ পরিচয়।
গুরু কহে ক্ষত্রি আর ব্রাহ্মণ দুইহয়॥৪১॥
মধুগল্য গোত্র জন্ম শ্রীবংশীবদন।
সেইজন মোরশিষ্য হইল প্রধাণ॥
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়দুই ব্রাহ্মণ প্রধাণ।
তথাপিহমন্ত্র লাভে মানিল প্রধাণ॥৪২॥
শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতে মধ্যেতে প্রমাণ।
পঞ্চদশ পরিচ্ছেদে প্রভুর বচণ॥
মুকুন্দ দাসের পুছে শ্রীশচী নন্দন।
তোমিপিতা পুত্র তোমার কি রঘুনন্দণ॥৪৩॥

৩৬। হে ভাগ্যচন্দ্র নিধিরামা চার্য্য গুরু দেবগী অনুগত তুং ইঞ্জবা রাম গোপাল কৌবা ঐ অসিনি নবুধৌ গরিবনিরাজনা পানবা কান্দা ঐ মনিপুরদা লাকপনি ঐগী শিষ্য ভক্তি তমাখবা নুপা ও লৈরে। ৩৭॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মতু চুংডি, মীৎলুদা পিগী ইরা তরং চেন্দুনা খুরুম্মি তাবিয় গুরুদেবা ননাইবু নুংশিবিদুনা ননাই ওইবীদুনা দিক্ষা পিদুনা কৃষ্ণ মন্ত্র তম্বিয়ু। ৩৮॥ গুরুদেবগী কৃপাদগী রাধা গোবিন্দ সেবা ফংজগে মী ওইনা পোকপা অতাংবা মপোক অসে, অরেম্বদা মাংহনবিগনু। অদু তাবদা রাম গোপাল গুরুনা হে ভাগ্যচন্দ্র রাজ পুত্রঃ শিষ্য পোয়রান, য়ামা পোকফদে সাস্ত্রনা লাওরি প্রভুনসু য়ারমদে। ৩৯॥ মতুগী কল অদু নবুধৌ গরিবনিরাজদা খোকপ্রে, ঐনা গৌর ধর্ম্ম দিক্ষা পি লৌবদি লৌরগা চৎপাদ চৎতে। রামানন্দী ধর্ম্ম চৎখি অদুনা ঐগী পুক্লিংদা খর চিংনৈ, অদুনা ঐগী শিষ্য ও লৈরবা অসিদগী। ৪০॥ সম্প্রদাই অসিদা পায়বদি অহুমগী মরক্তগী অপাম্বা ১ দা গুরু ওইয়ু। অদুগা গুরু শিষ্য ২ সে শিষ্য নসু গুরুগী সাজৎ গুরুনসু শিষ্যগী সাজৎ চহি অমম্মম য়েংগদবনি। অদুগা মন্ত্র দিক্ষা লৌ-নগদবনি। ৪১॥ অসুম তৌরগা কৃষ্ণনা পেনগদবনি অদুবু ঐগীদি তাকফম খোকপা তাক্লে, অপাম্বা খল্লো। অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা গুরুদেব ও অদুগী পায়চয় তাকপিয়ু। রাম গোপালনা হে ভাগ্যচন্দ্র ক্ষেত্রি ১ ব্রাহ্মণ ২ নি। ৪২॥ ভাংবম বংশিবদন কৌবা অসীনা ঐগী শীষ্য অহুমী অহুপা ক্ষেত্রীবুদী ব্রাহ্মণা মওন হেল্লী অদুদা দীক্ষা মন্ত্র হায়া কাংবীবনা অখোইবনী। ৪৩॥ চৈতন্য

কিরঘু নন্দন পিতা তোমি তার নন্দণ।
নিশ্চয় করিয়া কহ সংসয় খন্ডন॥
মুকুন্দ কহে রঘুনন্দন আমারপিতাহয়।
আমিতার এই পুত্র আমায় নিশ্চয়॥৪৪॥
আমাসভা কৃষ্ণ ভক্তি রঘু নন্দন হৈতে।
অত এব রঘুপিভা আমার নিশ্চিতে॥
শুনিহর্ষ্যে কহে প্রভু কহিল নিশ্চয়।
তাহা হৈতে ভক্তি সেই লঘু গুরু হয়॥৪৫॥
এইমতে গৌরচন্দ্র শ্রীমুখ কহিল।
এইহেতু তার নাম প্রথমে গনিল॥
ব্রজবাসী নাম বিপ্রদীক্ষা তার পাছে।
সামবেদ গোত্র ভরদ্বাজ হইয়াছে॥৪৬॥
ত্রিপ্রবর ভরদ্বাজ অঙ্গিরস আর।
বার্হস্পত্য ঋষিতিন ক্রমেণ তাহার॥
শ্রেণীদক্ষিণ বারেন্দ্র গৌরষে ব্রাহ্মণ।
উপাধি বন্দোপাধ্যায় ব্রাহ্মণ কুলিন॥৪৭॥
দেশখরদহ শ্রীগোপাল কুল দেব।
কাম্যজিত কালে এল পরম ভুদেব॥
আরবংশে জনমিল ব্রজবাসি নাম।
এমতে কহিল গুরু ব্রাহ্মনের নাম॥৪৮॥
পরে ভদ্রসিং গুরু অধিকার কৈল্য।
এইহেতু অধিকারী পরে নাম হৈল্য॥
তৎপরে পরমানন্দ দ্বিজদীক্ষা কৈল।
গোত্রসে শাণ্ডিল সাম বেদাচার কৈল॥৪৯॥
শাখাযে কৌথমি তিন প্রবর যেহয়।
শাণ্ডিল দেবল অসিত যেঋষিত্রয়॥
গৌর ব্রাহ্মণ নাম শ্রেণী দক্ষিন হয়।
উপাধির নাম মিশ্রশুদ্ধিচিত হয়॥৫০॥

চরিৎ। মৃত প্রস্থগী ১০ শুবা অথংয়দা শ্রীগৌরাঙ্গনা তাকপিখি। হে মুকুন্দদাস রঘু নন্দন অসিবু নংনা পোকপরা। ৪৪॥ অদুগা রঘু নন্দন্না নংবু পোকপরা ঐ খংত্রে খংনবা খর তাকউ। অদু তাবদা মুকুন্দনা হন্দখ্লি হে প্রভু রঘুনন্দনসে ঐনা পোকচবা ইচানি অদুবু চৌজিক্তি মাগী মচা ঐনা অমুক ওইয়ে। ৪৫॥ মরমদি মানা হন্না কৃষ্ণ ভক্তি কংত্রে অদুগা মানা অমুক কৃষ্ণ প্রেম ভক্তি ঐখোয়দা পিরয়ে মাগী মপান্দগী প্রেম ভক্তি কংজবনি অদুনা অহানবদা ঐনা পোকই, চৌজিক মানা অমুক পোক্লে অদু তাবদা শ্রীগৌরাঙ্গনা পেল্লদুনা, মুংঙাইদা মুকুন্দ অদুনিনে কৃষ্ণ ভক্তি হান্না কংবনা গুরুনি। ৪৬॥ অমুম্বা প্রভুগী অজ্ঞা লৈবনা ওাংবম বংসিবদন্না শাইগী অহন গুরুনি। অদুগী ভুংদা ব্রজবাসি কৌবা ব্রাহ্মন অসি দিক্ষা তৌই। মাগী হৌরককম হাইগে। সামবেদ চৎপনি ভরদ্বাজ গোত্রনি। ৪৭॥ ত্রিপর্ব্বনা, ভরদ্বাজ, অঙ্গিরস বাহস্পত্য ৩ অসিনি। শ্রেণীনা দক্ষিন বারেন্দ্রনি, গৌরিয়া ব্রাহ্মনি। উপাধিনা বন্দোপাধ্যায়নি, য়াম্না কবা জাতীনী। ৪৮॥ দেশনা খরদহ দগিনি কুল-দেবতানা শ্রীগোপাল দেবতানি। মখোইনা মনিপুর অসিদা লৈবমুং কুইজয়ে, ক্যাম্বা মহারাজগী ফাক্তা লাকপনি ওসি কাওবদা ব্রাহ্মনগী ধর্ম্মদা মখোইগী সাগৈ অসি অমোৎপা উদে। অদুগী বংশদা পোকপা ব্রজবাসি কৌবা ব্রাহ্মন মচানি। ৪৯॥ মতাং অসিদা ননাই লাইবিক

দেশ নাম রাঢ় গ্রাম থারি কৃষ্ণনগর।
কৈলাম্বর মিশ্রদ্বিজ সন্তান যাহার ॥
কুলদেব নারায়ণ ভজণ প্রবর।
মুয়সিংহ রাজা কালে এল মণিপুর ॥৫১॥
এইমতে ভাগ্যচন্দ্র শ্রীরাম কহিলা।
পরে ভাগ্যচন্দ্র গুরু জাতি নামহৈল ॥
গুরুকহে তিনশিষ্য কর বাঞ্ছামনে।
তবে মোরামন ইচ্ছা হইব পুরনে ॥৫২॥
শ্রীরাম গোপাল কথাশুনি ভাগ্যচন্দ্র।
প্রনাম করিয়া কহে শুণ হয়া সান্দ্র ॥
শুণগুরু তোর আজ্ঞা করিব নিশ্চয়।
শ্রীরূপ পরমানন্দ মোর মনেলয়ে ॥৫৩॥
গুরু কহে রাজ পুত্র মন ইচ্ছ কর।
তারঠাই আমি কহি যথা বাঞ্ছাকর ॥
ঘরেচল রাজ পুত্র বিদায় করিলা।
গুরুনমি ভাগ্যচন্দ্র গৃহেতে আছিলা ॥৫৪॥
আরদিনে পরমানন্দ ব্রাহ্মনের ঘরে।
আছি ভাগ্যচন্দ্র তবে প্রনামি জুরকরে ॥
বিপ্র কহে রাজপুত্র আছি কিবামনে।
তবে কহে দাসমানি কৃপা করমনে ॥৫৫॥
গোপাল গুরুকে কহি দীক্ষামন্ত্রদানে।
গুরু কহে তিন শিষ্য দীক্ষামাঞ্ছমনে ॥
মোরমনে হৃদি স্পৃশ বাঞ্ছে তোর প্রতি।
কৃপাকরিদীক্ষা মন্ত্রদাণ মোর প্রতি ॥৫৬॥
দ্বিজ কহেরাজ পুত্র সানন্দ হইল।
যেবঠাই গুরুদেব আজ্ঞায়ে করিল ॥
একবর্ষগুরু শিষ্য করি পরীক্ষণ।
মনেশ্রদ্ধাগুরু করিবিশ্বাসে মন্ত্রদাণ ॥৫৭॥

লেংবনা মথাদা ওইরকদবা রাবি অমা পুখম্ভ্রা লেংঅরি। মথাদা ভগ্যচন্দ্রগী গুরু ওইবদগী অসিনঅরাং তৌই হাইনা অধিকারি ময়ুম হাইনা কৌবদোরি। অসিনা লাইরিক লেংবগী ভনিংনি য়ারিগী মপুং লাকপনা রাম গোপালনা হে ভগ্যচন্দ্র মথংদা পরমানন্দ দিক্ষাপি। অতপা মাগী হৌরককম হাইগে গোত্রনা শাণ্ডিলনি, বেদ সাম বেদনি। ৫০ ॥ শাখানা কৌথুম্মি প্রবর্বনা শাণ্ডিল দেবল অসিতনি। গৌরয়া ব্রহ্মান। দক্ষিন শ্রেনীনা উপাধিনা মিশ্র নে। ৫১ ॥ দেশনা রাঢ়গী থারি কৃষ্ণ নগরদা লৈবনি কৈলাম্বর মিশ্রগী ধারানি। কুলদেবতানা নরান্নি অদুগা মনিপুর অসিদা লৈরকপস্মং কুইঅবে মুয়াম্বনা পানবা কান্দা লাকপান মখোয়গী সাগে অসি অমোংপা য়াওদে অতুদা পোকপা পরমা নন্দনি। ৫২ ॥ মতাং অসিদা লাইরিক লেংবনা হাইবে শ্রুতা থিবিক ভাগ্যচন্দ্রদা রাম গোপাল গুরুনা তাকপিয়বা পারমানন্দসে ভাগ্যচন্দ্রগী গুরু ওইবদগী গুরু ময়ুম ওইগদোরি। রামগোপাল গুরুনা হে ভাগ্যচন্দ্র ৩ সিদগী অপাম্বা ১ দা গুরু ওইমু ঐ হয়াওগে। ৫৩ ॥ অদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা যুম্না খল্লগা খুরমজনা হন্দংলি। গুরুদেবগী য়াথং মতুং ইন্না, রূপ পরমানন্দদা গুরু ওইজয়গে। ৫৪ ॥ রাম গোপাল গুরুনা ইবুংঙো নপুক্রা পাম্বা তৌ অদুগা ঐনস্মু হাইগে নংনস্মং ঐনা হায়রকই হায়মু হন্নো হন্নো ভাগ্যচন্দ্র, বিদায় পি গুরু খুরমজনা সন্দাইদা হন্নরে। ৫৫ ॥ অতুগী নোংগালবদা ভাগ্যচন্দ্রনা পরমানন্দগী য়ুমদা

তথাপিহ গুরু আজ্ঞা বলবাণ হয়ে।
ঘোরমনে শাস্ত্র মতে যেন মতে হয়ে ॥
অলাভ গুরু যামাতা যকিনৈবে পায়ে।
প্রাপ্তে গুরু সম্প্রদানে শাস্ত্রের কথায়ে ॥৫৮॥
এই ভাবে দীক্ষামন্ত্রলও ভাল মতে।
তোমি আমিগুরু আজ্ঞা মানি ভালমতে ॥
সংক্ষেই তোর হৃদ আমি যেদোখল।।
শাস্ত দাস্ত হরি ভক্তি যেমন হইল ॥৫৯॥
দীক্ষ পুর্ব্বেসেই গুরু শিক্ষণ করিয়ে।
সেইকথা বলি আম রাজ পুত্র অয়ে ॥
কালিদীক্ষা আজিদিনে কার উপবাসে।
গুরু ভাবী সেবা করি থাকিবে আবাসে ॥৬০॥
প্রাত কালে প্রাত কৃত্য স্নানাদি করিয়া।
শুক্ল বস্ত্র দুই করিশুবেশ করিয় ॥
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ভোজ্য তৃপ্তি করাবেণ।
দুইবস্ত্র পরিধাণ গিয়াদীক্ষা স্থাণ ॥৬১॥
গুরুকে ভগবদবুদ্ধি পরিক্রমা করি।
প্রনাম করিয়া তিনি থাকিবেদৈন্য করি ॥
তবে গুরু দক্ষিণ পার্শ্বে শিষ্যকে রাখিয়া
শ্রীকৃষ্ণেতে আহারাদি গন্ধ পুষ্প দিয়া ॥৬২॥
তারপরে সম্প্রদায়ী তিলক করিবে।
এমন্ত্র জপিয়া কণ্ঠি ধারণ করিবে ॥
তুলসী কাষ্ঠ সম্ভুতে মালে বিষ্ণুজন প্রিয়ে।
বহা মিদ্বাম্যহং কণ্ঠে কুরুমাং কৃষ্ণ বল্লয়ে ॥৬৩॥
এবোল বলায়া কণ্ঠে ধারনং করাবে।
শ্রীগুরু শিষ্যকে কৃষ্ণে অর্পণ করিবে ॥
শিষ্য মাথে গুরু হস্ত অর্পণ করিয়া।
দাক্ষিণ কর্ণেতেমন্ত্র তিনবার দিয়া ॥৬৪॥

চৎলি ভক্তিগা লোইননা পুরাম্ব, তরাম তৌদুনা আসোন থাদুনা মহারাজ কদি মরমগী লাকপগে হংভ ভাগ্যচন্দ্রনা ঐন্দু ননাই ওইবিয়ু হাইজবা লাকপান। ৫৬ ॥ ঙরাং অহু রাম গোপাল গুরুদা দিক্ষা পিয়ু নিরুবদ গুরুদেবনা ঐদি ঙম্মরোই ঐগী শাষা ৩ লৈ অদুদগী অপাম্বা ১ দা গুরু ওইয়ু তাকাপরকই। ঐনা খঞ্জবদা গুরুদেববু পামজহুনা দিক্ষা মন্ত্র পিবীয়ু হাইহুনা লাকচবনি। ৫৭ ॥ ব্রাহ্মণা ভাগ্যচন্দ্র ওনথোক্লা খুংঙাই তাবদা গুরুদেবনা তাকলকপা অসে অদুগা মরমদি গুরু শিষ্যগী বেভারদি চহি ১ য়েংগদবনী। অদুদা থাজবা পোকনরবদা দিক্ষা মন্ত্র পীনগদবনি। ৫৮ ॥ অদুমাদ ওইবদা গুরু অজ্ঞা হাইবসে খরাইদগী অথোইবনি, অদুগা আস্ত্রনা অমগা লাওার, ঐনা পাম্বা গুরু অদুগা ইচানুপী দান তৌনিংবা ইমাকনিপা বড় অসিদি কংবগা হয়েন হয়েং ঙাইকদে শাস্ত্রনা লাওই ॥ ৫৯ ॥ মরম অসী লৈবনা অপাম্বা খুমাংতা দিক্ষা অদুম কংঙ নংগী ঐগী গুরুনা তাকলকপা য়াথংনীনা দোষ লৈরোই। অঙাং ওইরিবউদগী মহারাজ নংবু ঐনা মুমা থংভি, শান্তনী দাস্তনি হরীভক্তি পাম্বা নহাক্কি। ৬০ ॥ দিক্ষা তৌরবউদা মাগী গুরুহুনা তাকহম থোকপা হাইগে হে ভাগ্যচন্দ্র. হয়েং দিক্ষা কংগনি হাইরু বদি ঙসী খুমাদাং চরা হেনগান। গুরু ভজন তৌহুনা লৈগদবনি। ৬২ ॥ অদুদগী নোং ঙাজবদা স্নান কৃত্য ইরুজগা গুরুগী নাক্তা লাকহুনা গুরুবু ঈশ্বরনি খল্লুনা পরিক্রমা তৌহুনা খুরমজগা ভক্তি তৌনা য়াথং ঙাইহুনা লৈগনি অদুদগী গুরুহুনা মচা শিষ্যবু য়েৎলোমদা

বাম কর্ণে একবারে মন্ত্রকে দিবেণ।
আগম পুরানমতে এমতে প্রমাণ ॥
কৃতে শ্রুতি ত্রেতা স্মৃতি দ্বাপরে পুরাণ।
কলিতে আগম বিধি করে আচরণ ॥৬৫॥
শুভদিনে চায়া আর আমার ঘরেতে।
গুরুনতি ভাগ্যচন্দ্র আইল ঘরেতে॥
তবেশুভদিনে চায়া আর এক দিনে।
দীক্ষামন্ত্র লইলেন গুরুসন্নিধানে ॥৬৬॥
ভক্তি ভাবে গুরুপদে প্রনাম আচরি।
জিজ্ঞাসা করিল্ তত্ত্ব হস্তে জুর করি ॥
কহিতে লাগিলাতবে ভাগ্য চন্দ্রধীর।
শুণগুরু কৃপা করি কহিবে সব সার ॥৬৭॥

সাধ্য সাধণ তিলকাদি কহ মোরঠাই।
গুরু কৃপা ভবসিন্ধু তরিবারে চাই ॥
তাশুনি পরমানন্দ বহু স্নেহ কহে।
শ্রীগুরু কৃষ্ণেস্বরূপা শাস্ত্র মতে কহে॥৬৮॥
এত কহি আলিঙ্গিয়া কহে মিষ্ঠসুরে।
তোমা হৈতে হরি ভক্তি কর মণিপুরে॥
তোমা হৈতে মণিপুরে সদাচার হৌক।
গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণবের স্বরূপ জানৌক ॥৬৯॥
এত বলি শান্ত হৈয়া বসিল দুই জন।
গুরু কহে তিলকের আগে শুণ শুণ॥
শ্রীপদ্ম পরাণ আছে প্রমাণ বচন।
এবে কহি শ্রীহরি মন্দির লক্ষণ ॥৭০॥

খম্নগা শ্রীকৃষ্ণদা ভমজবা আহারনাচিংবা হৈ হৈ. কৎকনি। ৬৩॥ অদুগী তুংদা সম্প্রাদাইগী তিলক চন্দন থিম্বোরগনি। অদুদগী মন্ত্র অসি শোন্দুনা কম্থি উরিক শিগনি। মন্ত্রদি পবারদা মাওরবা অসিনী মাগী অর্থ তৌজরি, তে তুলসি নংগী কম্থৈবু ঐন পুজরি, নাপন্দগী শ্রীবিষ্ণুনা (জল) হৈবুংভোগী মনাইনা চাম্লহনবিয়ু। নংবু ঐনা মালা ওইহনা পুজবনা মরম ওইহনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন কংজগে। ৬৪ ॥ অসি হাইদুনা শোন্দুনা লিক শিরগনি অদুদগী গুরুনা শিষ্যবু কৃষ্ণদা নমাই ওইহনবিরো হাইদুনা কৎলগনি। অদুদগী তুংদা শিষ্যগী কোক্তা গুরুগী খুৎনা পাইরগা, য়েৎ খংবা নাকোংদা মন্ত্র ৩ লক পিগনি। ৬৫॥ ওইখংবা নাকোংদা ২ রক পিগনি। রা অস আগম পুরান্দা লেংবনি। অদুগা সত্য যুক্তা শ্রুতি চৎকনি, ত্রেতাদা স্মৃতি চৎকনি। দ্বাপরদা পুরানা কল্লিদা আগমগী বিধি চৎকনি অসী লৈএ। ৬৬॥ অদুনা হে ভাগ্যচন্দ্র নংনা পাম্বা অকবা নুমিৎ অমা য়েংলগা ঐগী যুমদা লাকউ তাকপিরে ভাগ্যচন্দ্র গুরু খুরমজলগা যুমদা চল্লক্লে অদুদগী অকবা নুনীৎ য়েংদুনা গুরুগী নাক্তা চৎতুনা ভাগ্যচন্দ্র দিক্ষা কংলে। ৬৭॥ অদুগী তুংদা ভক্তি তৌনা গুরু পাদ খুমমজদুনা খুৎ লোম্নদুনা দুলুক্তা হনংলি হে গুরুদেব, থৌজানবী-দুনা মচি ওইবা রা তাকপিয়ু। ৬৮॥ সাধ্যগী সাধনগী তিলকী মরম তাকপিয়ু গুরু কৃপাদগী সংসারগী সমুদ্র অসি লাগ্লগে। অদু তাবদা পরমানন্দ গুরুনা য়াম্না নুংশিনা তৌদুনা তাকপি হে ভাগ্য চন্দ্র গুরু হাইবসে কৃষ্ণ স্বরূপনী শাস্ত্রদা লাওরী। ৬৯॥ অসী হায়রগা মনাইবু কোনবীরে কপ্ত,মা হাইরকই নংগী নপান্দগী মনিপুরসে হরি ভক্তি কংবা ওইরসনু মনিপুর অসিদা নংনা হোদোক্দুনা কজবা সাজৎ গুরু কৃষ্ণ, বৈষ্ণব খংনা চৎলশনু। ৭০॥ অসি হাইদুনা প্রেম তৌনরগা

